# ভূ-জ্যোতির্বিজ্ঞান

অহানবা শরুক

( মণিপুরী সংস্করণ )

(Science তা য়ুম্ফম ওইবা
Astrologer শী লাইরিক )

বাহেংবম গোবিন্দজাল

# ভূ-জ্যোতির্বিজ্ঞান

আহানবা শরুক

( মণিপুরী সংস্করণ )

অইবা :

রাহেংবম গোবিন্দলাল



[illegible]

[illegible]

# ভু-জ্যোতির্বিজ্ঞান



অফোঙবা :

পি, এস, পব্লিকেসন্স মণিপুরগী ৩ঃ স্নুবা লাইব্রেরিক ওইনা

অইবা মশানা ফোঙবা।

অহানবা ফোঙবা :

১৯৯৯

হক :

অইবা মশা

কপি মশিং :

২০০০

মমল

লুপা ৬৫/-

নম্ফম :

পি, এস, প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরী

সগোলবন্দ মোইরাং লৈবক

ইম্ফাল—৭৯৫০০১

# বিষয় সুচী

*ছিরম* | লমাই

# কচ্চবা

চিংথৈগী ফিজংদা পম্থোমা লৈম্নাংবা
পলেমগী শায়োনবু লৈচিনগী শাথেক্লা
লিক্লাগী মিম্মানা থিরুম্বা লাইজনি।

তায়োম্নবা থেম্নাংদা লৈকংলাগী তম্পাক্লা
পম্থোগী পাংম্বামদা থম্মোইনা মাংজবা
তাইবংগী নাওশুমদা পুন্সিনা খোংদোইথি।

অশিংথাগী তানথাদা বসন্তনা য়াকাইথা
আশাগী ইপাক্লা ষৌবম্মা পোন্থারা
ঋতুগী জগোইদা য়েঁনিংনা শাফোংখি।

থরাইনা পিথম্বা মরাগী মৈচাক্লা
লাংলোনগী য়াহংদা পুন্সিনা য়াওনবা
ঈহুংগী নোংথাংদা চেক্লানা য়াকাইখি।

পম্থোগী খোঙ্গুলদা হৈনাগী খোংথাংদা
কোরৌগী মশেক্তা শুরুনা লৈম্নংবা
লাংলেনগী শায়োনকম তাইবংগী মণ্ডালনি।

তোরৈগী লাংলক্তা শিন্থাগী ইরৈদা
পুন্সিবু কচ্চবা তাইবংগী মৈরাদা
মপুনা কুবিনা ননাইগী শিন্থাদি।

ঙাহেং-গোশ্লাল

# "রাহৈ থর"

হিন্দী লোলদা "ভূ-জ্যোতির্বিজ্ঞান" কৌবা লাইরিক অমা ফোংগে ছায়রুনা ইং ১৯৮০ দগী হোৎনজরকই। তশেংবদি ইং ১৯৫৬ তগী পুন্সিগী য়াওলদা জ্যোতিষ বিদ্যা অসি হেন্না মরিবচুম্না থংন-নবগীদমক জ্যোতিষ শাস্ত্রগী লাইরিক কয়াগী সিদ্ধান্ত কয়া বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা ইথুনা নৈনজরকপনি। লাইরিক অমা ইগে-ফোংগে ছাযবগী রাথল পোক্লমদে। মতম অদু ঐহাক অসম রাষ্ট্রভাষা হিন্দী প্রচার সমিতিগী বৈতনিক হিন্দী প্রচারক ওইরম্মী। লোইননা আদিমজাতি শিক্ষা আশ্রম, ইম্ফালদসু হিন্দী প্রচারগী থবক তৌরম্মী।

নোংমা ১৯৬২ গী মেরা থাগী অযুক অঙনবদা ঐজ্ঞাশ্রী অতোম্বাপু শর্মানা ঐখোয়গী যুমদা লেংলক্লমই। মতম অদু ঐজ্ঞাশ্রী গী "অনুপ্রেং-নৌকশ" নচিংবা লেখক কয়া ঐনা হিন্দীদা অনুবাদ তৌবগী থবক চংথরম্মী। ঐনা জ্যোতিষ শাস্ত্র নৈনবগী নোটশিং অদু ঐজ্ঞাশ্রীনা থরাই য়াওনা পানিংবা থর থম্লগা মতেক-মতেক পাবরম্মী অমসুং তাকপীরম্মী "অতো নংগী নোটশিং অসি থরা শন্দোক্লা ইথোক্লগা লাইরিক অমা ওইনা ফোংদোকউ। নংনা জ্যোতিষশাস্ত্রবু বিজ্ঞানদা য়ুমযম ওইরগা নৈনবা অসিগুম্না ইংলিশ, হিন্দী অমসুং বঙ্গালীনচিংবা লোলশিংদা ওসি ফাওব লাইরিক অমত্তা ফোংবা উদ্রি। থাঙ্গৎশেংনমক ঐজ্ঞাশ্রীনা তাকপীরম্বা ওসি চহি ৩৬ কী মতুং কাওবা জ্যোতিষ শাস্ত্রগী লাইরিক অমা ফাওবা বিজ্ঞানদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবা পুথোকতভ্রি। আধুনিক বিজ্ঞানগা য়ৌদ্রিবা অমদি খোংদাদ্রিবা মীওইবা অমসুং পৃথ্বীগা নুমিৎ থাজ অমসুং গ্রহশিংগা মরি লৈনবগী অথুপ্পা হিরম কয়া বিজ্ঞানদা যুমফম ওইরগা ইনৌ নৌনা নৈনবা লাইরিক অসিগী

অহানবা পন্দুপ ভু-জ্যোতির্বিজ্ঞানদা উবিগনি। খুদম ওইনা মথাদা মতেক থন্না উৎচরি।

কোয়্নোগী ময়েক-মণ্ডাল, পৃথ্বী অমসুং গ্রহশিংগী গুরুত্বাকর্ষনগী ইহুসদগী চৌরকপা পনথে লৈততা মেগনেট অমসুং করেন্টগী ইথক ইপোম ইরৈদা পরমাণু খুদিংমক, লৈইপাক্লিবা জীব খুদিংমক, গ্রহ উপগ্রহ খুদিংমক বিরাট বিশ্ব তাম্বাগী ইহুসদা, মশা-মশাগী মুং অমসুং পানগী য়াওসদা ইকারি। তৌইগুমসুং পৃথ্বীগা অতৈ গ্রহশিংগা থেন্নবা কয়া লৈরি। কোরৌ মাগী মশেক্তী অকোইবদা থরাই পোকপা য়াবা পনথে (zone) জীব.আ বলয়গী ময়াইমক্তদা পৃথ্বীগী ওর্বিট (Orbit) ওইবা মরম্না মালেমগী লৈরিবা খুদিংমক, পরমাণু খুদিংমক থরাইগী লৈশেম পুংনি। বিশ্বজগতা থরাই পোকপা য়াবা ময়েক মণ্ডালগী য়ৌগিক (Compose) লৈবা অসি পৃথ্বী মথন্তনি। অতুগুম্না ময়েক মণ্ডালগী য়ৌগিক অদুনা ভৌতিক তত্বগা হেক শমবদা থরাইগী ইনিল ফাওরকই। থরাই কর'না, (Cell's) কয়ানা পুল্লগা স্বর্গগী পাংথক ওইরবা তাক্তবংপাল অসি ওইরক্লিবনি। বিশ্ব জগৎকী মনুংদা মপুগী শায়োনকম, মুংভাইবা খিবিক্তী হৌরকফম ওইরিবা পৃথ্বীগুম্না লাইপক-চাওবী গ্রহ অমা লৈতে।

ঐখোয়গী পৃথ্বীদা লৈরিবা জীবশিংগীদমক্তদি মুমিৎনা থরায়নি, পৃথ্বীনা হুবচাংনি অমসুং থাজনা পুক্লিংনি, মুমিৎনা মশাবু অমুক উংবা, থাজনা মশাবু অমুক উংবা অমসুং পৃথ্বীবু থাজনা অমুক কোইবা মতম চপ মান্নৈ:— মুমিৎ ২৭ পুং ৭ মিনট ৪৩ সেকণ্ড ১৪ মতম চংই। মুমিৎ অমসুং থাজনা মশাবু অমুক উংবা মামরমত্রবা অমসুং থাজনা পৃথ্বীবু অমুক কোইবগা মতম মামরমত্রবদি পৃথ্বীদা লাকপা মপানগী শক্তিশিং, মণ্ডালগী শাজং অমসুং পৃথ্বীবু য়োমলিবা করেন্ট মেগনেটকী শাজং-লিচৎতা অওনবা অকাইবা কয়া লাকনি। মরম অদুনা মুমিৎ, পৃথ্বী অমসুং থজগী লিচিং মামরোই, অদুনা চাওথৎপা জীব পোকপা ওইথোকলোই।

থাক্ত অসি অপিকপা উপগ্রহ অমা ওইরবস্থু পৃথ্বীগা য়াম্না নক্কবা অমসুং এঙ্গলচবা মকমদা লৈবা মরম্না থাক্কী আকর্ষন শক্তি সুমিংতগী শকক অঁহুম হেল্লি। মাগী আকর্ষন শক্তিনা ইশিং অমসুং কংফালদা ইথক ইপোম তক্তনা কায়। পৃথ্বীনা চিংশিনবা অমসুং চুমিংনা কার্পথোক্‌পা মরেক মণ্ডালগী পোত্র, করেন্ট কী ইথক ইপোম অমসুং গ্রহশিংগী আকর্ষণশক্তি, মেগনেটকী ইথক ইরৈগা লোইননর্বা সৌরজগৎকী রাংমদগী লাক্পা শক্তি পুম্নমক পৃথ্বীগীমমক্তদি চন্দ্রনা অপরেট (operate) তৌই।

[মীওইবদা গ্রহ অমসুং চন্দ্র শক্তিগী মমি তাদ্রিবসি থস্মে ই অমসুং পুক্নিংদনি মরমদি সুমিং থা অমসুং গ্রহশিংগী মেগনেট অমসুং আকর্ষন শক্তি চিংশিল্লিবা হকচাংগী য়োং পুম্নমক ঈদা লৈ। ঈগী কেন্দ্র বিন্দুদি থম্মোইনি। মরম অদুনা চন্দ্রগী আকর্ষন শক্তিগী মমি থম্মোঈ অমসুং বৈদ্যুতিক জ্ঞানতন্তুশিং (Nerves) গী খোবু পুক্নিংদা মমি তাগ্র মরম অসিনা হকচাংগী মিহুন চন্দ্রতালগী মতুং ইন্না চল্লি; চৎনবিবা পৃথীনা উংবদগী লৌবা ঘড়িদগী খর য়াংবা হেল্লি। মরম অসিদগী পৃথ্বীদা চৎনরিবা দশা মথল ৪২ অসি চন্দ্রগী খোংচত্তগী পুথোকপনি ঋষি পরাশরনস্থ হায়রি "য়া দৃশেন শশাংকেন সঞ্চরতে নৃনাংতাদৃশং কর্মমাপ্নোতি শুভম বা অশুভম।" চন্দ্রগী খোংচৎ-মতুংইন্না গ্রহশিংনা অক-ফত্ত ফল পিবনি। মরম অদুনা চন্দ্র য়াওদ্রবদি জ্যোতিষ শাস্ত্র থম্লবা য়াদে।

মীওইবগী পুক্নিং কর্মগী থৌবুনি। তাইবংমীনা সুংঙাইবা অমা য়াওনা মশাগী মখো পুক্নিং চৎপুংনা তৌরবদি মীওই অদু মশাগী শিনকর্মদা ফাওদনিংঙাই মমিং চৎতনিংঙাই লৈগে। মতৌ অদুম্না কর্ম সাধনা তৌরবদি শক্তি লৈবা লাইবক শেম্বা ভগ্বা মীওই অমা ওইবা ভগ্মী। কর্মনা তাইবংমী লাই ওনধা ভগ্মী বিধাতা অমসুং বিশ্বজগৎ পুম্নমক কর্মগী মখা পৌল্লি। পরা অরম্বা শক্তি অমত্তা

কর্ম্ম-শ্বাংমা লানবা ওমদে। কর্ম্মগী মগুন দেবতাদগী হেল্লি, মখোয়না বিধাতা পোকপা ওমবগী শক্তি লৈ।

গ্রহশিংগী মেগনেট অমস্থং মরেক মতালগী য়াওলগী শক্তি অচৎ-চৎতা থজাই পানবা পুম্নমক্কা মমি তারি। মার্শেমস্থ মশাগী মুং অমস্থং পানগী তোপতোপ্পা শৈহুল তাম্বাগা লোইনবা কোয়রো মাবু কোইরি। বিশ্বজগৎকী পনথৈ থংনবা শক্তিগী ইথক ইপোমগী য়াওল-ম্নুংদা মালেমদা লৈবা লেংই পাল্লিবা জীব খুদিংমক মশা মশাগী তোপতোপ্পা য়াওলদা ই কারি। অসিগুম্না বিশ্বজগৎকী শক্তিগী সমুদ্রগী লৈহুল তাম্বা চন্দ্রনা মাধ্যম ওইহুনা মীওইবদা অনাদি কালদগী হৌনা নবগ্রহনা ফল পিহুনা লাকই। মরম অসিনা মীওইবগী মশা মশাগী ফিতম অমস্থং য়াওল লিচিং নবগ্রহনা ওইরি। মী মীগী তোংতাল তোংতালবা মুরনাইগী য়াওল লৈজবনা গ্রহ মশা অমত্তনা মী অমদনা আফবা ফল পিরি অমস্থং মী অমদনা ফত্তবা ফল পিরি। জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মথৌদি মীওই খুদিংগী মরনাইগী য়াওলগা গ্রহশিংগী খোং-থেক্কী মথি লৈমবা লৈনদবা, চান্নবা চান্নদবনা মরম ওইহুনা অফ-ফত্ত মহৈ ফংবগী মরমদা লৈনবনি।

ইনিংথৌ পামহৈবা মহারাজ ১৭২৮ ইং, গী মতমদগী হৌনা ইবুধৌ পুরেন শ্রীলক্ষমন ফন্থৈপাঞ্জী ইবুধৌ শ্রীহরসিং মন্থৈহন পাঞ্জী ইপুবোক শ্রীথাবল পাঞ্জী শংলাকপা অমস্থং ঐবু পোকপীরম্বা গুরু শ্রী অতোম্বোই পাঞ্জী শংলাকপা গুরুবর্গনা জ্ঞান লৌশিংগী পুকৈ কয়া, জ্যোতিষকী চৎনপথাপ কয়া অমস্থং খোমজিনবিরম্বা মঙল য়াম্নবা লাইরিক কয়া নৈনজবা ফংলি। মসিদা নত্তনা মরি লৈনবা অফংবা লাইরিক কয়া বিজ্ঞান্দা য়ুমফম ওইরগা নৈনজরি।

ইং ১৯৮১ গী মতুংদা থুদোংচাদবা কয়া মাইয়োক্নবদগী ইং ১৯৯০ ফাওবা হন্না য়েংবা ওমলমদে। কায়নথংদা ইং ১৯৯২ নবেম্বর থাদা হিন্দীদা ইবা লোইখি। মরূপ মপাংশিংনা মৈতৈলোন্দস্থ কোংনবা

কন্না তকশিনখি। পিঃ এসঃ পল্লিকেসন মনিপুরগী ঐগী ইচা শক্লবা পুথ্রম্ম শরতনা পোৎলুম তংখাই অমা পুবিত্লনা মৈতৈলোনগী সংস্করন অসি খণ্ড অনি থোক্লা কোংনবা হোৎনজরি। তিথি-নক্ষত্রনচিংবগা মরমদা কুপনা নৈনবগা লোইননা গ্রহশিংগা মীওইবগা মরি লৈনবগী মরমদা বৈজ্ঞানিক ওইনা নৈনবা জ্যোতিষকী নীতি-নিয়ম পথাপ কয়, মুংগী অথুকপা কয়াগা লোইননা অহানবা খণ্ড লাম্থোকর্লি। অনিশুবা খণ্ডদা ময়াম্না খোল্লাংনা ভাইনরিবা য়ুম ১২ গী কলগী মরমদা গ্রহশিংগা য়ুমশিংগা মরি লৈনবদগী পুথোকপা অথুপ্পা ফল কয়া কুপনা নৈনবা উবিগনি। জ্যোতিষকী অঙ্গ পুম্নমক্লা মপুং ফারবা লাইরিক অমা থুনা কোংনবা হোৎনজরি।

অরাংপা কয়া অশোয়বা কয়া অমমুং প্রুফকী অরানবা কয়া মথংগী সংস্করনদা শেংদোক্লবা হোৎনজগে, ঈশ্বরনা খৌজানবীরবদি।

ব্রাহ্মং - গো - লাল

# ভূ-জ্যোতির্বিজ্ঞান

মীওই রাখননা লাম্বা ফংদ্রবা, ঙমখৈ পনখৈ খংদনা পাকচাওরবা, মৈগী ব্রহ্মাণ্ড অমদগী হৌরকফম ওইবা, নিংথৌতুরেন (GALAXY) লাখ কয়ানা মহাক্কী পাঙ্গল্লবা লিচিংনা মরম ওইদুনা মরোল কয়া থোক্লা মহাকপু অমুক হন্না ওইওইন কোইদুনা মশা-মশাগী শিন্থা পাংথোকলি। মঙালগী বিশ্ব-জগত্তা থরালমিচাক, গ্রহ, উমং-রানং অমসুং লেংই-পাল্লিবা থরাই পানবা পুন্নমক ইপোম অমদা, ইহুল অমদা তাওরি অমদি অরোই অথম নাইদবা শক্তি অমগী তনিক তানথাগী ইপোন্না পুরি। লেংদবা, অরেপ্পা, অকনব, অথোৎপা পোৎ হাযবা অমা লৈতে। ঐখোয় পুন্নমক ইশাগী পামজবা মতুং ইন্না চৎপা ঙমদে, তৌবা ঙমদে। ঐখোইগী থরাই হকচাং, জ্ঞান লৌশিং অমসুং রাখল ফাওবদা তঙ্গনা ইথিল পিরি। পুন্নমক পলেপফম নাইদবা পাঙ্গল্লবা ইপোম অমদা ইকারি। মঙাললোল (Astrology) গী অসিগুম্বা পথাপ (Theory) অমদি য়ুমফম অসিবু অনৌবা বিজ্ঞানগী লময়ানবা অলবর্ট আইনষ্টাইননা ব্যাখ্যা তৌবদগী ঙসি বৈজ্ঞানিকশিংনা মঙাললোলবু থোইদোকপা বিজ্ঞান অমা ওইনা লৌরি। গ্রহশিংনা চিংশিন্নবা (Gravitation) না মরম ওইদুনা মঙালগী লমচৎ-তানথা হোংলকপা অমসুং মঙাল তরেৎকী মরেক্কী মরমদা থিজিনবগী থোংথাং হৌজিক্তা থাংজিনবা হৌরকলি।

মঙাল (Light) না সেকেণ্ড অমদা মাইল ১,৮৬০০০ শিনথুংনা কাপ্পুনা চংলি। মপাল নাইদনা শক্তি লৈরবা মঙাল তরেৎকী ইপাক্কী ইপোমশিংনা ওইওইননা লৈদুনা সেকেণ্ড অমদা লিশিং কুম্ফ্রাদগী খরব অহুম ফাওবা ইপোমগী ইহুলদা নিকলি। তত্ব (Element) গী শকফম ওৎকপদগী শক্তি অমসুং মঙাল পোক্লকপনি। মঙাল অমসুং

শক্তিনা মশাবু চুপশিনবা ওম্বা তিনশিনবা ওম্বা শক্তি নক্ষত্রগা মণ্ডালগী ইপাক নক্ষত্রগা মখোইবু চুপশিনবা ওম্বা গ্রহ-উপগ্রহ. থবালমিচ'কনচিংবা অমা খেংনত্রিবা ফাওবা পাইতুনা লৈ। মসিদগী ঐখোইনা তশেংনা খংলে— শক্তি, মণ্ডাল অমসুং থবাই (আত্মা) কৈদৌনুংদা মাংবা লৈতে শক্তম ওনবা খক্তনি। হায়রিবা শক্তিশিং অসি নংবা "ৱাংম" গী মহাশক্তি অমা লৈরি— মিৎনদি উদবা, ওমথৈ পনথৈ খংদবা, অমাং-অতা লৈতবা "শক্তি পুঞ্জ" অমা লৈরি— পোকপসু মণ্ডোন্দগীনি, শিন্থাসু মহাক্না পিরিবনি অরোইবদা শক্তি পুন্নমক মণ্ডোন্দা তিনখিগদৌরিবনি।

শক্তিগী পাঙ্গলতনা তত্ব ফংবা ওম্মী মীওইবনা চৎলিবা ধর্ম্ম অমসুং দর্শনগী আত্মা অমসুং পরমাত্মা, প্রকৃতি অমসুং পুরুষ, দ্বৈত অমসুং অদ্বৈতবাদ শক্তি অমসুং তত্ববু ব্যাখ্যা তৌবতনি। থুদম ওইনা রামগী শক্তি সীতানি, কৃষ্ণগী শক্তি রাধানি, শিবগী শক্তি দুর্গানি অমদি মুপাগী শক্তি মুপীনি। মহাশক্তিনা শিবশক্তিদা অন্তর্ধ্যান ওইখিবা, লুপখিবা-তিনখিববু পুরুষ তত্ব কৌই। বিশ্ব-জগৎতা অমুক অমুক তাইবং লৈশেম্বগী মতাং লাকপদা পুরুষ তত্বনা মশাগী শক্তম পুন্নমক স্ত্রী-শক্তিদা পুংলুপ-লুপ্তনা ইতিন্নখি। মতুংদা পুরুষ তত্বগী কযাৎ পুন্নমক্তা প্রলয়গী নোংথাং কুপলকপদা তাণ্ডবরূপ ধারন তৌতুনা, নিংখাইরক্তনা-পোকখাইরক্তনা মহাশক্তিগী রূপ ধারন তৌরকই। মতম অতুদা মাগী শক্তম পুন্নমক "ৱাংম" গী মুংডাইরবা অরাম খুভম ফংতুনা মহাপ্রকাশতা ইতিন্নখি। মরম অসিনা পুরুষ তত্বগী ধর্ম্মদি পানগী অরান খুভম— "ৱাহ্যগামী মোক্ষ" ফংবনি। হ্লাদিনী-শক্তিগী শক্তম লৌবী স্ত্রী তত্বনা পুরুষ তত্বদগী চাইথোরকপা মহাপ্রকাশ পুন্নমক মশাগী ফিগাওদা কংথোকপগা লোইননা খোমজিল্লি। মতুদগী তাইবং পানবগী মুংডাইবা পুন্নমক্না শক্তম অমা ওইনা চোংথোক্লকই। মাইগৈ তরাদা পুম্নিগী মুংডাইরবা হৈনম-লৈনমনা ইথক-ইপোম ওইনা কারকল্লি। অমুম্না পুরুষ তত্বনা মশাগী শক্তম পুথোরকপদা স্ত্রী-তত্ব পুন্নমক "ব্রহ্মলীন" ওইখি। মরম অসিনা মুপীগী

ধর্ম্মদি অন্তর্গামী-নুংদা তিনবনি। 'বিশ্বজগতকী ধর্ম্মদি খোংজেলনি। খোংজেলগী মহৈদি মঙালনি, মঙাল হায়বদি শক্তিগী পন্থুং অমসুং ধর্ম্মদি "ব্রাহ্মানন্দ" বাংমগী মুংঙাইর্বনি।

পৃথ্বীদা লৈরিবা ঐখোই পুম্নমক ঐখোইগী সৌরমণ্ডলদ' লৈরিবা গ্রহশিং অমসুং মাগী নগীদা লৈবা নক্ষত্র মণ্ডলশিং থোইদোক্না থান্নবা য়াত্রবনি। মুমিৎকী মঙাল জীব পুম্নমক্কী হৌরকফমনি। পৃথ্বীগী দমক্তদি মুমিৎনা থরায়নি, মুমিৎনা শক্তিনি, মুমিৎনা পুন্সিনি— "অয়মাত্মা সর্বেষাং ভূতানামধিপতি: সূর্যাত্ম: জগতস্থুশ্চ য়োঽয়ং বিজ্ঞানময়: প্রাণেষু হৃদয়ন্ত জ্যোতি: পুরুষ: সূর্যদেবনা বিরাটপুরুষ ভগবানগী আত্মানি। মহাক্না জীব পুম্নমক্কী হকচাংদা থরাই ওইনা লৈরিবনি। মহাক্না বিজ্ঞান তহনি অমসুং জীব পুম্নমক্কী হৌরকফমনি।

প্রকৃতিগী লৈতেং পুম্নমক্না থল্লবা, জীব পুম্নমক্কী শায়োনফম ওইবা অসিগুম্বা ঐখোইগী পৃথ্বীগী হৌরকফম মুমিৎ, সৌরজগত অমসুং গেলেক্সী (Galaxy) পুম্বনি। পৃথ্বীদা লৈরিবা ঐখোই পুম্নমকপু মুংশিং, এলক্ট্রিক, নাইট্রোজন, আক্সিজন, মঙাল অমসুং গ্যেস (Gas's) কী লৈরোন কযানা কুয়োম ওইদুনা ঙাকশেল্লি।

কোরৌ মাগী মশেক্কী অকোইবদা অঙৈং মশাগী পনখৈ (Climatic Zone) থরাই পানবা পোকপা য়াবা মফম অমা লৈ। হায়রিবা পনখৈ (Zone) অসিদা পৃথ্বীগী ওর্বিট (orbit) ওইরি। থরাইনা থল্লবা পৃথ্বীগী জীবশিং, উমং-রামং, ঈশিং-নুংশিৎতা মুমিৎ নত্তবা গ্রহ-নক্ষত্র-নচিংবা প'নগী শক্তিশিংগী মমি তাবা উরি। শক্তিশিং তাহু মশক খংনবগীদমক মুমিৎ-থা অমসুং গ্রহশিংগী চিংযোক চিংশিন (Gravitation) গী করেন্ট (current) কয়া, মঙালগী শাক্তং নিংথিজনা খংবা মথৌ তায়। ভৌতিকবিজ্ঞান (Physics) তা ঐখোইনা খংখরে-উখরে পরমানু অমদি গ্রহনচিংবা মতুম খুদিংমক অমনা অমবু চিংশিন্নরি— অমনা অমবু থান্নদ্রি। ঐখোই পুম্নমক মুমিৎকী মঙাল, গ্রহশিংদগী থকতোরকপা মঙাল অমসুং অরোই-অথম নাইদনা থাদোরকপা করেন্ট

(current) শিংগী ইপাক্তা তাওরি। গ্রহশিংগী অমগা-অমগা চিংশিন্নবা অমসুং মডালগী য়াওলগী শক্তি অচং চৎতা থরাই পানবা পুন্নমক্তা চপ মান্ননা মমি তারি। ৎৌইগুম্বসুং জীব খুদিংমক্কী থোইদোকপা মরনাইগী য়াওল মখল কয়া লৈজবনা গ্রহ মশা অমত্তনা তোঙাল-তোঙালবা মীদা মখল কয়াগী ফল পিবা উরি— অমদনা অফবা ফল পিরি, মী অমদনা ফত্তবা ফল পিরি। জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মথৌদি মীওই খুদিংগী মরনাইগী তোঙাল-তোঙালবা য়াওলগা গ্রহশিংগী শক্তিশিংগী য়াওলগা মবি লৈনবা লৈনদবা, তিন্নবদা চান্নবা চান্নদবনা মরম ওইত্তুনা অফ-ফত্ত মহৈ ফংবগী মরমদা নৈনবনি।

নুমিৎনা মশাবু অমুক উংবদা থাজগা মান্ননা নুমিৎ ২৭ নিগা পুং ৭ই রোম চংই। চহি ১১ খুদিংগী নুমিৎকী অরাং মেরুগী পোজি-টিভ (Positive) কা খা মেরুগী নেগেটিভ (Negative) কা ওই, অসুম্না নুমিৎকী মেগনেট (Magnet) না নুমিৎকী মশাবু অমুক কোইবদা চহি ২২ চংই। চহি ১১ খুদিংগী নেগেটিভকা পোজিটিভকা ওন্নবা মতাংদা নুমিৎতা তত্তনা পোখাইবা থোক্তুনা মৈরি রাংনা-রাংনা কাই। মতাং অত্তুদা নুমিত্তা লৈবা তত্ত্ব (Element) খুদিংগী পরমানুনা মশাগী মডালগী ইপোন থাদোরকই। মত্তুদগী বৈজ্ঞানিক-শিংনা অয়াম্বা তত্ত্বশিং মশক থংবা ঙমখরে। হৌজিক ফাওবদা পৃথ্বীদা ফংবা তত্ত্ব (Element) ৯২ গী মনুংদা ৭২ দি নুমিত্তা লে হায়বা থংখরে।

নুমিত্তা লৈবা মরু ওইবা তত্ত্বদি হায়ড্রোজন অমসুং হিলিয়মনি। লোইননা যোৎ, কোরি, সনানচিংবা মখল-মখা অয়াম্বা ধাতুশিংগী গ্যেস (Gas's) সু লৈ। নুমিৎকী গ্যেস অসি ময়ান্না থংনবা গ্যাসকা মান্নদে। নুমিৎকী লৈনাইগী ডেনশিটি (Density) ঈশিংদগী শরুক অনি হেন্না কুংই; মাগী লৈমায় অসি ভোলকেনো (Volcano) গী লাবা (Lava) না সোবগুম্না মতম লৈবা খিবিক্তা পুত্থক-পুত্থক সোত্থুনা লৈ। অসুম্না থৌরাল-মিচাক থরগী স্ট্রকচরগা য়েংনবদা বিশ্ব-জগত

ওইরিবা তত্বশিং অসি অমত্তনি। মৈশা (Heat) না মরম ওইদুনা য়ৌগিক (compos) তোঙাল-তোঙালবত্তনি। অয়াম্বা থৱালমিচাক-শিং অয়াংবা তত্বশিংনা ওইবনি। ঐখোইগী গেলেক্সি অসিদা মুমিৎকুম্না ধাতুশিংগী তত্ব য়াওবা থৱালমিচাক তাংই।

থৱালমিচাক করোড কয়াগী মনুংদা করিগুম্বদা থৱালমিচাক অমগী মশাগী গ্রহপ্রনালী Planetary system লৈজরবসু ইলায়-লাইনা জীব পানবা লৈরমগনি হায়নিংঙাই লৈতে। মরমদি থৱালমিচাকশিংগীসু অককনবা মপুক্নি অমা লৈজে। মপুং ফারবা, ধাতুনচিংবা য়াওবা, মশাগী গ্রহ প্রনালী Planetary system লৈজবা থৱালমিচাক্না মশাগী পুক্নি তংথাই চল্লকপদা জীবাত্মা বলয (থৱালমিচাক্তা কোইদুনা লৈবা জীব পোকপা য়াবা রিং) পোকলকই। জীবাত্মা বলয়গী ময়াইমক্তদা ধাতুনা ক্রোর (Megma) (ধাতুশিংগী অশাবা মহী) ওইবা গ্রহ অমগী গ্রহ অমগী ওর্বিট (orbit) ওইগদবনি। অরাম্বা অমদি কোন চানা পৃথ্বীগী থাজগুম্বা উপগ্রহ অমা লৈগদবনি। মতৌ অসুম্না তৌরবদি চাওখৎপা জীব লৈরমগনি হায়বগী অাশা তৌবা য়াই। মরম অদুনা বিশ্ব-জগক্তা জীব য়াম্না তাংই।

মুমিৎনা নহা ওইরিবৈদা জীবাত্মা-বলয় মুমিৎপু কোইদুনা লৈরিবা "রিং" অসি চাওরম্মী, অদুগ ওইশিল্লকলগা অসুম অসুম পিকশিল্লকই। মতম অমদা মুমিৎকী জীবাত্মা-বলয়, মঙ্গলগ্রহগী ওর্বিটতা ময়াই তারম্মী। মতম অদুদা মঙ্গল হানৌনা লেং-লেং চৎলম্মী, প্রকৃতিগী শান্নপুং ওইরম্মী; তৌইগুম্বসুং মঙ্গলগ্রহদা তিল-কাং নত্তনা চাওখৎপা জীব পোকপা ঙমলমদে। মরমদি মঙ্গল পৃথ্বীদগী পিকই, মাগী ব্যাস মাইল ৪২৬০ দনি। মাগী উপগ্রহ অনি লৈ— ফোবোস (Phobos) অমসুং ডেভোস (Devos)। মখোই অমমমগী ব্যাস মাইল ৩০ দগীসু তায়। মখোইগী ওর্বিট গ্রহগা অসুক্কী মতিক নকনৈ, মঙ্গলগী ধ্রুবদগী য়েংবদা মশক উবা ফংদে। চাওখৎপা জীব পোকপগীদমক মুমিৎ, গ্রহ অমসুং উপগ্রহ মখোই অদুমগী শক্তি অসি অমনা অমবু মপুং

কাহনবা অমসুং অহুমগী পাঙ্গলনা জীব ওইবা অমসুং পোকপদা লিচিং অমদা চৎমিন্নগদবনি। মতু মঙ্গল গ্রহদদি ওইথোক্তে। মরমদি উপগ্রহ অনি লৈবনা শক্তি মশেল চিংখাইনরকপনা মপুং ফাবা চাওখৎপা জীব ওইবা ঙমদে। পৃথ্বীগী ওর্বিটতা লৈরিবা নুমিৎকী জীবাত্মা-বলয় অসি পিকশিল্লক্লুনা নোংমদি শুক্র গ্রহগী ওর্বিটতা তারনি; মতম অদুদা শুক্রদসু চাওখৎপা জীব পোকপা ঙমলোই, মরমদি শুক্রগী উপগ্রহ অমত্তা লৈজদে।

বুধ শুক্র, পৃথ্বী অমসুং মঙ্গল গ্রহশিংবু আন্তরিক গ্রহ (Inner Planet) কৌই; মখোইগী ক্রোড় (Megma) ধাতুনা ওই; বৃহস্পতি, শনি, য়ুরেনস, নেপচ্যান অমসুং প্লুটোনচিংববু বাহ্য গ্রহ (Outer Planet) কৌই; মখোইগী ক্রোড় নুংঙাত্তনা ওই। মতম অমদা জীবাত্মা-বলয়না মখোইগী ওর্বিট, মপাচানা তাখরে; তৌই-গুম্বসুং জীব অমত্তা ওইবা ঙমখিদে' মরমদি জীব অমা ওইবগী য়াংলেন শরু ওইরিবা ধাতুশিং মতিক চানা ফংদে।

ঐখোইগী পৃথ্বীদা লৈরিবা জীবশিংগী দমক্তদি নুমিৎনা থবাইনি, পৃথ্বীনা হকচাংনি, থাজনা পুরিংনি। জীবদা ফল পিবা ঙসগী শক্তি অসি গ্রহশিংদদা লৈ। নক্ষত্র অমসুং রাশিদি গ্রহগী মথৌ হাঙ্গতনি। গ্রহশিংসু থাজনা লৈবা ফিভমগী মতুং ইন্না অফ-ফত্ত ফল পি। কনাগুম্বা মী অমগী জন্ম কোষ্ঠিদা অফবা যোগ কযা য়াওরবসু চন্দ্র অমসুং লগ্নপতিনা ৬, ৮ নত্রগা ১২ সুবা য়ুমদা লৈরবদি কৈদৌনুংদা অফবা ফল ফংলোই। মরম অদুনা চন্দ্র অসি জ্যোতিষ শাস্ত্রদা য়াম্না মরু ওইবা গ্রহ ওইনা লৌই। ঋষি পরাশরনসু হায়রি:—

**যদা দৃশেন শশাঙ্কেন সংচরাতে নৃনাং।**
**তা দৃশং ফলমাপ্নোতি শুভং বা অশুভম॥**

মী খুদিংগী কোষ্ঠিদা চন্দ্রগী মতুং ইন্না গ্রহশিংনা অফ-ফত্তা ফল পিরি।

মিশ্র, ভারত, চীন, গ্রীক, ইটালীনচিংবগী জ্যোতিষ-শাস্ত্রদা দশা মখল ৪২ চংনৈ, হায়রিবা দশাশিং অসি চন্দ্রগী খোংচংতগী পু:থাকপা ওাক্লনি। মরমদি ঐখোইগী হকচাংগী ঘড়ী হায়বদি মিতল থাগী খোংজেলগী মতুং ইন্না চংপনি। চন্দ্র ঘড়ী অসি সৌর্য ঘড়ীদগী খোংজেল খর য়াংই। মিওইবনা পুক্লিংনা পান্বা মতুং ইন্না মশা-মশাগী লমচং চংলি। অসুম্না মী মহাক-মহাক্কী থাজগী খোংচংকী মতুং ইন্না দশাসু তোঙাল-তোঙাল পুথোকই। নুপী-নুপা পক্নবা য়েংবদা অহানবদা অনিমক্কী চন্দ্রগী লৈফম মতুং ইন্না য়েংই, মরমদি চন্দ্র অসি মিওইবগী পুক্লিংগী মপুনি। পুক্লিং অনিনা তিন্নদ্রবদি লৈমিন্নবা ওইযোক্লে। মরম অতুনা চন্দ্র অসি পুক্লিংগী মপু ওইবনা জ্যোতিষ শাস্ত্রদা খ্বাইদগী মরু ওইবা গ্রহনি।

থাজ হায়বা অসি সৌরজগত্তা থোইনা মগুন লৈতবা, পৃথ্বীগী পিকথ্রবা উপগ্রহ অমনি; তৌইগুম্বসুং জ্যোতিষ শাস্ত্রদা চন্দ্রগী শক্তি অমসুং মগুন অসুক য়ান্না লৈরিবা অসি করিগীদনক্তনো? মসিগী মরম মখাদা উৎচ'র। ঙসিফাওবা হিরম অসোমদা কনা অমত্তনা নৈনদরি।

ভারতকী জ্যোতিষ শাস্ত্রদা নক্ষত্র অমসুং তিথিফলগী মরমদা য়ান্না কুপনা শন্দোক্লা নৈনখরে। রাশিগী মরমদা ইজিপ্ত অমসুং গ্রীক্কী পণ্ডিতশিংনা শন্দোক্লা হায়খরে। নক্ষত্র ফল, রাশিফল অমসুং তিথিফল পুম্নমকী হৌরকফম থাজগী খোংচংতগীনি। থাজনা নক্ষত্র ২৭ কী মনুংদা নক্ষত্র অমদা লৈবদা নক্ষত্রতুগী ফলনি হায়নৈ থাজগী ফলনি হায়নদে। থাজনা রাশি ১২ গী মনুংদা রাশি অমদা লৈবদা রাশিতুগী ফলনি হায়নৈ। মতৌ অসুম্না নোংমা পানবদগী থানিল ফাওবা চন্দ্রকলা হায়বদি থাজনা নোংমা-নোংমগী চাওথংলকই অমসুং ১৬ নি পানবদগী থাশি ফাওবা মথং মথং পিকথরকই। মরম অসিনা নোংমা নোংমগী পৃথ্বীদা লৈবা চন্দ্রগী চিংশিনবগী শক্তি তংতনা হোংহুনা লৈ মতৌ অসুম্না থাজগী নোংমগী কলা হায়বদি খোংচংপু জ্যোতিষ

শাস্ত্রদা তিথিফল কৌই। পৃথ্বীনা ৬৬ই কোনদা লুকথতুনা নুমিৎপু য়েরুম মওং মানবা ওর্বিট (Orbit) তা কোইবা মরম্না ঋতু নাইরিবনি। পৃথ্বীগী ওর্বিট য়েরুম মওং মান্না নুমিৎপু কোইবা মরম্না নোংমা-নোংমগী ওইনা থাজগী আকর্ষন শক্তি (Gravitation) গী লমচৎতা য়াম্না কুপ্পা খেন্নবা লাকই।

নুমিৎকী মঙাল অমদি করেন্টনা য়োমতুনা লৈবা পৃথ্বীদা থাশি-থানিলদা তত্তনা জ্বার-ভাটা কারকই। সমুদ্রগী ইথক অসি করিগুম্বা মফমদা ফুট ৫০″ ৱাংনা ফাওবা কাবা লৈ, অমসুং কংফালদসু করিগুম্বা মফমদা ইঞ্চি ৫′ ফাওবা জ্বার কায়। কংফালগী জ্বার কাবগী মরমদি পৃথ্বীগী লৈন্নুংগী ময়াই (Megma) ক্রোড অসি মহী চেনবা অশাবা ধাতুনি; মতুদা মহাদেশশিংনা তাওতুনা লৈবা মরম্না য়ুহাহাবদা লৈপাক নিকপসু মরম অসিননি। হিরম পুম্নমক অসিদগী ঐখোইনা তশেংনা খংবা ঙমলে— মতুদি থাজ অসি খ্বাইদগী নকবা য়ুমলোনবা ওইবা মরম্না মাগী আকর্ষন শক্তিনা খ্বাইদগী হেন্না পৃথ্বীবু চিংখৎলি। মথা অমুক খন্থবিয়ু :— মালেমবু য়োমশিল্লিবা মঙাল, অয়ন-মণ্ডল, ৱান-এলেন বেল্ট, করেন্ট, ঈশিং-নুংশিৎতা চন্দ্রগী শক্তিনা কদায় ফাওবা শান্নরমগনি? কোরৌ অমসুং গ্রহশিংগী পৃথ্বীদা তারকপা শক্তিশিং অদুবু থাজনা কদায় ফাওবা ঙমতুনা পুবগে? মিওইবদা চন্দ্র শক্তিগী মখি তাকম ওইরিবা থম্মোই অমদি পুক্নিং, ঈ অমদি ৱাখল চন্দ্রনা হুমতুনা পুরি। চন্দ্রনা মফম চানা লৈত্রবদি ৱাখল চোই থাশি-থানৌ হৌই। অসিদা নত্তনা থোপ, শিংলি অমসুং হকচাংগী করেন্ট পুরিবা জ্ঞান-তন্তুশিংদা কদায় ফাওবা শান্নরকপগে?

হায়বনচিংবা কয়াগী পাওথুম জ্যোতিষ শাস্ত্রনা পিতুনা লাকই। তোইগুম্বসুং মরম অমদি হিরমগী মরমদদি করি অমত্তা হায়বা, নৈনবা থেংনদে। ফল হায়বদি মহৈ পিবগী মরমমদি জ্যোতিষ শাস্ত্রনা য়াম্না শন্দোক্না তাকলি। খুদম ওইনা হায়রবদা কনাগুম্বা মিওই অমগী জন্ম কোষ্টিদা চন্দ্রনা সপ্তম হায়বদি নুপী মফমদা লৈরবদি মাগী পুক্নিং

বাখলদা অয়াম্বা মতমদা মুপীগী বাখলতা খননগল্লি। মরিম্নুবা য়ুমদা লৈরগনা মুংঙাইনবা, য়ুম ইংখোল মরুপ-মপাং অমস্নুং সাংসারিক বৈভবগী মরমদা অয়াম্বা মতমদা খনগনি। মতৌ অসুমনা চন্দ্রনা লৈবা য়ুম য়ুমগী মতুং ইন্না মিওইবনা বাখল খল্লি।

পাম্বীগী মরুনা মশা-মশাগী পারি-পুরি ( Hereditary ) গী মতুং ইন্না লৈশা অমত্তদগী মচিঙ্গাক চিংখৎলি। নোংবালখা পাম্বীগী সেলস ( Cell's ) গী মথোদি অখাবা মহী শেম্বনি; অতুনা অখাবগা মরি লৈনবা পোৎলমশিংদা লৈপাক্তগী চিংখৎলি। অসুমনা চু পাম্বীগী সেলসনা অথুম্বগা মরি-লৈনবা পোৎলমশিংদা চিংখৎলি। সেলসশিং ( Cell's ) দা মশাগী মগুণ অমা লৈজে, মতুদি লৈশা অমত্তদগী তোঙাল-তোঙালবা মহাও চিংখৎপা ঙম্মী অমসুং মচুম মখল কয়া, রসায়নগী পোৎলমশিং অমসুং বিটামিন কয়, ওলহনবা-পুথোকপা ঙম্মী। মতৌ অসুম্না মুংশাগী মঙাল তারেৎতগী মথো লৈবা মঙাল অমসুং মচিঙ্গাক পাম্বীগী মনাশিংনা চুপশিল্লি।

মিওইবসু মশাগী মথো লৈবা পোৎলমশিং চিঙ্গাক অমসুং মুংশা মঙালদগী লৌরি। তৌইগুম্বসু প্রকৃতি অমসুং অতৈ জীবগা তাইবং মীগা য়াম্না খেন্নবা লৈরি। মঙোন্দা লাইপোক ওলহনবা ঙম্বা খুৎপী অমসুং ঈশ্বরগী শক্তিগা মান্নরবা কোক্তা খোন অমা য়াওরি; মতুনা বুদ্ধি অমসুং জ্ঞানগী পুকৈ তুংশিন্দুনা থম্বা ঙম্মী অমসুং মতম লাকপদা শিজিন্নবসু ঙম্মী। মিওইবগী খোপকী জ্ঞান, বুদ্ধ বাখল অমসুং কল্পনাগা মরি লৈনবা ইপোম অমসুং শক্তিশিংগী মথৌ পাংথোকলিবা অসি পুক্নিংনি। পুক্নিংদা তুমতুনা লৈবা, তুমফাৎত্রিবা অমসুং য়াকায়তুনা লৈরিবা লৌশিং অমসুং জ্ঞানগী শক্তি কয়াগী পুকৈনা থন্দুনা লৈ। হেন্না খং-হৈগনবা, অতিমানস ওইবা, লৌশিং জ্ঞানগী ইহুলনা মচিন তুম্বা, মসিবু জৈনশিংনা "লব্ধি" কৌই; বৌদ্ধশিংনা ঋদ্ধি নত্রগা অভিজ্ঞান কৌই অমসুং যোগ পরমপরাদা বিভুতি কৌই। পুক্নিংগী শক্তিশিংগী অঙকপা থৌদো কয়াগী শিংথাবা

ফংই। মিওইবনা পুক্নিংগী শক্তিশিং অতুবু মপুং ফানা শিজিন্নবা ঙমলবদি অঙক-অঙকপা থবক কয়া তৌবা ঙমগনি অমসুং মিওইবগী কোক অচৌবা রিমোট সেন্টর ( Remote centre ) অমা ওইবা ঙমগনি। হৌজিক জর্মনগী বৈজ্ঞানিকশিংনা রিমোট ( Remote ) য়াওদনা টি ভীগী চেনল হোংবা অমদি এলক্ট্রীকনা তৌবা য়াবা থবক খুদিংমক মিওইবগী পুক্নিংগী অপাম্বগী সিগনেলনা পাংথোক্লবা হোৎনরি, থর খোইদি মায়পাকপগী মতাং য়ৌশিল্লকলে। মসিগা লোইননা আকর্ষন শক্তি ( gravitation ) শিজিন্নবা তাইবং মীনা ঙম্লক্লবদি সৌরগত শিনথুংনা কোইরুবা লাইনা থোক্কনি। শাস্ত্রনসু পুক্নিংগী মরমদা হায়রি— "মনঃ সর্বেন্দ্রিয় প্রবর্ত্তক অন্তরেন্দ্রিয় মনঃ সর্বময়ঃ কর্ত্তা।" পুক্নিং—ইন্দ্রী পুম্নমক্কী হৌরকফমনি, মংগী ইন্দ্রী পুম্নমক্কী থৌবুসু পুক্নিংনি। মিওইবগী পুক্নিংদা, রাংমগী শক্তি য়াওবা ইহুল কয়াবু পোকপিবা ঙম্বা "চেতনা" কয়া য়াওরি। চেতনা হায়বদি "জ্ঞান-লৌশিংগী ইহুলগী নোংথাং" মিওইবগী অমত্তা ঙাইরবা "রাংমা" গী শক্তিনি। মিওইবা অসি অথোইবা সেলস ( Cell's ) কারোড় কয়াগী বিশ্বরূপনি। মহিরেন কয়ানা, তত্ব কয়ানা অমসুং মণ্ডালগী ইপোম কয়ানা পুনশিল্লগা ওইবা "দিব্য রূপ" নি, অবতার পুরুষনি, লাইপোকনি।

মিওইবনা চপয়ুনা নিংথিবা অপাম্বা অতু অয়াম্বা মতমদা নিংবা থুংই। মরমদি ইচ্ছা শক্তিগী হৌরকফমদি মী মহাক্কী, নহানমপোক্কী অপাম্বা অতুনি। ভাগ্য মখল অনি সুই নহানপোক্কী কর্মফলদগী ফং-লকপা লাইপক অমা, হন্দক মপোক্কী ইশা-ইশানা অফ-ফত্ত তৌতুনা তানজবা লাইপক অমা। মিওইবনা মশা-মশানা লৈরিবা অকোয়বগী ফিভম ( Environment ) গী মতুং ইন্না অমসুং পারি-পুরি ( Here-ditray ) দগী য়াওজরকপা অফ-ফত্তবা গুণ কয়ামরুম অতু থবক ওইনা পাংথোকপসু মী মহাক্কি অমসুং থৌবুসু মহাক্কি। মানা-মানা তৌরিবা কর্ম্ম অতুগী ফল মপোক মপোক ফংদুনা চৎথরি। মিওই খুদিংমক মশাগী

কর্ম্মনা মরম ওইহ্নুনা ভূত, বর্ত্তমান, ভবিষ্যগী অফ-ফত্ত পুন্নমক্কী ফল ফংনবা মী মহাক-মহাক্না মশা-মশাগী য়াওল শেমজবনি। য়াইফবা য়াইফদবা মানা-মানা তৌবা কর্ম্মগী ফলনি। গ্রহশিংনা কনাদস্ত্র অরাবা নুংঙাইবা ফল পিদে। মখোইদি মশাগী ইচেল অমসুং য়াওলদা মশা-মশাগী ওর্বিটতা লৈহ্নুনা লৈজবতনি। গ্রহশিংনা মিওই খুদিংমক্কী নহানপোক্কী কর্ম্ম অমসুং হন্দক মপোক্কী কর্ম্মনা মরম ওইহ্নুনা অককনবা মতমদা ফংগদবা অফ-ফত্ত ফল তাকপতনি। পুন্থ লৈবা, মশাগী আত্মশক্তি অমদি পুক্লিংবু মাইগৈ পিবা ঙম্বা, জ্ঞান-লৈবা নুপা থোকপা শিংনা গ্রহশিংনা তাকলিবা অফ-ফত্ত শক্তিশিংবু য়াইফ-মঙ্গলগী মাইগৈরোমদা পুবা ঙম্বগী শক্তি লৈ। মহু নত্তবশিংদি নহানপোক্তগী য়াওজরকপা মুল-প্রকৃত্তি (Instinct) অমসুং গ্রহশিংগী মপোক-মপোক নাইথাং ওইবা তাবনি। মতৌ করম তৌরগা নাইথাং অ'স কোকপা ঙমগদগে হায়ববু অফবা বর্ম্ম সাধনা তৌবা হায়বদি তাইবং যুয়ান 'পথাপকী থবক পুন্নমক সাত্বিক ভাবনা অশেংবা অচুম্বা ৱাখলনা মাংওইনরগা কর্ম্ম তৌবা ঙমনবা হোৎনবা। ঙস্মি মখৈ মতম-মতমগী মতুং ইন্না অঙালবা লম্বী খল্লগা চৎনবা হোৎনবা। ঙাইহাক্কী পেল্লবস্থ পেনবা সুকনাই নাইদবা কল্লবা ভাবনা অসি সাংসারিক শক্তিগী যুমফমনি, মসি সাধনান মরম ওইহ্নুনা মিওইবা জাতিগী যাইফবা অমসুং শান্তিগী পাম্বে ওইনবা হোৎনবা তাবনি। ঙসি মিওইবা সমাজ পুম্নমক্কী আত্মানা শান্তি অমসুং য়াইফবা পামলি। ঐ অমা, সমাজ অমা অমসুং দেশ অমা হিংগে, নুংঙাইগে, য়াইফগে হায়রবদি মহ'ক্না অতোপ্পা মী, সমাজ অমসুং দেশপু হিংহল্লগা, নুংঙাইনবা হোৎনমিন্নরগা ঐ হিংগনি, সমাজ অমসুং দেশ হিংগনি নুংঙাইগনি। হৌজিক্কী যুগ অসিদা শান্তি হায়বা অসি থাইদোকপা, মচেৎ তাহনবা সুকয়া য়াদবা পোৎশকনি। শান্তিবু লৈরবদি মশানা নুংঙাইজরকপা তাবনি।

লক্ষ্মীনা তুংগী উদবা মীগা কৈদৌনুংদা লৈমিন্নদে। থাংঙৈশেংবদি থবক খুদিংমক্তা পুক্লিং চংদবা অতনবনা মাংওইনবা, তুংগী খনদবা

মিওইশিংদি অয়াম্বনা শেন-থুম য়াৎত-পাদবা, চাওখৎপা হুংঙাইবা মপুন্সিদা মশক খংদবা তোকই। মশাগী থবক্তা পুক্লিং চংবা, হোৎনবা তনদবা মিওইদি ঘন লাইরদনস্থ লাইরবনা লাহৎপা ঙমদে, অমদি হুপা খোকপগী নাপল অমা লৈজবস্থ মাংহনদে। হুংঙাইবা অমগা যাওনা পুক্লিং চপ যুংনা মশাগী মথৌ তৌরিবা সাহিত্যকার, কলাকার, বৈজ্ঞানিক নত্রগা খুৎনা শুবা মিওইস্থ ওইসন্থ মাযপাক্তনিঙাই, মমিং চৎতনিঙাই, ফাওদনিংঙাই লৈতে। মতৌ অহুম্না কর্ম্ম সাধনা তৌতুনা শক্তি লৈবা, লাইপক শেম্বা ঙম্বা মিওই অমা ওইবা ঙম্মী। কর্ম্মনা তাইবং মী লাই ওনবা ঙম্মী। বিধাতা অমস্থং বিশ্বজগত পুম্নমক কর্ম্মগী মখা পোল্লি। পবা-অপরা শক্তি অমত্তনা কর্ম্ম য়াংমা লানবা ঙমদে। কর্ম্মগী মগুন দেবতাদগী হেল্লি, মঙোম্না বিধাতা পোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈ।

জ্যোতিষ শাস্ত্রদা পৃথ্বীনা সৌরজগতকী মযাইনি হায়না লৌই। মরমদি গ্রহশিংগী শক্তিগী মমি অমস্থং গ্রহশিংবু মথৌশংলিবা নক্ষত্র অমস্থং রাশিশিংগী ইথিনগী শক্তি পৃথ্বী অমস্থং পৃথ্বীদা লৈরিবা প্রকৃতি অমস্থং জীবশিংদা মতৌ করম্না মমি তাবগে অমস্থং করম্বা মওংদা মহৈ ফংবগে হায়বা অসি জ্যোতিষ শাস্ত্রনা নৈনবনি। হিরম অসি নৈনবা তাবনা পৃথ্বীনা সৌরজগতকী ময়াই ওইনা লৌবা অসি মশানা তাবনি। হুমিংকী শক্তি অমস্থং মঙাল, গ্রহশিংগী আকর্ষন-প্রত্যাকর্ষনগী অবেই-অথম নাইদবা শক্তিশিং, পৃথ্বীগী হায়ঙমদনা খেংবা বিজলীগী য়ান এলন-বেল্ট, ওজোনগী কুয়োম, করেন্ট কয়াগী ইথিন, ইশিং-হুংশিৎনা চিংবা শক্তিশিংগী মমি লেংই পাল্লিবা জীব অমস্থং প্রকৃতিদা মতৌ করম্না তাবগে অমস্থং পানগী শক্তিশিংগী হৌরকফম ওইরিবা নক্ষত্র, রাশি, হুমিং অমদি গ্রহশিংগী মরমচং, গ্রহমশেল অমগা-অমগা লৈনবা মরিগী ফল মতৌ করম্না মিওইবদা মশা-মশাগী য়াওনগী মতুং ইন্না মমি তাবগে হায়বনচিংবা পৃথ্বীনা সৌরজগতগী ময়াই ওইরগা নৈনবনি। গ্রহশিংগী অকুপ্পা খোংজেল অমস্থং অঙ্ক লাইনা

খোংনবগী দমক নুমিৎনা সৌরজগতগী সেন্টর ওইনা লৌবস্থ মথৌ লৈ। মথক্কী হিরম কয়া অসিদগী তশেংনা খংলে তাইবং মী অমা ওইবদা গেলেক্সীদা লৈরিবা গ্রহ, নক্ষত্র থরালমিচাকশিংগী অপুনবা শক্তি অমা চংই।

জ্যোতিষ শাস্ত্রদা নোংমগী কয়াৎ নুমিৎ থোকপা অমদগী মথংগী নুমিৎ থোকপা অমা ফাওবা লৌই। পৃথীদা তারকপা নোংমগী নুংশা মণ্ডাল, গ্রহশিংগী আকর্ষন শক্তি অমসুং করেন্টকী মতুং ইন্না য়েংলবদি জ্যোতিষনা নোংমগী লৌবিবা পুংফম অসিনা বৈজ্ঞানিক ওই। নুমিৎ খুদিংগী মণ্ডাল অমদি করেন্টকী শাক্তং অসি হোংই। নোংমগী অপুনবা শক্তম য়েংবদা চাওরাক্কা নুমিৎ থোকপা অমদগী নুমিৎ থোকপা অমা ফাওবা, মণ্ডাল, করেন্ট অমদি ঈশিং-নুংশিংকী ফিভম মান্নৈ। নুমিৎ থোকপদগী নুমিৎ তাবা ফাওবদা লৈরিবা মণ্ডাল, মেগনেট, করেন্ট অমসুং ঈশিং-নুংশিংকী ফিভম অহিং চুপ্পা নুমিৎ থোকত্রিবা ফাওবা অয়াম্বা মতমদা লৈ। নুমিৎকী শাক্তংতা করিগুম্বা মতমদা অহোংবা লাকপ; পৃথীদা অচৌবা মৈগী চীং পোকখাইবা, সমুদ্রগী শাক্তং হোংহনবা ভম্বা অচৌবা য়ুহাহাবনচিংবা নত্রবদি পৃথীগী মৈ, ঈশিং, নুংশিংকী ফিভম অয়ুক, মুংথিল অহিং চুপ্পা মান্নগল্লি। মরম অদুনা জ্যোতিষনা নোংমগী কায়াৎ নুমিৎ থোকপা অমদগী নুমিৎ থোকপা অমা ফাওবা লৌই।

জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মাইরিক্ক খুদিংমক্ত, চন্দ্র অমসুং লগ্নগী মতুং ইন্না ফল লেপকদবনি হায়বা অমা তোয়না থেংনৈ। মসিনা মরম ওইদুনা অপাবা মী অমসুং মসিগী শিনফমদা লৈবা মিওইশিংদা চমমনবা হেক-হেক থোকহল্লি; চন্দ্রগী মতুং ইন্না ফল লৌগদরা নত্রগা লগ্নগী মতুং ইন্না ফল লৌগদরা? হিরম অসি মুন্না নৈনবা তাবনি। কদায়-কদায় ফাওবা চন্দ্রগী মতুং ইন্না ফল লৌগদগে অমসুং লগ্নগী মতুং ইন্না ভাবফলনা কদায় ফাওবা কোনবগে হায়বা অদু কুপ্পা মুন্না খংদোক্কদবনি।

মীওইবগী পুক্লিংবু পুরিবা গ্রহ অসি চন্দ্রনি ; ঈ অমস্তং থম্মোয়গী মপুস্থ চন্দ্রনি। মরম অতুনা ঈ, থম্মোয় অমস্তং পুক্লিংনচিংবগী মরমদা চন্দ্রগী ফিভম কুপ্না নৈনরগা থন্নগনি। য়ুম ১২ গী মস্তংদা মরিস্সুবা য়ুম পুক্লিংগী মফমনি। মরম অতুনা পুক্লিংগী অক্ষ ফত্ত থন্নবদা চন্দ্রগা লোই-ননা মরিস্সুবা য়ুমগী ফিভম অমস্তং য়ুমবুগী অফ-ফত্তা অমস্তং মপাঙ্গলগী মরমদা নৈনগনি। মরম অতুনা চন্দ্র অমদি মরিস্সুবা য়ুমগী য়ুমবু, কেন্দ্র হায়বদি ১, ৪, ৭, ১০ স্সুবা য়ুমদা লৈবা নত্রগা কোন হায়বদি ৫, ৯ স্সুবা য়ুমদা লৈবা অমস্তং পাপগ্রহনা য়েংদবা লৈমিন্নদবা শুভ গ্রহগা লৈমিন্নবা অমস্তং য়েংলবদি ৪ স্সুবা য়ুম্না পিবা অফবা ফল ফংই। খুদম ওইনা হায়রবদা লৌবি য়ুমফম, য়ুম-কৈ, গাড়ী, মরুপ, ইমা, শিনফম অমস্তং পুক্লিংগী মরমদা অফবা ফল ফংই। চন্দ্র অমস্তং ৪ স্সুবা য়ুমবুনা ৬, ৮, ১২ স্সুবা য়ুমদা লৈবা ; অমদি ৬ স্সুবা ৮ স্সুবা য়ুমবুগা লৈমিন্নবা নত্রগা মখোইনা য়েংলবদি পাংদে। তরং চংপা, না-পু তাবা ৱাংপা, হেক্তিল্লগা ঙাওবা অমস্তং ৪ স্সুবা য়ুমগা মরিলৈনবা অফবা ফল লোইনা মাংবগা লোইননা ফত্তবা ফল ফংই। লেমহৌরিবা গ্রহ অমদি ভাবনচিংবা লগ্নগী মতুংইন্না ভাবফল বিচার তৌগনি। ফল পুন্নমক্তগী ভাব ফল হায়বদি য়ুম-য়ুমগী ফল মতুং ইন্না লৌবা ফলনা খ্বাইদগী চুম্বা হেল্লি।

ভাব হায়বদি য়ুম খুদিংমক নৈনবা অমস্তং থন্নবা মতমদা থন্নরিবা ভাব অতু অহানবা ভাবনি হায়না লৌরগা ভাব ১২ মক স্তুনা থন্নগনি। ভাব অতুগী কেন্দ্র কোনদা লৈবা গ্রহশিংগী মরমদা নৈনগনি। মতুংদা মী মহাক মহাক্কী লগ্নগা লোইননা মীমাংসা তৌগনি। থন্নগ-দৌরিবা য়ুম অতুগী কেন্দ্র কোন্দা লৈরিবা গ্রহশিং অতু য়ুমবুগা মিত্র ওইবরা, শত্রু ওইবরা ? করি-করি যোগ তায় হায়বা কুপ্না য়েংগনি। ভাব অমতং থনগৎলগা নৈনবদা কৈদৌন্নুংদা ফল মপুং ফারোই। য়ুম ১২ হায়বদি ভাব ১২ অসি মীওই অমগী অপুনবা শক্তমনি। মতৌ অস্মা ভাব ১২ মকস্তুনা নৈনরবদি মপুং ফাবা, অচুম্বা ফল ফংবা ঙমগনি।

মুমিৎ অমসুং নক্ষত্রশিংগী মরেক-মণ্ডাল, মপান নাইদবা অতিয়াদা শন্দোকলিবা অসি গ্রহ খুদিংমক্কা চিংশিল্লি। মতৌ অসুম তৌদুনা অতৎ-অথম নাইদবা মরেক-মণ্ডালগী ইচেল গ্রহ খুদিংমক্তা চেনথরি। চেন্থরকলিবা মরেক-মণ্ডালগী মরিকশিং অদু গ্রহ অদুদা লৈরিবা মরি লৈনবা তত্ব (Element) থেংনরগা চুপশিনখি। মদুনা তত্ব অদু অমুক হেন্না মপুং ফাহল্লি অমসুং হেন্না মথৌ পাংথোকহল্লি। মরি লৈনদবা মণ্ডাল-মরেক্কা থকথোকখি। তত্ব অদুদা মরি লৈনদবা মরেক-মণ্ডালনা তৎতনা তাশিল্লক্লবদি তত্ব অদুগী শক্তম মাংশিল্লকই; মদুনা প্রকৃতি অমসুং মীওইবদা অমাংবা থোকহল্লি। গ্রহশিংগী আকর্ষন-প্রত্যাকর্ষন্না মরম ওইদুনা মণ্ডালগী শাজৎ-লমচৎকী অথুপ্পা মওং অমসুং চন্দ্রগী লিচিংনা মরম ওইদুনা পৃথ্বীদা য়োরকলিবা মণ্ডাল, করেন্ট, মেগনেটকী ইরৈ অমসুং করিগুম্বা মতমদা নোংলৈগী শক্তিগী মমি মীওইবদা তৎতনা তায়। তারকলিবা মমি অমদি শক্তি অসিগী ফল মান্নদে; মরমদি জীবশিংগীসু মশা-মশাগী তোঙাল-তোঙালবা য়াওল লৈজবনা ফলসু তোঙাল-তোঙাল্লি হায়রবদি ফল অদু জীব অমদনা অফবা ওই, অমদনা ফত্তবা ওই। নবগ্রহগী শক্তিগী অথুপ্পা দশাগী মরমদি অসিনি।

বিজ্ঞান্না পরমানু যুগতগী খোংফম অমা থাংজিল্লগা মণ্ডালগী যুগতা চংবা মতম ওইরে। মরেক-মণ্ডাল তরেংকী হৌরকফম, য়াওল অমদি নিকপগী চাং, ইতিহাস, হৌরকফম তত্ব, লমচৎ-শাজৎ খংবা মথৌ তায়। গ্রহশিংগী আকর্ষন-প্রত্যাকর্ষন্না চিংথোক-চিংশিন তৌবদগী মরেক মণ্ডালগী শক্তম-মগুণ, শাজৎ অমসুং মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তিদা অহোংবা লাকই-খংদোক্কনি। মতম অদুতদা প্রকৃতি অমসুং মীওইবগা মুমিৎ অমদি গ্রহশিংগা মরি লৈনবা বৈজ্ঞানিক ওইনা ব্যাখ্যা তৌবা ঙমগনি। মীওইবনা তৌবা ঙমলোইদোবা থবক লৈররোই। মীওই খুদিংমক অথোইবা "দিব্য মানব" লাইপোক ওইবা ঙমগনি।

———

# কেলেণ্ডর

# ( CALENDAR )

পৃথ্বীগী ( Megma ) মুংগী অশাবা মৎহীনা ইংথবকপা অমদি মুমিৎকী মৈশানা খজিক্ত, হোংলকপদা মালেমগী ঈশিং-নুংশিংকী ফিভম অমদি খোংজেল পুমহোং হোংলকই। পৃথ্বীনা পোক্লকপদগী ঈশিং অমসুং কংফালগী শক্তম অমদি অইংঅশা ওনো হোংলকই অমসুং হোংখিনি। মসিগী মতুং ইন্না অচৎ-চংত লেংই পল্লিবা থরাই পানবা খিবিক ঋতুগী য'ওলগী মতুং ইনবা ওমনবা হোৎনৈ; মতুং ইনবা ওমলকত্রবদি মশাগী ফিভম-শক্তম হোংবা তাবকই; হোংবা ওমদ্রবদি মাগী কাংলুপ পুংমুৎ-মুৎখিবা হায়বা অসি মশানা তাবনি।

তাইবং পরিং লাশং মশক থংগে হায়রবদি চহি লাখ ৫০ গী মমাংদগী তাইবং চাওখৎ-খোংথাংগী লৈবোন মথং-মথং যাকৎতুনা য়েলহৌভৈদগী মালেমদা খোংদারকপা মীওই বাংলুপ কযাগী পুন্সিরোল নৈনবা তাবনি। য়েলহৌ মীনা চহি লাক্ষ ১০ গী মমাংদা মালেমদা মপুং ফারবা তাইবং মী অমা ওইনা খোংদারকই। মরক অসিদা উনগী যুগ ( Ice-Period ) মরি হৌথিরম্মী। জাভা, চীন, ম্যনমার, ভারত, আফ্রিকা অমসুং ইয়ুরোপনচিংবা লৈপাকশিংগী শুরুংদা ফংবা শরু-ওারু ( Fossil's ) দগী ঐথোইনা থংবা ওম্মী মতুংদি চিঙ্গাক থিবা অমদি হিংনেনবগীদমক তাইবং মীনা মালেম শিনথুংনা চৎপ। তারম্মী।

পৃথ্বীগী অন্নাং থংবা নাপোম ( Northern Hemisphere ) দা লৈবা শুরুং মীনা ঋতু খুদিংগী ওল্লকপা য়াওল অমদি শক্তম ওন্তনা উরম্মী। নিংথমথাদা মথা ওনবা শুরুংশিংদা মুংশা মঙাল শাংনা চংই, কালেন্দদি মুংশা মঙাল চংদে। অমুম্না মুমিৎনা ঋতু খুদিংগী মফম হোং-হোংদুনা থোকপা শুরুংদগী উরম্মী।

মালেমগী লৈচেন-ঈচেল অমদি ঈশিং-মুংশিংকী থাংওমদ্রবা য়াওল কয়া থাংহুনা য়েলহৌ মীনা চহি লাখ কয়াদগী লৌশিং তাল্লকই। খোমলাংগা লোইননা ইমাদগী লোল, ৱাখল অমদি লৌশিং তমলকই। লোল হায়বা অসি ৱাখল-লৌশিং পোকপিনী। মরমদি ৱাখল হায়বা অসি খোন্তোক যাওদবা লোলনি। তাইবং মীনা কৈদৌনুংদা লোল য়াওদনা ৱাখল খনবা ঙমদে। মালেমগী মফম খুদিংদা লৈবা যেলহৌ মীশিংনা মানা-মানা লৈবা মফমগী লৈচেন-ঈচেল অমদি ঈশিং-মুংশিংকী চহি চুপ্পগী য়াওল উরগী থংলম্মী। সমুদ্রগী তোর্ব ান্দা লৈবা মীশিংনা থংলম্মী-তাচৌবা ইথক-ইপোম কারকপা অসি থাগা মরি লৈনৈ। ইথক কারকপদা কংফালগী মনুং হঞ্জিন্না লৈবা য়েলহৌ মীনা অতুম্না চৈ পাযহুনা শা-তানবগুম থিন্দুনা ঙা ফানবা হোৎনরম্মী। ইথক্না হাথখিবদা লৈঙোই খোৎলগা থরোই-কোঙ্গুং, ঙা ফারম্মী। তত্তুনা থেংনবদগী অকনবা নোং-মুংশিং লাক্কনি হায়বা অসি ইপাক্কী ইপোম অমদি ইরাওখোলদগী থংলম্মী। কংফালগী মনুং হঞ্জিন্না লৈবশিংনা থংলম্মী শানা ঈশিং থকপা করম্না মতম অমদি মফমদা চৎলি। করম্না মতমদা মচিঙ্গাক তায় ; অমম্মুং করম্না তাঙ্গাদা খুদোং থিন্নিঙাই ওই। পৃথ্বীগী অরাং থংবা নাপোমদা লৈবা শওমশিংনা শাংলবা নিংথম-য়াহিপ করম্না মতমদা হৌগনি হায়বা মখোইনা থংলম্মী। শা-ঙা অমম্মুং উচেকশিংনা অরাপ্পদা চাকতাবা অমদি চাগোকপা করম্না মতমদা চৎকনি হায়বা থংলম্মী। মুমিদাংৱাইরম অমদি নোংঙাল্লমদাইদা শজিনা চাকতাবা থংলম্মী। মানা মানা লৈফমগী তম্পাক, লৈকংলা, অনুকপা উমং, সমুদ্রগী তোর্ব ানগী চহি চুপ্পগী য়াওল থংলম্মী। পৃথ্বীগী ঋতু খুদিংগী শক্তম থংননবগীদমক মহৌশা লাইরেম্বীগী খোংচৎ তানথা কয়া লৈ। অসিগুম্না মালেম ইমাগী য়াওল অমদি শক্তম থংবা হিংননবগীদমক মথৌ তায়। খ্বাইদগী হেন্না শিংথানিঙাই ওইবদি য়েলহৌ মীনা হঞ্জিন-হঞ্জিন লাকপা কুমগী য়াওল ( Calendar ) থংলকপনি।

কোনৌগী তপ্পা হোংলকপা য়াওল শক্তম খবগী মহুত্তা থুনা হোংলকপা থাজগী খোংচৎ-শক্তম খংবনা হেন্না লাইনা থোকই; মরমদি নুমিদাং খুদিংগী মফম অমস্থুং শক্তম হোংই। থাশিদগী থানিল ফাওবা থাজনা নোংম-নোংমগী চাওখৎলকই; থানিলদগী থাশি ফাওবা নোংম-নোংমগী পিকথরকই। য়েলহৌ মীনা থাপনা শা তানবা চৎপা মতমদা মতম অমদি অরাপ্পা, থাগী খোংচৎ-য়াওলদগী খংনরম্মী। মখোইনা অরাপ্পগী অশাংববু মতম্না ওল্লমই। হৌজিককসু চিংমী অমদি অতৈ জাতি কয়ানা অরাপ্পবু "কুইবা" হায়নৈ। মখোইনা থৱালমিচাক থরবু মশক খংলম্মী। চিংথৈ তুল্লকপদা শক্তিক-থাবানা থোকপা তেনো উরম্মী। অরিবা মীনা কুমগী য়াওল খংলকপা অসি হৌচোবা খোংথাং অমনি। মখোইনা পুথোকপা ঋতুগী খোংচৎকা থা খুদিংগী হোংলকপা অতিয়াগী শক্তমগী চাংদমনরম্মী। য়েলহৌ মীনা ময়েক পুথোকপগী চহি লিশিং কুনগী মমাংৱায়দা অতিয়াগী কুনগী য়াওল (Calender) খংলম্মী।

মফম থরদা মহৌশা লাইরেংগী লৈচেন ঈ.চল অমদি অহিং-অশান। মরম ওইতুনা হিংনবগীদমক চানবা উতৈ-রাহৈ রাৎলকপা ফানবা শাওঙা লৈশিল্লক্তবা অমদি মখোইনা চারগা হুন্দোকখিবা উতৈ রাহৈগী মরুনা হৌগৎলক্তনা মহৈ পাল্লকপা উবা লউশিংবগীদমক চান্নবা মফম অমস্থুং ঈশিং নুংশিৎকী খুদোংচাবা লৈবা অসি খিবিক্লা মরম ওইতুনা ভল্লিভৈগী মীনা অখন্নবা মফম থরদা লৌউ শিন্থাগী থবক পাইখৎপা হৌগৎলমই।

লৌউ-শিন্থাগী থবক হেক পাইখৎলকপদা পৃথ্বীগী য়াওল, ঋতু চপ চানা খংবা মথৌ তায়। লৌউবগীদমক নিংথম মরু, কালেন মরু, ঋতু, ঈশিং-নুংশিৎ অমদি পৃথ্বীগা মুনিৎকা মরি লৈনবা খংবা তায়। মরম অসিনা লৌউ-শিন্থা পাইখৎলকপদা চমমনবা কয়া নাইয়োকনরমই। অতিয়াগী ফিভম, উচেক-য়ারা, হারিনচিংবা অমদি পাম্বী কয়াদগী খংবা চাওরকপা ঋতুগী য়াওল (Calendar) লৌউ-শিন্থাগা

চান্নদরে। মরম অদুনা ঋতুগী খোংচৎ খংনবগীদমক মতম অদুগী চাওখৎলবা পৃথ্বীগী মফম বয়দা লৈবা ভাহ্নিলৈগী মীশিংনা অরেপ্পা ঋতু খংনবগীদমক হিদান্নরম্মী। মখোইনা বিজ্ঞানদা যুমফম ওইদুনা থংলকপা ঋতুগী খোংচংকা অহিয়াগী কুম অমগী য়াওল-শক্তমগা চাংদয়রম্মী। মসি অহিয়া-লোল ( Astronomy ) অঙ্ক অমদি ময়েক পুথোকপগী অহানবা খুদমনি।

পৃথ্বীগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা লৈরম্বা ভাহ্নিলৈগী মীপুম খুদিংমক্তা লৌউ-শিংবা থংলমদে। ঋতুগী খোংচৎ-য়াওল খংবা মীশিংবু লাইপোক্ক হায়না লৌনরম্মী। খুদম ওইনা-মিশ্রগী পুজারী, ভারতকী ঋষি, ময়াইথংবা আমেরিকাগী মায়া জাতিগী অমাইবা অমাদ মৈতৈগী পাখংবনচিংবনি।

লৌউ-শিংবা পাইখৎলকপদা পুন্না খুন্দাতুনা লৈবা তারম্মী। পৃথ্বীগী খুংগাং রারিশিংদগী এখোইনা থংবা ভূমী-খুন্দা অয়াম্বা লৈহাও লৈবা তুরেলগী তম্পাক, লম্নহোবা উমং, শাহিং চাবা শা কয়া লৈতবা, শুবা হুংডাইবা লৈহাও লৈবা লৈপাক, ঈশিংগী খুদোংচাবা লৈবা মফমশিংদা খুন্দাবম্মী। মরিশুবা উনগী যুগ ( Ice period ) কী মাংশুইনবা চাওখৎ-খোংথাং অমা মীওইবনা থাংজিল্লমই। অপুনবগী পাঙ্গল লৌশিংগী কান্নবা অমদি খুন্দাতুনা পুন্না লৈবগী চাওখৎ মৈরা মঙাল ইহান-হান্না থংলম্মী। মরিশুবা উনগী যুগনা থমথেংবা ফাওবা সমুদ্রগী তোর্বান্দা তাইবং মীনা খুন্দারকগী খুদম ফংই। বৈজ্ঞানিকশিংনা থা অমম্থং অৰাং থংবা মেরুগী লৈবুংদা হুংতুনা য়েংবদা থংখরে চহি লিশিং ১২ গী মমাং ফাওবা মেরু অনিমক কংফাল ওইরম্মী। অৰাং থংবা মেরুগী সমুদ্রগী তোর্বান্দা উনগী যুগনা থম থেংবা মতম ফাওবা চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী খুন্দাতুনা মীওইবনা লৈরম্মী। চহি ১২,০০০ গী মমাংদা সাইবেরিয়াগা অলাস্কাগা ফাওনরম্মী। অদুম্না এশিয়া অমদি আমেরিকাদা য়েলহৌ মীশিংনা চৎথোক-চৎশিন তৌরম্মী। মতম অদু এশিয়া, ইয়ুরোপ, আমেরিকানচিংবা মহাদেশশিং শিনবা

থুংনা থারবা উন্না পুংকুপ কুপশিল্লমই। তৌইগুম্বসুং সমুদ্রগী ঈশিংদি হৌজিক লৈরিবা অসিদগী থর হেন্না শাবা মরম্না অয়াম্বা সমুদ্রগী খোংবাল উন্না কুপলমদে। মরম অসিদগী মেরু অনিমক্কী সমুদ্রগী খোংবাল চহি ৫০০০ গী মমাং ফাওবা উন্ন কুপলমদ্রি।

মরিস্থবা উনগী যুগ (Ice period)কী মমা দা চীনাগী য়াঙ্গচেকিয়াং অমসুং হো আঙ হো তোর্ব্বান্দা মিশ্রগী নীল তুরেলগী তম্পাক্তা, ইরাক্কী দজ্লা অমসুং ফরাতকী তোর্ব্বান্দা অমসুং ভারতকী সিনধু-গঙ্গাগী পাক চাওরবা তম্পাক্তা মীওইবগী চাওখৎ মঙানগী মরু হুনখরে। মোহনজোদড়ো অমসুং হরপ্পাগী লৈনুংদগী কংবা পোৎলমশিংদগী খংবা ঙমখরে সিনধু-গঙ্গাগী চাওখৎলম্বা মীওই কাংলুপ অতু আন্ত্রিক জাতিনি হায়বা। মসিগা লোইন-লোইননা ভারতকী খা থংবা সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা দ্রাবিড় সভ্যতাসু চাওখৎপগী হৌংথাং থাজিল্লমই।

মরিস্থবা উনগী যুগ ( Ice period ) না থম থেংলকপা মতাংদা সমুদ্রগী ঈশিংগী লৈমায় হৌজিক লৈরিবা অসিদগী ফুট ৩০০ লোম নেমলমই। উনগী যুগনা লোইরকপদা মহাদেশশিং শিনথুংনা কুপলম্বা ঙমথৈ-পনথৈ খংদবা উননা শোদোকলম্মী। মরম অসিদগী সমুদ্রগী লৈমাই মথং-মথং য়াংখৎলক্তুনা পৃথ্বী শিনথুংনা অচৌবা ইচাও অমা লাকখি। অতুগুম্বা প্রলয়গী মশক ওইরবা ঈচাও অতুদা অয়াংবা অতোংবা লমদা খুন্দাবা মিশ্রগী সভ্যতা নত্তনা লেমহৌরিবা ইরাক, ভারত অমদি চীনাগী সভ্যতা ইরোলমুংদা লুপখিরম্মী। পৃথ্বীগী তাইবং মীনা অহানবা চাওখৎলকপগী লিরবা সভ্যতাগী পুক্কৈ কয়া মাংখিরম্মী। মতম অতুগী চাওখৎলবা সিন্ধু গঙ্গাগী তম্পাক ইরোলমুংদা লুপখিবনা খুন্দারম্বা মীশিং অতু অতোংবা চীং মান্দা শন্দোক্তুনা মানা-মানা থোকপা খুন্দাখি।

পৃথ্বীগী খ্বাইদগী লিয়বা লাইরিকশিং চীনাগী শুংকিং ভারতকী বেদ, পারসীশিংগী গাখা অবস্তা অমসুং মৈতৈগী অরিবা পুয়াশিংদা কুমলোল ( Calendar ) গী য়ারি থম্মা লৈরি বেদদা জমদগ্নি ঋষিগী

সুর্য বেধগী য়ারি ; মৈতৈ পুয়াগী খাই মুংজেং পিবাগী মুমিং কাপ্পগী য়ারি ; চীনাগী শুংকিংদা "চিহু-নীগী পিরাং" গী য়ারি—খোংজোংনুবী ( কৃত্তিকা নক্ষত্র ) গা মরি লৈনবা স্বর্গগী লাইরেম্বী ৭ কী মুংশি-মুংলোলগী য়ারিনি। মালেম থক্তা পিরাংনা শিন্নরকপা ( য়োংগী অহানবা মরিক্তী ) গী থম্মোয শোকলবা য়ারিনী। মহাভারতা খোংজোংনুবীগা মরি লৈনবা "কার্ত্তিক ষড়ানন" গরুড় পোকপগী য়ারি অমদি মৈতৈ পুয়াগী "খোংজোংনুবী নোঙ্গারোল" দা নোংজু থা হৌরকপগী য়ারিবু য়াংলবা সাহিত্যগী থাক্তা কোংয়োকলি। ইজিপ্তকী নীল তুরেন্না ঈহৌরকনি হায়বা অসি অতিয়াদা "লুবধক" থরালমিচাক্না মুমিংকী মাংওইননা থোরকপদা খংনরম্মী। মতৌ অমুম্না খোংজোংনুবী ( কৃত্তিকা নক্ষত্র ) অসি মানমুনগী ঈশিং-মুংশিংনা কোনবা লমশিংদা য়াম্না মরু ওই। খোংজোংনুবীনা মুমিংকা থোকমিন্নরক্লবদি নোংজুথা হৌরক-পগী অহানবা থুদমনি। মৈতৈগী কুমলোন ( Calendar ) পুথোকপগা মরি লৈনবা ইতিহাসকী মাংওইনরবা অরিবা পুয়াগী ইহান হান্না এক শলাই থায়বগী য়ারিগী শমলম্না শক্তম অমা উৎচরি।

"কোরৌশিদবা", মথানা শেমজবা মথল মথা অয়াম্বা খুৎশেনবু পেন্না য়েংলম্মী। লাইবৈপাক্তী পুক্তে পুন্নমক মচাশিংদা শিন্নবা পামলম্মী। তৌইশুনমুং হান্না মচা অনি কুপক্রেং অমমুং শেক্রেংগী লৌশিং চাং য়েংখিগে অমদি মপাবু মশক খংব্রা য়েংখিগে হায়না খল্লি। কোরৌ শিদবনা যন অমগী মশক লৌহুনা ইম্ফাল তুরেন্না তাওথরকই।" কুক্কম চৌংগী নাপ্পদা কুপক্রেং অমদি শেক্রেংনা যন অমা তাওথবা উরম্মী। মনাও ইবুংঙো শেক্রেংনা ময়াম্বদা হুংগৎচরকই :—য়াম্মুং ইবুংঙো যন অসি অমুক্তা সনা মিৎয়েং তাবিয়ু। কুপক্রেংনা হঙোইনা হায়রকই-চংলশি ইমাও ইবুংঙো মনম নমথিরম্মনি। মনাও শেক্রেংনা হংগৎচরকই—ঙাকপিগমি য়াম্মু ইবুংঙো—নমাই অমুক্তা য়েংজরুখিগে শিরমদবমু য়ারি। অমুমনা ময়াম্বুংদা হায়জরমলগা যন য়েংলহুনা মথন্তা পোল্লমই—যন অশিবনা মমৈ হৃদ্বা হৌকবরা ? য়াইহে অসি

হেক তাবদা কোরৌশিদবনা ঐবু মশক খংলমালে হায়দুনা মশাগী শক্তম হৣক্লিন্দুনা মচাগী মাংদা লেপ্লগা মচা শেক্লেংবু মপা মশক খংবা ওস্মী হায়দুনা খুাইদগী ইহান-হান্না "পাখংবা" ( মপা ওইবা নুমিৎ, ঋতুবু খংবা ) মিংথোল পিরম্মী।

পন্থৌ শিদবগী য়াথং মতুংইন্না ঘন অশিবা অতু তরেৎ থোক্লা খাইদোক্লগা কাংলুপ তরেৎতা য়েন্থোকলম্মী—ওৌনা তাংবা ওকশমগী শরুক লৌবা কুপত্রেংগী ইয়েক্লা অঙোম হায়না মিংথোল্লে। নিংথিজবা মিৎস্না অনি লৌবা শেক্লেংগী ইয়েক্লা নিংথৌজা; কোক্কী শরুক লৌবা পামরিংবাগী ইয়েক্লা লুরাং হায়না মিংথেরে। কোরৌনা ওইবা ঘনগী মথোংগী শরুক লৌবা লৈশংতাওগী ইয়েক্লা খুমন; মমৈনা কুপ্পা মচু মখল কয়ানা লৈতেংবা শরুকপু লৌবা কোনশৌরেনগী ইয়েক্লা মোইরাং হায়না থোল্লে। চিনগী শরুক লৌবা চেংলৈগী ইয়েক্লা চেংলৈখাবা অমসুং থম্মোইগী শরুক লৌবা তুমাঙানবগী ইয়েক্লা ঙানবা হায়না মিংথোল্লে। হৌজিক ফাওবা মৈতৈ নত্তনা চীংমী, থাই অমদি নোংপোক লমগী অতৈ জাতি কয়া সলাইদা য়ুমফম ওইবা লৈরি।

মথক্কী শক্তম অসি খুন্থোক অহানবা মৈতৈনা কৌবরুদা খুন্দারিঙেগী রানি। শেক্লেং পাখংবনা নিংথমথাদা নুমিৎ অসি কদায় ফাওবা মখারোমদা হায়থবগে হায়বা অসি কৌবরুদগী কুপ্পা য়েংলম্মী। নিংথমথাগী তুরেন্দা, ঈশিংনা মবুক তপ্পা মতমদা ঘন অশিবনা তাওথবগুম অৱাংগী কর্করেখাদা থোকপা নিংথৌনাগা থরালমিচাক ( পুণর্ব্বসু নক্ষত্র ) মপাদগী নুমিৎনা মখারোমদা তপ্পা-তপ্পা মকররেখা য়ৌনা হায়থরকই। মকর রেখা মপাদা থোকপা হারৈমায়ে থৌরালমিচাক ( উত্তরাষাঢ়া ) হেক য়ৌবদা অৱাংলোমদা অমুক মমায় লৈরকই। কৌবরুদগী য়েংবদা হারৈমায়ে থৌরালমিচাক অসি কুরুমচীংগী মতোন্দা থোকপা ওইনা উই; মরম অদুনা কোরৌনা ওইবা ঘন শেক্লেং পাখংবনা কুরুমচিংরাদা, হৌজিক্কী কংলাদা লোকপনি।

নোংপোক ভারত অমদি চীনাগী মরক্তা লৈবা দেশশিংগী মনুংদা

মৈত্রবাক্কী শেক্লং পাখংবনা ইচান-হান্না কুমলোন (Calendar) পুথোকই। মহাক্না খায়বা শলাই ৭ কী মতুং ইন্না চহী অমাবু ঋতু ৭ থোক্না খায়রগা শলাই খুদিংবু মথং মথং থা অনি-অনি লৌউ-শিন্না পাংথোকহল্লমই। শেক্লেং পাখংবগী কুমলোল অসি চহী খরগী মতুংদা ঋতুগা চান্নরক্করে। মরমদি মহাক্না চহী অমবু থা ১৪ হায়বদি নুমিৎ শিংবুম ৪২° না শারম্মী। অসুন্না নুমিৎ হেল্লে খংলহুনা অশোয়বা অসি চুমথোক্লবগীদমক চেংলৈখাবগী ইয়েক্কা তুমাঙানবগী ইয়েক্কা পুন্সিল্লগা খাবা ঙানবা হায়না অপুনবা শলাই অমা ওইহন্দুনা লৌউ-শিন্থা পায়হল্লে। মতৌ অসুন্না ঋতু ৬ থোক্না খাইদোক্তুনা নুমিৎ শিংবুম ৩৬০ হায়বদি থা ১২ না শাবা চহী পুথোক্লে। সৌরবর্ষ (Solar year) গী ৱাংহৌবা নুমিৎ ৫ পুং ৬ অসি চহি ৫.৫ দা থারোম্নহন্দুনা ঋতুগী থোংজেনগা চান্নবা অমুক-মুক চুমথোকই। শেক্লে পাখংবনা পুথোকপা চহীগী মতুংইন্না লৌউ শিন্থা পায়খৎপা মায় পাকলে। হিংনবগীদমক মহৈ-মরোং নিংথিজনা লোকালে। শেক্লে পাখংবগী কুমলোল (Calendar) অসি ঙসি ফাওবা মৈত্রবাক, ম্যনমার, থাই, কম্বোজ, বিএতনাম অমসুং চীনাগী য়ুনান প্রদেশ ফাওবা চৎনরি।

খৃষ্টমাং চহি ৪০০০ গী মাংওইননা মৈতৈ কুমলোল (Calendar) পুথোকপা শেক্লেং পাখংবনা চহী অমগী অশাংবা মতম য়াম্না ময়েক শেংনা পুথোকঅম্মী। মানা তাকপা মতুং ইন্না ইচম চম্বা লৌমীনশু ঋতুগী মশক ইলায়-লায়না খংবা ঙম্মী। মসিগীদমক লৈতেম মান্নবা লৈমায়দা ফুট ৬ ৱাংবা চৈ অমা য়ুংলগা নুংশা মঙান্না য়ৈহুনা তাবা চৈগী মমি য়েংবগী বাদনি। ঋতু খংবসু য়াম্না লায়। নুমিৎয়ুংবা মতমদা চৈগী মমিনা খাইদগী তেল্লবদি কালেন থানি; চৈগী মমিনা খাইদগী শাংবা মতম ওইরগনা নিথম থানি অমসুং চৈগী মমিনা ময়াই ওইনা শাংলবদি য়েনিংথা (বসন্ত ঋতু) নত্রগা মেরা থা (হেমন্ত ঋতু) ওইগনি।

ঋতু মশক খংনবগীদমক থৱালমিচাকশিং শিজিন্নবা হৌরক্লে। ঋতু খুদিংগী অতিয়াগী তোঙান-তোঙানবা শক্তম মশক খংলক্লে।

অহিং মুংখিল শাংবা, পুংজা-মিকুপ লেপনবগীদমক লৈঙোই নত্রগা ঈশিং ওরবা চকু নত্রগা তেঙ্গোং শিজিন্নরমী। থাইনগী কুমলোল ( Calendar ) পুখোকপা কাংবুনা থানা পৃথীবু অমুক কোইবা হায়বদি পুর্ণিমা অমদগী পুর্ণিমা অমা কাওবা চুমিং ৩০ নিনা থাবুম অমা শারম্মী। মতৌ অসুমনা বৈদিক ঋষিশিংনা পুর্ণিমাগী অহিংদা থানা বিশাখা নক্ষত্র লৈরবদি বৈশাখ থা অসুম্না পুর্ণিমাগী অহিংদা জ্যেষ্ঠানক্ষত্রদা থাজনা লৈরদদি জ্যেষ্ঠ মাস ; পূর্ব্বাষাঢ়া+উত্তরাষাঢ়া লৈরগনা আষাঢ় মাস ; শ্রবনাদা লৈরগনা শ্রাবন মাস; পূর্ব্ব ভাদ্রপদ-উত্তরভাদ্রপদদ লৈরগনা ভাদ্র মাস; অশ্বিনীদা লৈরগনা আশ্বিন মাস; কৃত্তিকাদা লৈরগনা কার্ত্তিক মাস; মৃগশিরাদা লৈরগনা মার্গশীর্ষ পুষ্যাদা লৈরগনা পৌষ মাস, মঘাদা লৈরগনা মাঘমাস; পূর্ব্বফলগুনী-উত্তরফলগুনীদা লৈরগনা ফালগুন মাস; অমসুং চিত্রা নক্ষত্রদা থাজনা পুর্ণিমাগী অহিংদা লৈরবদি চৈত্রমাস কৌই।

থাজগী কুমলোল ( Calendar ) গা কোরৌগী কুমলোলগা খেন্নৈ অমসুং অতিয়াদা থোকলিবা গ্রহ,-নক্ষত্র, থবালমিচাকশিংনা থোকপদগী পুখোকপা কুমলোলগা কৈদৌনুংদা মান্নরোই; মরমদি থাজ, কোরৌ, গ্রহশিং, নক্ষত্র থবালমিচাকশিংগী থোংচৎশিং পৃথীদগী য়েংবদা তোংঙান-তোংঙান্নি। মরম অসিদগী মালেমদা লৈবা জাতি কয়ানা তোঙান-তোঙানবা চহী কয়া চৎনরি। খুদম ওইনা হায়রবদা ভারতা থাজগী থোংচৎতগী পুখোকপা চহী, সুমিংকী থোংচৎতগী পুখোকপা চহী অমসুং নক্ষত্রগী থোংচৎতগী পুখোকপা চহী মখল অহুম চৎনৈ। জ্যোতিষ শাস্ত্রদা মঙ্গল অমদি শুক্রগী থোংচৎতগী পুখোকপা চহীসু চৎনৈ। মধ্য আমেরিকাগী মায়াজাতিশিংনা চহী মখল মরি চৎলি। থাজ, কোরৌ, নক্ষত্র অমসুং শুক্রগী থোংচৎতগী পুখোকপা চহীশিং; তোঙান-তোঙানবা ধর্মগা মরি লৈনবা থৌরমশিংদা শিজিন্নৈ। মসিমদি তশেংনা থংলে, মসুদি অতিয়াদা থোকলিবা মতুম খুদিংমকী থোংচৎ পৃথীদগী য়েংবদা খেন্নবনা চহী অমগী অশাংবা তোঙানতোঙান্নি।

পৃথ্বীগী খোংচৎহ্ন চাং নাইদে, অমুক য়াংই-অমুক তপ্পী। বৈজ্ঞানিকশিংনা পৃথ্বীগী খোংচৎপু থাজ অমদি নক্ষত্রশিংগী খোংচৎকা কুপনা চাংদমনরম্মী। পৃথ্বীগী খোংচৎতা কুপনা খেন্নবা খর লাকইবসি কোরৌ অমদি মুলৈমা (গ্রহ) শিং অমনা অমবু চিংশিন্নবদগী লাকইবনি। মসিনা মরম ওইদুনা চহি লিশিং কয়াগী মতুংদা য়াম্না হেন্না খেন্নবা লাকই। পৃথ্বীগী খোংচৎতা মিৎকুপ খর খেন্নবা লাকইবা অসিনা ঐখোইগী পুন্সিগী খোংচৎতা করিমত্তা তকায়বা পীদে; অদুবু বৈজ্ঞানিকশিংগী মাংদা অচৌবা ৱাহং অমা লাকখি—পৃথ্বীগী খোংচৎনা চাং মান্নদ্রবদি মতৌ করম্না অরেপ্পা মতম পুথোক্কদগে ?

১৯৩৯-৪০ ইংদা অরেপ্পা মতম খংনবা, থাজনা নক্ষত্র অমদগী নক্ষত্র অমা ফাওবা মথং-মথং চৎলিবা অসি বৈজ্ঞানিকশিংনা কুপ্পা য়েংশিল্লমই। য়াংনা চৎলিবা থাজনা ঘড়ীগী কটানি, নক্ষশিংনা পুংজাগী খুদমশিংনি। অতিয়ালোল (Astronomy) গী বৈজ্ঞানিকশিংনা থাজগী তকুপ্পা খোংচৎ খংই, অমসুং মসিস্থ মুন্না খংই-নক্ষত্র কদায় কদায়দা লৈ হায়বা অসি। মরম অসিনা মখোয়না মতম তাকপা ঙমই। বৈজ্ঞানিকশিংনা নক্ষত্রনা থন্না থোকপা অতিয়াগী ফিজংদগী থাজগী ফোটো লৌরগা থাজগা হ্বাইদগী নকনবা নক্ষত্রগী অরাপ্পা পুথোকই। মখোইনা অশুক্কী মাতক কুপ্পা পুথোকই—থাজগী লৈমাইদা লৈবা চাং লোক ফাওবা চিৎথদে। পৃথ্বীনা উংবদগী পুথোকপা ঐখোইনা শিজিন্নরিবা ঘড়ীগী মতুং ইম্না ফোটো অদু করম্বা পুংজাদা লৌই হায়বা জ্যোতির্বিদ (Astronomer) শিংনা লাইনা খংই। মখোইনা মুলৈমা (গ্রহ) শিংগী খোংচৎ লোল (Calendar) গী চার্ট (Chart) য়াওবা লাইরিক অদু য়েংলগা খংবা ঙম্মী মহাদ ফোটোদা উৎলিবা নক্ষত্রদা থানা লৈবা মতমদা পুং কয়া তাকম থোকই হায়বা।

চৎনরিবা ঘড়ীগী মতমগা থাজদগী পুথোকপা পুংফমগা মিৎকুপ খরদনি খেন্নবা। অদু ওইরবসু থাজগী মতমদি লেংদবা অমদি অরেপ্পা মতম ওই। মরম অসিদগী জ্যোতির্বিদ (Astronomer) শিংনা থাজগী

খোংচৎতগী পুথোকপা মতমনা অচুম্বা ওইনা শিজিন্নরি। মসিগী পুংফম অসি য়াম্না চেকশিন্না এফিমেরিশ (Ephemeris) খুৎলাইনা চাং য়েংদুনা পুথোকপা মতমনি হায়দুনা এফিমেরিশ মতম (Ephemeris-Time) কৌই।

ইনৌ-নৌনা বৈজ্ঞানিকশিংনা পরমানু সেকেণ্ড (Atomic Second) পরমানু (Atom) গী মখোইদা য়াওরিবা এলেক্ট্রোনগী ফ্রিকেনসি (Frequency) না অরেপ্পা চাং অমদা নিকনা লৈববু লৌরগা অনৌবা পরমানু সেকেণ্ড (Atomic Second) পুথোকপনি।

গ্রহ নক্ষত্র, থা থবালমিচাক গেলেক্সি, বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ডপুম্বা মশা-মশাগী তানথাদা চংলি। প্রকৃতি অমদি লেংই-পাম্লিবা জীবশিংগী জীবকোষ (Cell) দগী এলেক্ট্রোন (Electron) গী ফ্রিকেনসি (Frequency) ফাওবা গ্রহশিংগী চিংশিন্নবগী পাঙ্গল (Gravitation) মসিদগী হেন্দোকনা মঙাল (Light) গী জগত পুম্বা ইহুল অমদা তানথা অমদা চংলি। সঙ্গিতনা মসিবু নাদব্রহ্ম কৌই—বিজ্ঞান্না তাল হায়না কৌই। মঙাল তরেংকী ইপোম (Frequency) দা ঐখোই পুম্নমক ঈকারী। মসিবু সঙ্গিতকী লোলদা সপ্তছণ্ড হায়বদি সপ্তচেতনাগী সংবাদী স্পন্দন কৌই। হায়রিবা সপ্তছণ্ড অসিনা হঞ্জিন-হঞ্জিন অকা-তকুম তৌবনা ওসি বিশ্ব-জগত অসি লেংদনা লৈরিবনি। অরোই-অথম নাইদবা সপ্তচেতনা অসিবু মথল-মখা অয়াম্বা শ্বর-সংবাদনা সংঙ্গিত্তা হরাও তুজুংলবা, "বাংমগী" নুংঙাইরবা শক্তম অমা ফাওরকই মসিবু "নাদব্রহ্ম" গা হাকথেংনবা কৌই।

মিশ্রগী পিরামিড অমসুং চহি লিশিং কয়াগী মতুংদা শাবা মেক্সিকোগী পিরামিড অমসুং বেবিলোনিয়াগী লাইশংশিং তশেংবদি অতিয়া-লোল নৈন্নবগীদমক শাবনি। ইজিপ্তকী পিরামিডকী মনুংদা জ্যোতিষকা মরি লৈনবা লাইরিক কয়া ফংখরে। মিশ্রগী অথোইবা লাইপোকশিংনা ইহান-হান্না গ্রহশিংনা চংলিবা লম্বীদা লৈবা নক্ষত্রশিংবু রাশি ১২ থোক্লা খাইদোকলগা রাশি অমমমবু থবাই পানবা জীবগী শক্তম ওইনা পুথোকই।

মুমিৎ ৩৬৫ না শাবা মুমিৎকী খোংচৎতগী পুথোকপা চহি ( Solar year ) ইজিপ্তকী লাইপোকশিংনা খ্রীষ্টদগী হান্না পুথোকই। মখোইনা অতিয়াদা থোকলিবা গ্রহ-নক্ষত্রশিংগী অকুপ্পা খোংচৎ খংনবা খুৎলাই কয়া পুথোকখি। ইজিপ্তকী জ্যোতিবিদ (Astronomer) শিংনা অতিয়াগী বিষুবরেখাবু ডিকেড ( Decade's ) ৩৬ থোক্লা খাইদোক্লম্মী অমসুং ডিগ্রী ( Degree ) ৩৬০ থোকনা য়েন্থোক্লম্মী। খৃষ্ট মাং চহি ৫৫০ দা সৌরজগতকী গ্রহশিং অমগা অমগা লাপ্পবা পুথোক্লম্মী।

সুমেরিয়া, ইরানী, গ্রীক অমসুং ভারতকী ঋষিশিংনা গ্রহশিংনা চৎপদা লৈবা নক্ষত্র ২৭ পু হায়বদি থাজনা নোংম-নোংমগী লৈফম ওইবা নক্ষত্রশি বুদা য়াম্না কুপ্পা নৈনরম্মী। লেমহৌরিবা থবালমিচাক ( নক্ষত্র ) চবুল, চবুলগী মরমদা করি অমত্তা নৈনদে। চীনানা ইহান হান্না চহি চুপ্পদা উবা থবালমিচাকশিংবু চবুল ২৮ থোক্লা খাইদোক্লগা নৈনরমই চবুল অমমমবু ড্রাগোনগী শরুমদা শাগৎলমই। মসি মৈতৈনসু লাইরেন কয়াগী শরুম ওইনা শাগৎলম্মী। খুদম ওইনা সপ্তঋষিনা ধ্রুবতারাদা কোইববু লাইরেল লাবা য়াওনবা হায়না হায়নবা বয়া লৈরি। অসুম্না লিন পূজা তৌবা ভারতকী অরাং নোংপোক্তা তাবা মীশিংদা চৎনবগী খুদম কয়া ফংই। বঙ্গালী, অসামী জাতিসু মনসা লিল পূজা তৌবা চৎনরি। চীনাগী নক্ষত্র ২৮ গী অতিয়া লোল অসি কাইনথংদা ইয়ুরোপকী মীশিংনা তমখিবনি।

নক্ষত্রগী পাদগী মতুং ইন্না মিংথোনবা সুমেরিয়াগী পণ্ডিতশিংনা ইশান-হান্না হৌদোকপনি। ভারতদি পূর্ব্ব-বৈদিককালদা হায়বদি বেদ হৌগৎলকপা মতমদা নক্ষত্রগী অধিষ্ঠাতি দেবতাগী মীং লৌরগা মীং থোন্নরম্মী। ঋগবেদদা নক্ষত্রশিংগী মরমদদি য়াম্না শন্দোক্না নৈনবা য়াওই। রাশিগী জীব'কারস্বরূপকী মরমদদি করিগুম্বা মফমদা পনবা লৈতে।

বেদগী অহানবা ঋষি বিশ্বামিত্র ২৪৭১ খৃষ্ট মাংবাইদা লৈরম্মী। ঋষিগী চৎনবি অসি বিশ্বামিত্রদগী থিদরকপা চহি ৭০০ ফাওবা চৎনরম্মী

বেদগী ঋচাশিং অসি চোয়না লৈরম্মী। মহাভারত লালগী মাংওইননা শ্রীকৃষ্ণ দ্বৈপায়ন মুনিনা মাগী মতমদা ফংবা ঋচা পুম্নমক থোমজিল্লগা বিষয়-বিষয়গী মতুং ইন্না সংহিতা কয়া শেমলমই মধু ভৌজিক ফাওবা চংনরি। মহাক্কা ঋষিশিংগী মথং-মনাও অমদি বিষয়গী মতুং-ইন্না ঋক সংহিতা অর্থব সংহিতা, অমসুং পুরান সংহিতানচিংবা শেমলম্মী।

নুমিত্তা গ্রহশিংনা কোইনা চৎপা পুথোকপা ভারতকী ঋষিশিংনা ইগাল-হান্না পুথোকপনি। ঋকবেদগা সাহিত্যিক ভাষাদা অসুম্না ফোংদোকই :—

অষ্টৌ পুত্রাসো আদিতেয়ে জাতাস্তম্পরি।
দেবাঁ উপাপ্রেত সপ্তভিঃ পরা মার্ত্তণ্ড মাস্যাত ॥ ৮ ॥
সপ্তভিঃ পুত্রৈর্দিতি রূপাপ্রেত পুর্ব্বম্নযুগম।
প্রজায়ৈ মৃত্যাবে ত্বং পুনর্মার্ত্তণ্ড মাভরত ॥ ৯ ॥
ঋগ-বেদ ১০। ৭২। ৮। ৯ ঋক ॥

মথক্কী বেদগী ঋচানা অসুমনা হায়রি অদুগুনা পরব্রহ্মস্বরূপ ওইবা নুমিৎ মশাদগী মচেং ৭ থোকখরগা মহাকপু অমুক হন্না কোয়রি। অদুগুম্বা অংশ ৭ অদুবু গ্রহগী শক্তমদা থংনরি। অসুম্না মার্ত্তণ্ড (নুমিৎ) গী প্রজা ওইনা গ্রহ তরেৎমক্কা মহাকপু লৈনা কোইরি।

উত্তর বৈদিক হায়বদ বেদকালগী অরোইবা মতমদা বৈদিক সাহিত্যগী অরোইবা শরুক ইরম্মী :—মতুদা ব্রাহ্মন, উপনিষদ অমসুং বেদাঙ্গনাচিংবা মথং-মথং ইথরকই। বেদাঙ্গ মখল ৬ থোকনা থাইদোকই—১, ব্যাকরন ২, নিরুক্ত ৩, শিক্ষা ৪, ছন্দ ৫, কল্প অমসুং ৬ অঙ্ক অমদি জ্যোতিষ শাস্ত্রনি। বেদাঙ্গগী মতম খৃষ্টমাং ৮০০ দগী খৃঃ মাং ৫০০ ফাওবগী মতমনি। বেদাঙ্গ ইদ্রিউগী মমাংদা জ্যোতিষ শাস্ত্র বেদগী মনুং চঙ্গমই। উত্তর বৈদিক কালগী মতমদা তোংঙান্না বিজ্ঞানগী বিষয় অমা ওইনা লৈরকপনি।

ঋগবেদগী চরনব্যুহগী পরিশিষ্টদা মহর্ষিশৌনক্কা হায়রি "চতুর্লক্ষং তু জ্যোতিষম" হায়বদি জ্যোতির্বিজ্ঞানগী শ্লোক লাখ ৪ নি। নারদ

সংহিতা, কাশ্যপ সংহিতা পরাশর সংহিতা অমসুং ভৃগু সংহিতাদা জ্যোতিষ বিজ্ঞানবু পুথোবপা অহানবা ঋষি ১৮ নি হায়না ইরি —

সুর্য পিতামহো ব্যাসো বশিষ্ঠোঅ্ ত্র পরাশর
কাশ্যপো নারদো গর্গো মরী চির্মনু রঙ্গিরা ঃ ॥
লোমশঃ পৌলেশশ্চৈব ভর্গব যবনো গুরুঃ।
শৌনকোঅ্ষ্টাদ শাশ্চৈতে জ্যোতিঃ শাস্ত্র প্রবর্ত্তকঃ ॥

সূর্য, পিতামহব্রহ্মা, বেদব্যাস, বশিষ্ঠ, অত্রি, পরাশর, কাশ্যপ, নারদ, গর্গ, মরীচি, মনু, অঙ্গিরা, লোমশ, পৌলিশ, ভৃগু, যবন, বৃহস্পতি গুরু অমসুং শৌনক ঋষি মখোই ১৮ অসিনা ভারতীয় জ্যোতিষ শাস্ত্র ইহান হান্না লেংবা ঋষিশিংনি। মখোইদা নত্তনা গ্রীক ( Greek ) কী যবনাচার্যশিংনা সংস্কৃত লোন্দা ইবা "যবন জাতকাখ্য" অমসুং "তাজিকাখ্য" কৌবা লাইরিক অনিসু ফংই, হায়ন "রত্ন" লাইরিক্কী মতুং ইন্না মথক্কী লাইরিক অনি অসি লেংবা মীশিংদি খত্তখুত্ত, রোমক, হিল্লাজ, ধিষন অমসুং দুর্মুখনচিংবা আচার্যশিংনা লেংবনি।

খত্তকুত্তো, রোমকশ্চ হিল্লাজো ধ্রিষনহ্বয়ঃ।
দুর্মুখাচার্য ইত্যেতে তাজিকাশ্ম প্রবর্ত্তকঃ ॥

ভারতকী ওইনা উত্তরবৈদিক্কী মতম অঙ্ক অমদি জ্যোতিষ-শাস্ত্রগী শি থানিভাই ওইবা যুগনি। সংসারদা ইহান-হান্না অলজব্রা ( Algebra ) নচিংবা অঙ্কগী পথাপ ( Theory ) কয়া পুথোকলম্মী। খৃষ্ট মাং ৫০০ গী মমাংদা অঙ্কদা শূন্য শিজিন্নবা ভারতনা ইহান-হান্না পুথোকই। ভারত্তগী অতৈ দেশশিংনা তমখিবনি। মশিং থিবগী চৎনবী, মতম অত্তগী পৃথ্বীগী জাতি খুদিংমক্কী লৈরম্মী। ইবদা ১০, ২০, ১০০ হায়বদি শূন্যনা লোইবা মশিং খুদিংমক্কী তোঙান-তোঙানবা খুদম শিজিন্নরম্মী। ভারতকী জ্যোতির্বিদশিংনা বেদগী অহানবা শরুক্তা অঙ্কগী পথাপ পুন্নমক রাহৈনা ইরম্মী। শূন্যগীদমক অতিয়া হায়বা রাহৈ কয়া শিজিন্নৈ। খুদম ওইনা খ, অভ্র, নভস, দিব, গগন,

অম্বর, বিয়ত অমসুং ব্যোম ; মসিগী মতোংবা অমদা চফদি অতিয়া হায়বনি, অতিয়াগী অউবা শক্তমদি ০ নি। উত্তরবৈদিককী মতমদা অঙ্ক ময়েক শিজিন্নবা মতমদা অঙ্কদা ০ ( শূন্য ) শিজিন্নবা হৌখি। ইয়ুরোপকী মীশিংনা ১৩০০-১৪০০ ইংগী মতমদা কায়নথংদা অঙ্কদা শূন্য শিজিন্নবা ভারতকী তমখিবা আরবশিংদগী তম্বনি। উত্তরবৈদিককী মতমদা মেসোপোতামিয়া, রোম অমসুং আলেকজেনড্রিয়াগী জ্যোতিষকী অনৌ-অনৌবা পথাপ ( Theory ) কযাম্ভ ভারতনা লৌশিল্লমই। তৌইগুম্বসুং মীওইবদা গ্রহশিংগী প্রভাব হায়বদি মমি তাবগী মরমদা কুপনা নৈনবা ভারতনা খ্বাইদগী হেল্লি। বৌদ্ধ আচার্যশিংনা ভারতকী ধর্ম, সংস্কৃতি, জ্যোতির্বিজ্ঞান অমসুং দর্শন্নাচিংবা পৃথ্বী শিনথুংনা শন্দোকলম্মী।

খৃষ্টমাং ২০০০ গী মমাংমায়দা ঋগবেদনা হায়খরে। নুমিত্তগী অংশ ৭ থোকখরগা মহাকপু অমুক হন্না কোয়হনা লৈরি হায়বা। কায়না থংদা গ্রীক ( Greek ) কী হেরাক্লিডস ( Herachlid's ) খৃষ্টমাং ৩৮৮ অমসুং ভারতকী আর্যভট্ট ৪৫০ ইং পৃথ্বী অমদি অতৈ গ্রহশিংনা নুমিৎপু কোয়বনি হায়বা, ককপা য়াদ্রবা প্রমান কয়া পিরম্মী। তৌইগুম্বসুং মতম অদুগী মীশিংনা করিসু থৌশারমদে। জ্যোতিষ শাস্ত্রনা অস্থম-অস্থম চাওখৎলকপনা পৃথ্বীনা বিশ্বগী (Universe) কী ময়াই ( Center ) নি হায়বগী মায়োক্না লেংবা য়াদ্রবা মাহং কয়া লাকই। তৌইগুম্বসুং মতম অদুগী জ্যোতিষীশিংনা মখোইগী অরিবা পথাপ ( Theory ) হোংদোক্তনা শেমদোক্লবা হোংনৈ। বিজ্ঞানগী অহানবা যুগ য়ৌরক্লবা ফাওবা ইয়ুরোপকী টোলেমী ( Ptolemy ) ১৫০ ইং পৃথ্বীনা সৌরজগতকী ময়াইনি হায়রম্মী। মহাক্না মশাগী পথাপ ( Theory ) অসি ভাক্লবগীদমক গ্রহশিংগী ওর্বিট ( Orbit ) অসি অনি মুই হায়জিল্লমই। নিংথৌ অমদি চর্চ কিবদগী ইয়ুরোপকী মীশিংনা মশাগী মাখল ফোংদোকপা কিম্নরমই। ১৬০০ ইং চংলকপদা ইয়ুরোপ্তা নিংখা-তম্না মশা-মশাগী মাখল ফোংদোকপগী

ইহৌ অমা লাকই। মতম অতুদা হোলেণ্ডগী কোপরনিকস (Copernicus) ১৪৭৩-১৫৪৩ ইংনা ভারত অমদি গ্রীক্কী জ্যোতিষীশিংনা হায়বা পৃথ্বীনা মুমিত্তা কোইবগী পথাপ্ন, অহু অমদি চেনবা য়াংব্রবা চাংয়েং কয়ানা প্রমান তৌরম্মী। মহাক্না হায়রম্মী পৃথ্বীনচিংবা গ্রহ পুম্নমক মুমিত্তা কোই হায়না লৌরবদি গ্রহশিংগী খোংচং অমদি ওর্বিট (Orbit) পুথোকপা লাইনা থোকই টোলেমীগী লৌফম খংদবা ভাবনা শাবা কয়াগী মথৌ তাদে। অমুম্না কোপরনিকস অমসুং মাবু সৌগতপা কেপ্লর (Kepler) গী ম্রাইহৈশিং অহু মতম অতুগী মীশিংনা মপুং ফানা থাজরমদে। মমৈদা গেলেলিয়োনা তুরবীন পুথোক্রবা মতুংদা মিৎনা শংশং উরগা থাজনরকই। মখোইনা বুধ অমসুং শুক্রনা মুমিৎপু কোইবা উরম্মী। তুরবীন্দা বুধ অমসুং শুক্রনা থাগুম্না অমুক চাওবা অমুক পিকপা উরম্মী। থাজগুম্না অমুক চাওবা অমুক পিকপগী মবমদি গ্রহ অনিমক পৃথ্বীগী ওর্বিট (Orbit) মনুংদা লৈবা মরম্নি। অমুম্না গ্রহ পুম্নমক মুমিত্তা কোইনা লৈহুনা চংলি হায়বা অসি মপুং ফানা থাজহুনা য়াম্নরে।

———

# দণ্ড অমসুং বার নৈনবা

নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, শগোলশেন, ঈরাই, থাংজ নুমিৎ মশিং তরেৎনি। মখোইগী মনুংদা নিংথৌকাবা য়ুমশকৈশা, শগোলশেন অমসুং ঈরাই অফবা নুমিৎনি। নোংমাইজিং, লৈপাকপোকপা, থাংজ হিরম থরদদি ফে।

নিংথৌ অভিষেক তৌবা, মন্ত্রী মণ্ডল শ্বাশক লৌবা, রাষ্টপতি অমসুং প্রধান মন্ত্রীনা যাত্রা তৌবা, শাসনগী থবক, সরকারগী থৌরম, রাষ্ট্রপতি, প্রধান মন্ত্রী উন্নবা, মৈগী থবকন চিংবা নোংমাইজিং নুমিত্তা পাংথোকপা ফে। লমন খুন্থা, কুটনীনি, দণ্ডী পিবা, অণ্ডবগী য়াথং পিবা, শা-লানগী থবক, হুরানবা চৎপা, হকচাং শাজেন তৌবা, অরোনবা থবক তৌবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা তৌবা ফে। পাপকী থবক জাৎ পুন্নমক থাংজ নুমিত্তা তৌবা ফে।

নুমিৎ-মপু :— নোংমাইজিংগী মপু নুমিৎ, নিংথৌকাবগী থাজ, লৈপাকপোকপগী মঙ্গল, য়ুমশকৈশগী বুধ, শগোলশেনগী মপুনা বৃহস্পতি, ঈরাইগী মপুনা শুক্র থাংজগী মপুনা শনিনি।

অয়ুক-নুংথিলগী যামার্দ্ধপতি পুথোকপা :— অয়ুক নুংথিলগী অপুনবা দণ্ডগী শরুক নিপাল থোকপগী শরুক অমাবু যামার্দ্ধ কৌই। নুমিৎ নুমিৎকী নুমিৎ মপুনা অহানবা যামার্দ্ধগী মপুনি। নুমিৎ মপুদগী থিরকপা ৬ সুবা নুমিৎনা অনিসুবা যামার্দ্ধপতিনি। মতৌ অসুম্না ৬-৬ থিরগা যামার্দ্ধপতি পুথোকনি। খুদম ওইনা নোংমাইজিংগী অহানবা যামার্দ্ধগী মপুনা রবিনি, অনিসুবনা ঈরাইনি, অহুমসুবনা বুধনি, মরিসুবনা চন্দ্রনি।

অহিংগী যামার্দ্ধ মপু পুথোকপা :— নুমিৎ তাবদগী নুমিৎ থোকত্রিভৈগী মনুংদা লৈবা অপুনবা দণ্ডশিং অহুগী নিপাল থোকপগী শরুক অমবু যামার্দ্ধ কৌই। নুমিৎ মপুনা অহানবা যামার্দ্ধগী মপু

ওইগনি। নুমিৎ মপুদগী থিরকপদা মঙা তাবা নুমিৎ অতুনা অনিহুবা যামার্দ্ধমপু ওইগনি। মতৌ অহুন্না থিরকপদা মঙা-মঙাদা লৈবা নুমিৎ অতুনা অহিংগী যামার্দ্ধমপু ওইগনি।

অমুক-নুংথিলগী যামার্দ্ধমপু

| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| র | শু | বু | চ | শ | বু | ম | র |
| চ | শ | বৃ | ম | র | শু | বু | চ |
| ম | র | শু | বু | চ | শ | বৃ | ম |
| বু | চ | শ | বৃ | ম | র | শু | বু |
| বৃ | ম | র | শু | বু | চ | শ | বৃ |
| শু | বু | চ | শ | বৃ | ম | র | শু |
| শ | বৃ | ম | র | শু | বু | চ | শ |

অহিংগী যামার্দ্ধমপু

| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| র | বৃ | চ | শু | ম | শ | বু | র |
| চ | শু | ম | শ | বু | র | বৃ | চ |
| ম | শ | বু | র | বৃ | চ | শু | ম |
| বু | র | বৃ | চ | শু | ম | শ | বু |
| বৃ | চ | শু | ম | শ | বু | র | বৃ |
| শু | ম | শ | বু | র | বৃ | চ | শু |
| শ | বু | র | বৃ | চ | শু | ম | শ |

অয়ুক নুংথিলগী দণ্ড মপু পুথোকপা :— যামার্দ্ধ অমদা যংবা অপুনবা দণ্ড অতুগী শরুক মরি থোকপগী শরুক অমগী মপুব দণ্ডমপু কৌই। যামার্দ্ধ মপুনা অহানবা দণ্ড মপু ওইগনি। অহানবা দণ্ডমপুগী গ্রহ অতুগী মশিং অতু অনি থোকউ—অফংবা মশিং অতু অনিশুবা দণ্ড মপু ওইগনি। অনিশুবা দণ্ডমপু অতুবুহ অনি থোকউ-অফংবা মশিং অতু অহুমশুবা দণ্ড মপু ওইগনি। অহুমশুবা দণ্ডমপুবু অনি থোকউ—অফংবা মশিং অতু মরিশুবা দণ্ড মপু ওইগনি।

রবিগী দণ্ডক্তদি অতোপ্পা নিয়ম অমা লৈ—মবমদি রবিগী গ্রহ মশিং ১ নি, থাইদোকপা যাদে; মবম অসিনা গ্রহ মশিংগী মতুং ইন্না রবিদগী থিবদা নিপালশুবা গ্রহদি বাহুনি মরম অসিনা রবিগী মথং খুদিংগী দণ্ডপতি অসি রাহু ওইগনি। মরম খুদিংমক্তা গ্রহ মশিং মচেং তারবদি মচেং অতু হন্দোক্লগা লেম হৌবা মপুম অতু গ্রহগী মশিং ওইনা লৌগনি। খুদম ওইনা হায়রবদা মঙ্গলগী গ্রহ মশিং ৩নি—তংখাই তারবদি ১২, ১২ নি ফিভম অসিদা তংখাই হন্দোক্লগা ১ হায়না লৌগনি—মরম অতুনা মঙ্গলগী মথংগী দণ্ডপতি রবি ওইগনি।

অহিংগী দণ্ডপতি পুথোকপা :— যামার্দ্ধ মপু খুদিংমক অহানবা দণ্ডমপু ওইগনি। অহানবা দণ্ডমপুগী গ্রহমশিংদগী মশিং খিবা হৌরগা তরুকশুবা মফমদা ফংবা গ্রহ মশিং অতুনা অনিশুবা দণ্ডমপু ওইগনি। মতৌ অসুমনা ৬, ৬ কাপ্পগা লৈবা গ্রহ অতুগী মশিংগী মতুং ইন্না দণ্ডমপু ওইগনি। হেন্না খুদোংচানবা মখাদা চক্র উৎলি :—

অয়ুক নুংথিল দণ্ড মপু

| ১ | | ২ | | ৩ | | ৪ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| রবি | বায়ু | রাহু | বরুন | বুধ | যম | চন্দ্র | মাহেন্দ্র |
| চন্দ্র | মাহেন্দ্র | রবি | বায়ু | রাহু | বরুন | বুধ | যম |
| মঙ্গল | যম | রবি | মাহেন্দ্র | রাহু | বায়ু | বুধ | বরুন |
| বুধ | বরুন | চন্দ্র | যম | রবি | মাহেন্দ্র | রাহু | বায়ু |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| গুরু | বায়ু | চন্দ্র | বরুন | রবি | যম | রাহু | মাহেন্দ্র |
| শুক্র | মাহেন্দ্র | মঙ্গল | বায়ু | রবি | বরুন | রাহু | যম |
| শনি | যম | মঙ্গল | মাহেন্দ্র | রবি | বায়ু | রাহু | বরুন |

অহিং দণ্ড মপু

| ১ | | ২ | | ৩ | | ৪ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| রবি | বায়ু | শুক্র | বরুন | বুধ | যম | চন্দ্র | মাহেন্দ্র |
| চন্দ্র | মাহেন্দ্র | শনি | বায়ু | গুরু | বরুন | মঙ্গল | যম |
| মঙ্গল | যম | রবি | মাহেন্দ্র | শুক্র | বায়ু | বুধ | বরুন |
| বুধ | বরুন | চন্দ্র | যম | শনি | মাহেন্দ্র | গুরু | বায়ু |
| গুরু | বায়ু | মঙ্গল | বরুন | রবি | যম | শুক্র | মাহেন্দ্র |
| শুক্র | মাহেন্দ্র | বুধ | বায়ু | চন্দ্র | বরুন | শনি | যম |
| শনি | যম | গুরু | মাহেন্দ্র | মঙ্গল | বায়ু | রবি | বরুন |

দণ্ডাদি জ্ঞান

অনুপল ৬০ = বিপল ১
বিপল ৬০ = পল ১
পল ৬০ = দণ্ড ১
দণ্ড ৬০ = নোংম ( অহোরাত্র )
নুমিং ৭ = হপ্তা ১
নুমিং ৩০ = থা ১
থা ১২ = চহি ১

অনুপল ২$\frac{১}{২}$ না = সেকেণ্ড ১ না ৬০ খোকপগী ১ নি।
বিপল ২$\frac{১}{২}$ না = সেকেণ্ড ১
বিপল ১০ না = প্রান অমা = সেকেণ্ড ৪
পল ২$\frac{১}{২}$ না = মিনট ১
দণ্ড অমা = মিনট ২৪, দণ্ড—২ না মুহূর্ত্ত ১ = মিনট ৪৮।
দণ্ড ২$\frac{১}{২}$ না পুং ১। মুহূর্ত্ত ৩০ = দণ্ড ৬০ = পুং ২৪ গা মাইন্নে।

বার বেলা :— অয়ুক-নুংথিল চুপ্পদা লৈবা দণ্ড অপুম্বগী ৮ থোকপগী শরুক অমবু যামার্দ্ধ কৌই। নোংমাইজিংনচিংবা মুমিৎ ৭ নিগী অয়ুক-নুংথিলগী ওইবা যামার্দ্ধ ৮ গী মনুংদা ফত্তবা যামার্দ্ধশিংবু বার বেলা হায়না কৌই। খুদম ওইনা হায়রবদা নোংমাইজিংগী ৪মুবা যামার্দ্ধ, নিংথৌকাবাগী তরেৎমুবা লৈপাকপোকপগী অনিমুবা, য়ুমশকৈশগী মঙামুবা, শগোলশেনগী নিপালমুবা, ঈরাইগী অহুমমুবা অমসুং থাংজগী তরুকমুবা অয়ুক-নুংথিলগী যামার্দ্ধবু বার বেলা কৌই। বার বেলাগী মতমদা থবক খুদিংমক তৌবা পাংদে।

কাল বেলা :— অয়ুক-নুংথিলগী যামার্দ্ধ চক্রদা হপ্তা অমা হায়রবদি মুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা শনিনা পুবা যামার্দ্ধ খুদিংমকপু কাল বেলা কৌই। খুদম ওইনা নোংমাইজিংগী মঙামুবা, নিংথৌকাবগী অনিমুবা লৈপাকপোকপগী তরুকমুবা, য়ুমশকৈশগী অহুমমুবা, শগোল-শেনগী তরেৎমুবা, ঈরাইগী মরিমুবা অমসুং থাংজগী অহানবা অমসুং নিপালমুবা যামার্দ্ধবু কাল বেলা কৌই।

কাল রাত্রি :— অহিংগী যামার্দ্ধ নিপালগী মনুংদা হপ্তা অমদা শনিনা পুবা যামার্দ্ধ খুদিংমকপু কালরাত্রি কৌই। খুদম ওইনা নোংমাইজিংগী তরুকমুবা যামার্দ্ধ, নিংথৌকাবগী মরি, লৈপাকপোকপগী অনি, য়ুমশকৈশগী তরেৎ, শগোলশেনগী মঙা, ঈরাইগী অহুম অমসুং থাংজগী অহানবা অমসুং নিপালমুবা যামার্দ্ধবু কাল রাত্রি কৌই।

কাল বেলা অমসুং কালরাত্রিদা যাত্রা তৌরবদি শিবগা মানবা খুদোংথিবা নংই। লুহোংবদা বর অমসুং কন্যানা যাত্রা তৌরবদি কায়নৈ অমসুং খুদিংমক্তা অমাংবা, অরাবা নংই।

কুলিকবেলা :— অয়ুক-নুংথিল অমসুং অহিংগী ১৫-১৫ থোকপগী শরুক অমবু মুহুর্ত্ত কৌই। মুমিৎ খুদিংগী মুহুর্ত্ত খরগী মমিং কুলিকবেলা কৌই। খুদম ওইনা নোংমাইজিংগী মরিমুবা মুহুর্ত্ত অমসুং অহিংগীনা তরাহুমদোইমুবা মুহুর্ত্তবু কুলিকবেলা কৌই। মতৌ অমুম্না নিংথৌ-কাবগী অয়ুক-নুংথিলগী ১২ মুবা, মুমিদাংগীনা ১১ মুবা; লৈপাকপোকপগী

১০ সুবা অমসুং অহিংগীনা ৯ সুবা ; য়ুমশকৈশগী ৮ সুবা, অহিংগীনা ৭ সুবা ; শগোলশেনগী ৬ সুবা অমসুং অহিংগীনা ৫ সুবা ; ঈরাইগীনা ৪ সুবা অমসুং অহিংগীনা ৩ সুবা ; থাংজগীনা অয়ুক-নুংথিলগীনা ৩সুবা অমসুং নুমিদাংগীনা অহানবা মুহুর্ত্তবু কুলিকবেলা কৌই। "মুহুর্ত্ত চিন্তামনি" লাইরিক্কী মতুং ইন্না কুলিকবেলাগী মতমদা অকুবা থবক থক হৌরোই।

নুমিৎ অতুপুরিবা গ্রহনা পাঙ্গল কল্লবদি অমসুং পাঙ্গল লৈবা গ্রহনা কর্ম্ম-লগ্নদা লৈরবদি কুলিকবেলাগী মতমদা থবক পাংথোকপা য়াই।

অয়ুক-নুংথিলদা মুহুর্ত্ত ১৫ অমসুং অহিংদা মুহুর্ত্ত ১৫ পুন্না মুহুর্ত্ত ৩০ না নোংমা শাই। মুহুর্ত্ত খুদিংগী মপু নক্ষত্রনা ওই। খুদম ওইনা : অয়ুক-নুংথিলগী মুহুর্ত্ত মপুনা—১ আর্দ্রা, ২ অশ্লেষা, ৩ অনুরাধা, ৪ সুবা মঘা, ৫ ধনিষ্ঠা, ৬ সুবা পুর্ব্বাষাঢ়া, ৭ সুবা উত্তরাষাঢ়া, ৮ অভিজিৎ, ৯ রোহিনী, ১০ বিশাখা, ১১ জেষ্ঠা, ১২ মৃগশিরা, ১৩ শতভিষা, ১৪ উত্তরফলগুনী অমসুং ১৫ সুবা মুহুর্ত্ত মপুনা পুর্ব্বফলগুনীনি।

অহিংগী মুহুর্ত্ত মপু :—১ আর্দ্রা, ২ পুর্ব্বভাদ্রপদ, ৩ উত্তর-ভাদ্রপদ, ৪ রেবতী, ৫ অশ্বিনী, ৬ ভরনী, ৭ কৃত্তিকা, ৮ রোহিনী, ৯ মৃগশিরা, ১০ পুনর্ব্বসু, ১১ পুষ্যা, ১২ শ্রবনা, ১৩ হস্তা, ১৪ চিত্রা অমসুং ১৫ সুবা মুহুর্ত্তগী মপু স্বাতী নক্ষত্রনি।

বেলা—চক্র

| মুখিং মমিং | বার বেলা যামার্দ্ধ মশিং | কাল বেলা যামার্দ্ধ মশিং | কাল রাত্রি যামার্দ্ধ মশিং | কুলিক বেলা মুহুর্ত্ত মশিং | কুলিক রাত্রি মুহুর্ত্ত মশিং |
|---|---|---|---|---|---|
| নোংমাইজিং | ৪ | ৫ | ৬ | ১৪ | ১৩ |
| নিংথৌকাবা | ৭ | ২ | ৪ | ১২ | ১১ |
| লৈপাকপোকপা | ২ | ৬ | ২ | ১০ | ৯ |
| য়ুমশকৈশ | ৫ | ৩ | ৭ | ৮ | ৭ |
| শগোলশেন | ৮ | ৭ | ৫ | ৬ | ৫ |
| ইবাই | ৩ | ৪ | ৩ | ৪ | ৩ |
| থাংজ | ৬ | ১ | ৮ | ২ | ১ |

## তিথি নৈনবা

থা অমগী মন্নংদা থানিল অমস্নং থাশি হায়না থখাই অনি লৈ। পানখৎলকপগী নোংমপানবদগী পুনিমা ফাওবা চন্দ্রকলা হায়বদি থাজনা নিল্লকপা নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্তুনা মুমিৎ ১৫ নিদা মপুং ফাই; মুমিৎ ১৫ নি অসিবু শুক্লপক্ষ হায়বদি থানিলগী থখাই কৌই। পুনিমা মতুং নোংমা কোনবদগী অমাবশ্যা হায়বদি থাশি ফাওবা থাজগী শকফম অসি নোংম-নোংমগী তাথরকই; মসিগী মুমিৎ ১৫ ন অসিবু থাশিগী থখাই কৌই।

তিথি মপু:— থানিল নোংমা পানবদগী পুনিমা ফাওবা অমস্নং পুনিমা মতুং নোংমা কোনবদগী থাশি ফাওবগী তিথি মপু মখাদা উৎলি:— ১ অগ্নি, ২ প্রজাপতি, ৩ গৌরী, ৪ গনেশ, ৫ অহিং ৬ গুহ, ৭ রবি, ৮ শিব, ৯ দুর্গা, ১০ যম, ১১ বিশ্ব, ১২ হরি, ১৩ কাম, ১৪ হর, ১৫ (পুনিমা) না থাজ অমস্নং থাশিগী লাই মপুনা পিতৃগননি।

### তিথি বিভাগ চক্র

| শুক্লপক্ষ | | | | কৃষ্ণপক্ষ | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ফল : | অশুভ | মধ্যম | শুভ | ফল | শুভ | মধ্যম | অশুভ |
| নন্দা | ১ | ৬ | ১১ | নন্দা | ১৬ | ২১ | ২৬ |
| ভদ্রা | ২ | ৭ | ১২ | ভদ্রা | ১৭ | ২২ | ২৭ |
| জয়া | ৩ | ৮ | ১৩ | জয়া | ১৮ | ২৩ | ২৮ |
| রিক্তা | ৪ | ৯ | ১৪ | রিক্তা | ১৯ | ২৪ | ২৯ |
| পূর্ণা | ৫ | ১০ | ১৫ | পূর্ণা | ২০ | ২৫ | ৩০ |

থা পানখৎলকপা নোংমা পানবদগী মঙানি পানবা ফাওবগী তিথিশিং অসি পাংদে। পানখৎলকপা তরুকনি পানবদগী তরানি পানবা তিথি (থাবান) শিং অসি য়াইমরপ ওইনা লৈ, অমস্নং

তরানি পানবদগী পুর্নিমা ফাওবনা খ্বাইদগী ফবা পানখৎলকপগী থাবানশিং (তিথি) নি।

কৃষ্ণপক্ষ হৌযবদি পুর্নিমা মতুং নোংমা কোনবদগী মঙানি কোনবা ফাওবা থাশিগী খ্বাইদগী ফবা থাবান্নি। পুর্নিমা মতুং তরুকনি কোনবদগী তরানি কোনবা ফাওবা য়াইমরপ কৈ অমসুং ১১ নি কোনবদগী থাশি ফাওবা পাংদে। চন্দ্রগী কলানা হেনগৎলকপা অমসুং তাথরকপনা মরম ওইদুনা চন্দ্রগী পাঙ্গল মতুং ইন্না তিথিশিংগী অফফত্ত লেপ্পী। পানখৎলকপা নোংমা পানবদগী থাশি ফাওবগী তিথি ৩০ অসি শরুক অহুম থোক্লা যেনথোকনি। ময়াইগী নুমিৎ ১০ নি হায়বদি ১০ নি পানবদগী ২০ নি পানবা ফাওবগী তিথিশিং অসি থাজগী পাঙ্গল মপুং ফানা লৈবনা খ্বাইদগী ফবা তিথিশিংনি। তিথি ১০ অসিগী মনুংদা ১৪ নি পানবা অমসুং ১৯ নি পানবা রিক্তা তিথি তাবা মরন্না পাংদে মরম অদুনা অফবা থবক অমত্তা পাংথোকপা পাংদে।

অবম অমসুং ত্রয়স্পর্শ:— অহিং নুংথিল নোংমগী পুংফম মনুংদা তিথি অনিগী অবোইবা শরুক শন্নরবদি নুমিৎ অদুবু অবমদিন কৌই। নোংমগী মনুংদা তিথি অনি লোইরবদি অমসুং অহুমসুবা তিথি হৌগৎলক্লবদি নুমিৎ অদু ত্রয়স্পর্শ কৌই। অবম অমসুং ত্রয়স্পর্শ তাবা তিথিশিংদা যাত্রা তৌবা, লুহোংবনচিংবা অফবা থবক তৌবা য়াদে। অবমদিন পংনা থোক্কে, ত্রয়স্পর্শ খা খুদিংগী লৈ।

দগ্ধ তিথি:— কৃষ্ণপক্ষগী পুর্নিমা মতুং নিনি কোনবা হায়বদি ১৭ নি পানবা থবানদা রবি নত্রগা চন্দ্রনা মীন রাশিদা লৈরবদি নুমিৎ অদু "দগ্ধ তিথি" কৌই। মতৌ অমন্না ধনু রাশিদনা পানখৎলকপগী ২ নি পানবা; বৃষ রাশিদনা ১৯ নি পানবা; কুম্ভ রাশিদনা মরিনি পানবা; মেষ রাশিদা রবি নত্রগা চন্দ্র লৈরগন্না ৬নি পানবা; কর্কট রাশিদনা ২১ নি পানবা; কন্যা রাশিদনা ২৩ নি পানবা মিথুন রাশিদনা ৮ নি পানবা; বৃশ্চিক রাশিদনা ২৫ নি পানবা; সিংহ রাশিদনা ১০ নি পানবা; মকর রাশিদনা রবি নত্রগা চন্দ্র লৈরবা

অমসুং থবান্না ২৭ নি পাল্লবদি "দগ্ধ তিথি" কৌই। তিথিশিং অদুদা রবি লৈরগনা "মাস দগ্ধা" কৌই অমসুং চন্দ্র লৈরগনা "চন্দ্র দগ্ধা" কৌই।

যোগ নৈনবা:— মুমিৎ, তিথি (থাবান), নক্ষত্র, করন অমসুং যোগ মখোই মতাগী অফ-ফত্ত মহে তাইবং মী খুদিংমক্কা নোংমগী ফংলি। নক্ষত্র ২৭ কী মহে ফংবগুন্না যোগ ২৭ কী মহৈসু নোংমা নোংমগী ওইনা ফংলি। যোগ ২৭ গী মমিং:— ১) বিষ্কুম্ভ, ২) প্রীতি, ৩) আয়ুষ্মান, ৪) সৌম্য ৫) সোভন, ৬) অতিগণ্ড, ৭) সুকর্মা, ৮) ধৃতি, ৯) শূল, ১০) গণ্ড, ১১) বৃদ্ধি, ১২) ধ্রুব, ১৩) ব্যাঘাত, ১৪) হর্ষণ, ১৫) বজ্র, ১৬) অসৃক, ১৭) ব্যতীপাত, ১৮) বরীয়ান, ১৯) পরিঘ, ২০) শিব, ২১) সিদ্ধ, ২২) সাধ্য, ২৩) শুভ ২৪) শুক্র ২৫) ব্রহ্ম, ২৬) ইন্দ্র অমসুং ২৭) বৈধৃতিনি। যোগ ২৭ অসিগী মমিং নিত্য যোগ" কৌই।

করন পুথোকপা:— মুমিৎ খুদিংগী তিথিশিংনা হৌগৎলকপা অমসুং লোইরকপগী মতুং ইন্না "করন" পুথোকই। খুদম ওইনা নোংমগী পাল্লম্বা তিথি অদুদগী অমা থাইদোক্লগা ২ না পুরিগু, মশিং ৭ তগী হেল্লবদি ৭ না য়েল্লু-অরেম্বা অদু মমাংগী করন মশিংনি। লোইরকপা তিথি ওইরগনা তিথি মশিং অদু ২ না পুরিম্ম অদুগা অমা থাইদোকউ অরেম্বা অদু মতুংগী করণনি। ৭ তগী হেল্লবদি ৭ না য়েল্ল অরেম্বা অদু করননি।

করন মশিং:— ১) বব, ২) বালব, ৩) কৌলব, ৪) তৈতিল, ৫) গরকরণ, ৬) বণিজ, ৭) বিষ্টি (বিষ্টি থংনবা খুদম ° শূন্যনি) অসিনচিংবা করন তরেৎনি। মসিগী মথক্তা করন মরি অমসু লৈরি:— শকুনিকরন, চতুষ্পাদ, নাগ অমসুং কিন্তুঘ্ন মরি অসিবু ধ্রুবকরন হায়না থংনৈ।

## করন নির্নয় চক্র

| তিথি | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| পূর্ব্বাদ্ধ | কিং | ২ | ৪ | ৬ | ১ | ৩ | ৫ | ০ | ২ | ৪ | ৬ | ১ | ৩ |
| পরাদ্ধ | ১ | ৩ | ৫ | ০ | ২ | ৪ | ৬ | ১ | ৩ | ৫ | ০ | ২ | ৪ |

| তিথি | ১৪ | ১৫ | ১৬ | ১৭ | ১৮ | ১৯ | ২০ | ২১ | ২২ | ২৩ | ২৪ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| পূর্ব্বাদ্ধ কিং | ৫ | ০ | ২ | ৪ | ৬ | ১ | ৩ | ৫ | ০ | ২ | ৪ |
| পরার্দ্ধ | ৬ | ১ | ৩ | ৫ | ০ | ২ | ৪ | ৬ | ১ | ৩ | ৫ |

| তিথি | ২৫ | ১৬ | ২৭ | ২৮ | ১৯ | ৩০ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| পূর্ব্বাদ্ধ কিং | ৬ | ১ | ৩ | ৫ | ০ | চ |
| পরার্দ্ধ | ০ | ২ | ৪ | ৬ | শ | না |

হু-শিজিন্নবা, মী হাৎপা-তুপ্পা, ককপা, শা-লাল নমথবা, শগোল-শাম্ন লাকপনচিংবদদি বিষ্টি ভদ্র তিথিদা তৌবা মায় পাকই, অতৈ থবক্তদি পাংদে। তৌইস্নস্নং বিষ্টিকরনগী অকোনবগী দণ্ড ৩ দদি দোষ লৈতে। তিথিগী হৌগৎলকপা শরুক্তা বিষ্টীকরন তাবা অসি থা পানখৎলকপগী ৮ নি পানবা অমস্নং পুর্নিমা স্নুমিৎনি। কৃষ্ণপক্ষ হায়বদি পুনিমা মতুংগীনা ২২ নি অমস্নং ২৯ নি পানবা স্নুমিৎ বিষ্টী করন তায়। মথোইগী মমিং বাসরী বিষ্টী নত্রগা দিনভদ্রা কৌই। থা পানখৎলকপগী ৭ নি পানবা, ১১ নি পানবা অমস্নং পুনিমা মতুংগী ১৮ নি পানবা তিথি অরোইবদগী পোকপা বিষ্টী করনগী মমিং নৈশিবী বিষ্টী নত্রগা রাত্রিভদ্রা হায়না খংনৈ। অয়ুক-স্নুংথিলদা রাত্রি-ভদ্রা তাবদা অয়ুক-স্নুংথিলদা শরুবা কম্ম তৌবদা অকায়বা লৈতে। মতৌ অস্নুমনা অহিংদা দিনভদ্রা তারবস্তু স্নুমিদাং শুভকর্ম্ম তৌবদা অকায়বা লৈতে।

### নক্ষত্র-নৈনবা

নক্ষত্র ২৭ থাজগী নোংমা-নোংমগী পনথুংফম নি। নক্ষশিংগী মমিং ১) অশ্বিনী. ২) ভরনী, ৩) কৃত্তিকা, ৪) রোহিনী. ৫) মৃগশিরা, ৬) আর্দ্রা, ৭) পুনর্ব্বসু, ৮) পুয্যা, ৯) অশ্লেষা, ১০) মঘা ১১) পূর্ব্বফল্গুনী

১২) উত্তরফল্গুনী, ১৩) হস্তা, ১৪) চিত্রা, ১৫) স্বাতী, ১৬) বিশাখা, ১৭) অনুরাধা ১৮) জ্যেষ্ঠা, ১৯) মূলা, ২০) পুর্ব্বাষাঢ়া, ২১) উত্তরা ষাঢ়া ২২) শ্রবনা, ২৩) ধনিষ্ঠা ২৪) শতভিষা, ২৫) পূর্ব্ব ভাদ্রপদ ২৬) উত্তর-ভাদ্রপদ অমসুং ২৭, রেবতী নক্ষত্রনি।

নক্ষত্র ২৭ কী মৈতৈ মমিং:— ১) সজিক, ২) থবা, ৩) খোংজোংনুবী, ৪) অপকডা, ৫) শাচুঙ-তেলহৈবা ৬) লিকলা শাফবা, ৭) চীডচরোই, ৮) চুডশেলনুপী ৯) নিংথৌনাগা ১০) নিংথৌতুরেল, ১১) নিংথৌ শামু, ১২) শামু পীচা, ১৩) উকোং তাবু, ১৪) মোকাং শঙ্কা, ১৫) লুবাং শঙ্কা ১৬) নালপ শঙ্কা, ১৭) ওকপুরোই, ১৮) তাউহুইরেং, ১৯) তোংচেং নুপী, ২০) থায়াই, ২১) থাতোন, ২২) নিংথৌ মনি-মমৌ, ২৩) হারৈমায়ে, ২৪) কোরৌনু, ২৫) খাবালিতেং, ২৬) সিল্লি লৈনিং অমসুং ২৭) রায়াখুরৌনি।

নক্ষত্র খুদিংমক পাদ ৪, ৪ থোক্লা খাইদোকই। মতৌ অসুন্না ২৭×৪=১০৮ পুন্না পাদ মশিং ১০৮ নি। পাদ ১০৮ অসি রাশি ১২ দা য়েনবদা ১০৮÷১২=৯, রাশি অমদা পাদ ৯, ৯ থুংই। মতৌ অসুমনা অশ্বিনী নক্ষত্রগী পাদ ৪, ভরনী পাদ ৪ অমসুং কৃত্তিকাগী পাদ অমনা পুল্লগা মেষ রাশি ওই। বৃষ রাশিগীনা কৃত্তিকাগী লেমহৌবা পাদ ৩, রোহিনীগী পাদ ৪ অমসুং মৃগশিরাগী অহৌবা পাদ ২, মতৌ অসুমনা পাদ ৯,৯ না রাশি অমা ওই।

মথক্তী নক্ষত্র ২৭ অসিগী মনুংদা অভিজিৎ কৌবা নক্ষত্র অমা লৈ মহাক্লা লৈরিবদ উত্তর ষাঢ়াগী অরোইবা মরিহুবা পাদ অমসুং শ্রবনা নক্ষত্রগী দণ্ড ৪ না অভিজিৎ ওই। সপ্ত-শলাকা চক্রগী মতুং ইন্না অভিজিৎ অসি রোহিনী নক্ষত্রগা বেধ লৈনৈ হায়না কল্পনা তৌই। অভিজিৎ নক্ষত্রদা পোকপা মী অয়াম্বা শাগৈগী অথোইবা অচংবা মী ওইগনি। মথাদা রাশি ১২ গী স্ফটকী মতুং ইন্না নক্ষত্রশিংগী পাদ-চক্রসু উৎলি; লোইননা শতপদ চক্রসু উৎলি।

চন্দ্র স্ফুটকী মতুং ইন্না রাশি চক্র

| রাশি | নক্ষত্র মশিং | শতপদ গী মতুং ইন্না মিং | পাদমশিং | চন্দ্র স্ফুট | রাশি | নক্ষত্র মশিং | শতপদকী মতুং ইন্না মিং | পাদ মশিং | চন্দ্র স্ফুট |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মেষ রাশি | ১ | চু | ১ | ০ । ৩ । ২০ | বৃষ রাশি | ৩ | ই | ২ | ১ । ৩ । ২০ |
| | ,, | চে | ২ | ০ । ৬ । ৪০ | | ,, | উ | ৩ | ১ । ৬ । ৪০ |
| | ,, | চো | ৩ | ০ । ১০ । ০ | | ,, | এ | ৪ | ১ । ১০ । ০ |
| | ,, | ল | ৪ | ০ । ১৩ । ২০ | | ৪ | ও | ১ | ১ । ১৩ । ২০ |
| | ২ | লি | ১ | ০ । ১৬ । ৪০ | | ,, | ব | ২ | ১ । ১৬ । ৪০ |
| | ,, | লু | ২ | ০ । ২০ । ০ | | ,, | বি | ৩ | ১ । ২০ । ০ |
| | ,, | লে | ৩ | ০ । ২৩ । ২০ | | ,, | বু | ৪ | ১ । ২৩ । ২০ |
| | ,, | লো | ৪ | ০ । ২৬ । ৪০ | | ৫ | বে | ১ | ১ । ২৬ । ৪০ |
| | ৩ | অ | ১ | ১ । ০ । ০ | | ,, | বো | ২ | ২ । ০ । ০ |

## চন্দ্র স্ফুট মতুং ইন্না রাশি চক্র

| রাশি | নক্ষত্র মশিং | শতপদগী মতুং ইন্না মিং | পাদ মশিং | চন্দ্র স্ফুট | রাশি | নক্ষত্র মশিং | শতপদগী মতুং ইন্না মিং | পাদ মশিং | চন্দ্র স্ফুট |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মিথুন রাশি | ৫ | ক | ৩ | ২ । ৩ । ২০ | কর্কট রাশি | ৭ | হি | ৪ | ৩ । ৩ । ১০ |
| | ,, | কি | ৪ | ২ । ৬ । ৪০ | | ৮ | হু | ১ | ৩ । ৬ । ৪০ |
| | ৬ | কু | ১ | ২ । ১০ । ০ | | ,, | হে | ২ | ৩ । ১০ । ০ |
| | ,, | ঘ | ২ | ২ । ১৩ । ২০ | | ,, | হো | ৩ | ৩ । ১৩ । ২০ |
| | ,, | ঙ | ৩ | ২ । ১৬ । ৪০ | | ,, | ড | ৪ | ৩ । ১৬ । ৪০ |
| | ,, | ছ | ৪ | ২ । ২০ । ০ | | ৯ | ডি | ১ | ৩ । ২০ । ০ |
| | ৭ | কে | ১ | ২ । ২৩ । ২০ | | ,, | ডু | ২ | ৩ । ২৩ । ২০ |
| | ,, | কো | ২ | ২ । ২৬ । ৪০ | | ,, | ডে | ৩ | ৩ । ২৬ । ৪০ |
| | ,, | হ | ৩ | ৩ । ০ । ০ | | ,, | ডো | ৪ | ৪ । ০ । ০ |

চন্দ্র স্ফুট মতুং ইন্না রাশি চক্র

| রাশি | নক্ষত্র মশিং | শতপদগী মতুং ইন্না মিং | পাদ মশিং | চন্দ্র স্ফুট | রাশি | নক্ষত্র মশিং | শতপদগী মতুং ইন্না মিং | পাদ মশিং | চন্দ্র স্ফুট |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| সিংহ রাশি | ১০ | ম | ১ | ৪।৩।২০ | কন্যা রাশি | ১২ | টো | ২ | ৫।৩।২০ |
| | ,, | মি | ২ | ৪।৬।৪০ | | ,, | প | ৩ | ৫।৬।৪০ |
| | ,, | মু | ৩ | ৪।১০।০ | | ,, | পি | ৪ | ৫।১০।০ |
| | ,, | মে | ৪ | ৪।১৩।২০ | | ১৩ | পু | ১ | ৫।১৩।২০ |
| | ১১ | মো | ১ | ৪।১৬।৪০ | | ,, | ষ | ২ | ৫।১৬।৪০ |
| | ,, | ট | ২ | ৪।২০।০ | | ,, | ণ | ৩ | ৫।২০।০ |
| | ,, | টি | ৩ | ৪।২৩।২০ | | ,, | ঠ | ৪ | ৫।২৩।২০ |
| | ,, | টু | ৪ | ৪।২৬।৪০ | | ১৪ | পে | ১ | ৫।২৬।৪০ |
| | ১২ | টে | ১ | ৫।০।০ | | ,, | পো | ২ | ৬।০।০ |

# চন্দ্র স্ফুট মতুং ইন্না রাশি চক্র

| রাশি | নক্ষত্র মশিং | শতপদগী মতুংইন্না মিং | পাদ মশিং | চন্দ্র স্ফুট | রাশি | নক্ষত্র মশিং | শতপদগী মতুং ইন্না মিং | পাদ মশিং | চন্দ্র স্ফুট |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তুলা রাশি | ১৪ | র | ৩ | ৬ । ৩ । ২০ | বৃশ্চিক রাশি | ,, | তো | ৪ | ৭ । ৩ । ২০ |
| | ,, | রি | ৪ | ৬ । ৬ । ৪০ | | ১৭ | ন | ১ | ৭ । ৬ । ৪০ |
| | ১৫ | রু | ১ | ৬ । ১০ । ০ | | ,, | নি | ২ | ৭ । ১০ । ০ |
| | ,, | রে | ২ | ৬ । ১৩ । ২০ | | ,, | নু | ৩ | ৭ । ১৩ । ২০ |
| | ,, | রো | ৩ | ৬ । ১৬ । ৪০ | | ,, | নে | ৪ | ৭ । ১৬ । ৪০ |
| | ,, | ত | ৪ | ৬ । ২০ । ০ | | ১৮ | নো | ১ | ৭ । ২০ । ০ |
| | ১৬ | তি | ১ | ৬ । ২৩ । ২০ | | ,, | য় | ২ | ৭ । ২৩ । ২০ |
| | ,, | তু | ২ | ৬ । ২৬ । ৪০ | | ,, | য়ি | ৩ | ৭ । ২৬ । ৪০ |
| | ,, | তে | ৩ | ৭ । ০ । ০ | | ,, | যু | ৪ | ৮ । ০ । ০ |

চন্দ্র স্ফুট মতুং ইন্না রাশি চক্র

| রাশি | নক্ষত্র মশিং | শতপদশী মতুং ইন্না মিং | পাদ মশিং | চন্দ্র স্ফুট | রাশি | নক্ষত্র মশিং | শতপদশী মতুং ইন্না মিং | পাদ মশিং | চন্দ্র স্ফুট |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধনু রাশি | ১৯ | যে | ১ | ৮ । ৩ । ২০ | মকর রাশি | ২১ | ভো | ২ | ৯ । ৩ । ২০ |
| | ,, | যো | ২ | ৮ । ৬ । ৪০ | | ,, | জ | ৩ | ৯ । ৬ । ৪০ |
| | ,, | ভ | ৩ | ৮ । ১০ । ০ | | ,, | জি | ৪ | ৯ । ১০ । ০ |
| | ,, | ভি | ৪ | ৮ । ১৩ । ২০ | | ২২ | খি | ১ | ৯ । ১৩ । ২০ |
| | ২০ | ভু | ১ | ৮ । ১৬ । ৪০ | | ,, | খু | ২ | ৯ । ১৬ । ৪০ |
| | ,, | ধ | ২ | ৮ । ২০ । ০ | | ,, | খে | ৩ | ৯ । ২০ । ০ |
| | ,, | ফ | ৩ | ৮ । ২৩ । ২০ | | ,, | খো | ৪ | ৯ । ২৩ । ২০ |
| | ,, | ঢ় | ৪ | ৮ । ১৬ । ৪০ | | ২৩ | গ | ১ | ৯ । ২৬ । ৪০ |
| | ২১ | ভে | ১ | ৯ । ০ । ০ | | ,, | গি | ২ | ১০ । ০ । ০ |

# চন্দ্র স্ফুটকী মতুং ইন্না রাশি চক্র

| রাশি | নক্ষত্র মশিং | শতপদগী মতুং ইন্না মিং | পাদ মশিং | চন্দ্র স্ফুট |
|---|---|---|---|---|
| কুম্ভ রাশি | ২৩ | গু | ৩ | ১০ । ৩ । ২০ |
| | ,, | গে | ৪ | ১০ । ৬ । ৪০ |
| | ২৪ | গো | ১ | ১০ । ১০ । ০ |
| | ,, | শ | ২ | ১০ । ১৩ । ২০ |
| | ,, | শি | ৩ | ১০ । ১৬ । ৪০ |
| | ,, | শু | ৪ | ১০ । ২০ । ০ |
| | ২৫ | সে | ১ | ১০ । ২৩ । ২০ |
| | ,, | সো | ২ | ১০ । ২৬ । ৪০ |
| | ,, | দ | ৩ | ১১ । ০ । ০ |
| মীন রাশি | ২৫ | দি | ৪ | ১১ । ৩ । ২০ |
| | ২৬ | দু | ১ | ১১ । ৬ । ৪০ |
| | ,, | থ | ২ | ১১ । ১০ । ০ |
| | ,, | ঝ | ৩ | ১১ । ১৩ । ২০ |
| | ,, | ঞ | ৪ | ১১ । ১৬ । ৪০ |
| | ২৭ | দে | ১ | ১১ । ২০ । ০ |
| | ,, | দো | ২ | ১১ । ২৩ । ২০ |
| | ,, | চ | ৩ | ১১ । ২৬ । ৪০ |
| | ,, | চি | ৪ | ১২ । ০ । ০ |

নক্ষত্রগী লাইমপু — ১) অশ্বিনী নক্ষত্রগী অশ্বিনীকুমার মচিন মনাও অনি, ২) ভরনীগী যম, ৩) কৃত্তিকাগী অগ্নি, ৪) রোহিনীগী ব্রহ্মা, ৫) মৃগশির—চন্দ্র, ৬) আর্দ্রা—রুদ্র, ৭) পুনর্ব্বসু—অদিতি, ৮) পুষ্যা-বৃহস্পতি ৯) অশ্লেষা—সর্প, ১০) মঘা—পিতৃগন, ১১) পূর্ব ফলগুনী—ভগ, ১২) উত্তরফলগুনা-অর্য্যমা ১৩) হস্তা-রবি, ১৪) চিত্রা-বিশ্বকর্ম্ম, ১৫) স্বাতী-পবন, ১৬) বিশাখা,-শক্রুগ্নি, ১৭) অনুরাধা-মিত্র, ১৮) জৈষ্ঠ্যা-ইন্দ্র, ১৯) মূলা-নিঋতি, ২০) পূর্বাষাঢ়-জল, ২১) উত্তরাষাঢ়া-বিশ্ব-অভিজিৎ, বিরিঞ্চি, ২২) শ্রবনা-কেশব, ২৩) ধনিষ্ঠা-বসু, ২৪) শতভিষা—বরুন, ২৫) পূর্ব্ব ভাদ্রপদ-অজপাদ, ২৬) উত্তরভাদ্রপদ-অহিব্রগ্ন, ২৭) রেবতী-পূষা অসিনচিংবা অসি নক্ষত্র ২৭ কী অধিষ্ঠাতী দেবতাশিংনি।

অফবা থবক খুদিংমক হৌবদা চন্দ্র শুদ্ধি অমসুং তারা শুদ্ধি লৈবগী মথৌ কন্না লৈ। অনিমক শেংলবদি তৌগদৌরিবা থবক অদু শোইদনা মায় পাক্কনি, মঙ্গল ওইগনি। শুক্ল পক্ষ হায়বদি পানখৎলকপা থাখাইদা চন্দ্রশুদ্ধিগী মথৌ তায় অমসুং কৃষ্ণপক্ষ হায়বদি পুনিমা মতুংদগী থাশি ফাওবগীনা তারাশুদ্ধি লৈবগী মথৌ লৈ, অনিমক শেংবনা খাইদগী ফৈ।

চন্দ্র শুদ্ধি — মী মহাক্কী চন্দ্রনা লৈবা রাশিদগী থিগনি, চন্দ্রনা ৩, ৬, ৭, ১০ অমসুং মশাগী রাশিদা লৈরবদি চন্দ্র শুদ্ধি ওই। মথক্কী অসি শুক্ল কৃষ্ণপক্ষ অনিমক্তা অদুম চৎনগনি। থোইদোক্লা শুক্লপক্ষগী ২, ৫, ৯ নি পানবা থবান অফবনি অফবা কর্ম্ম পাংথোকপা য়াই। জন্ম নক্ষত্রদা লৈবা চন্দ্র থবক খুদিংমক পাংথোকপা য়াই। অদুবু হিদাক চাবা, কোই—লু কোকপা, শমককপা, লুহোংবা, লংফৈ চৎপা য়াদে।

তারা শুদ্ধি — মী মহাক্কী তারা শুদ্ধি হায়বদি থবানমিচাক অশেং শেংদা থংনবা 'নব তারা বিভাগ' য়েংবা তায়। নক্ষত্র ২৭ অসি শরুক ৩ থোক্লা য়েন্নবদি ৯-৯ থুংই। "নব তারা বিভাগ" থিবদা মশাগী জন্ম নক্ষত্র হায়বদি মানা পোকপা মতমদা চন্দ্রনা লৈবা নক্ষত্রদগী থিবা হৌগনি খুদম ওইনা ১) জন্ম, ২) সম্পদ, ৩) বিপদ,

৪) ক্ষেম, ৫) প্রত্যারি, ৬) সাধক, ৭) বধ, ৮) মিত্র, ৯) অতি মিত্র। মথক্কী নব তারা অসি মশা মশাগী মিং মতুং ইন্না ফল পিগনি।

নারদ সংহিতাগী মতুং ইন্না জন্মতারা তাবা পাংদে। তৌইগুম্বসুং "সতকৃত্যমুক্তাবলী" গী মতুং ইন্না লুহোংবা, পিণ্ডদান শ্রাদ্ধনচিংবা শোনবা, হিদাক চাবা, শম ককপা, লংফৈ চৎপা নত্তনা তৌ থবক খুদিংমক পাংথোকপা কাহদে। মথাদা নব তারা চক্র —মঘা নক্ষত্রগী উংলি :—

| জন্ম | সম্পদ | বিপদ | ক্ষেম | প্রত্যারি | সাধক | বধ | মিত্র | অতিমিত্র |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ | ১৫ | ১৬ | ১৭ | ১৮ |
| ১৯ | ২০ | ২১ | ২২ | ২৩ | ২৪ | ২৫ | ২৬ | ২৭ |
| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ |

ষণনাড়ী নক্ষত্র — মী খুদিংগী থোইদোকপা নক্ষত্র তরুক লৈ। মী খুদিংগী চন্দ্রনা লৈবা নক্ষত্রদগী থিবা হৌগান। অহানবা জন্মনাড়ী, অনিসুবা জন্ম নক্ষত্রদগী তরাসুবা নক্ষত্র কর্মনাড়ী, অহুমসুবা জন্মনক্ষত্রদগী ১৬ সুবা নক্ষত্র সাংঘাতিক নাড়ী, মরিসুবা জন্মনক্ষত্রদগী ১৮ সুবা নক্ষত্র সমুদায় নাড়ী, মঙাসুবা জন্ম নক্ষত্রদগী ১৩ সুবা বিনাশ নাড়ী, তরুকসুবা জন্ম নক্ষত্রদগী ২৫ সুবা নক্ষত্র মানস নাড়ী কৌই। নিংথৌ, রাষ্ট্রপতি নত্রগা প্রধান মন্ত্রী, শিংলি মখল অহুম লৈ-স্বজাতি নাড়ী, দেশ নাড়ী অমসুং অভিষেক নত্রগা শপথগ্রহন নাড়ী।

কৃত্তিকা, পুষ্যা, রেবতী অমসুং পুনর্ব্বসু নক্ষত্র মরি অসি মথং মনাও ওইনা ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র জাতি মরিবু খংনৈ। নিংথৌ অমদি রাষ্ট্রপতি, প্রধান মন্ত্রীগী জাতি নক্ষত্র কৌই। অতুগুম্বা নক্ষত্রদা অভিষেক নত্রগা শপথগ্রহন হায়বদি রাশক লৌবা অতুবু শপথগ্রহন নাড়ী কৌই। দেশ খুদিংগী অহৌবা ময়েক্সা দেশনাড়ী নক্ষত্র "শতপদ চক্রগী" মতুং ইন্না লেপকনি।

নাড়ী নক্ষত্র ফল — গোচর দশাদা নাড়ী নক্ষত্রদা শুভগ্রহ লাকপা অফবা মহৈ ফংই অমদি পাপ গ্রহ লাক্লবদি অরা অনানচিংবা খুদোং চাদবা ফল ফংই। জন্মনাড়ী নক্ষত্রদা পাপগ্রহ লাকঅর্বদি হকচাং মুংঙাইতে পুক্নিং বাগল্লি, শেনমাংই, তৌরুবা কান্নদে। কর্ম-নাড়ীদা পাপগ্রহ লাক্লবদি থবকতা অকায়বা লাকই, মানস নাড়ীদা পাপগ্রহ লাক্লগনা, পুক্নিং রাই অকি-তুজুং ফংই, সাংঘাতিক নাড়ী পাঙ্গল রাই, অশোক অপন ফংই, লন মাংই, মরুপ কায়নৈ, সমুদায় নাড়ী সমাজদা খ্বাইগী মিৎয়েং হৈন্দে, লন-থুম মাংই, বিনাশ নাড়ীদা লন, হকচাং, পাংঙ্গল, ইজ্জত শেন্নচিংবা অমাংবা নংই। নাড়ী নক্ষত্রশিং অসিদা শুভগ্রহ লাক্লবদি অফবা মহৈ ফংই। মরম অতুনা কোষ্ঠি য়েংবা মতমদা নাড়ী নক্ষত্রদা গোচর দশা য়েংগনি।

ঋক্ষ সন্‌ধি — বরাহনা লেংবা বৃহজ্জাতক অমসুং ভট্টোতপলগী টীকাদা ঋক্ষ সন্‌ধি অমসুং রাশি সন্‌ধিগী মরমদা হায়রি মফম অমত্তদা। পুংফম অমত্তদা নক্ষত্র অমসুং রাশিগী মতম লোইরবদি মহুবু ঋক্ষ সন্‌ধি কৌই। রাশি তরানিথোই অসিগী মন্নুংদা নক্ষত্র ২৭ কী ঋক্ষ সন্‌ধি মফম অহুম লৈ। অহানবা কর্কট রাশিগী অরোইবা নক্ষত্র অশ্লেষা নক্ষত্রগী অরোইবা নবাংশ। অনিসুবা বৃশ্চিক রাশিগী জ্যেষ্ঠা নক্ষত্রগী অরোইবা নবাংশ। অহুমসুবা মীন রাশিগী রেবতী নক্ষত্রগী অরোইবা নবাংশ। সন্‌ধিশিং অসিদা পোকপা অঙাং গণ্ডরিষ্টী তাবনা পাংদে।

পুং ০ নক্ষত্র — হস্তা, মুলা, শ্রবনা, পুনর্ব্বসু, মৃগশিরা অমসুং পুষ্যা নক্ষত্র তরুক অসি লাবনি অতুনা নক্ষত্র ৬ অসি পুং গন কৌই। নক্ষত্র তরুক অসিনা পুবা মতমদা মুপা পোক্লবা, ধারা পান্নবা পুং সবন্নচিংবা পুজা তৌগনি। মুপা পান্নবদি মিয়োনবীনা থা ৩ হায়রক্লবদি পুংসবন সংস্কার কর্ম তৌহৌগনি।

নক্ষত্র গন তরেৎ উগ্রগন ( ফিংবা ) — পুর্বফলগুনী, পুর্বাষাঢ়া পুর্ব্বভাদ্রপদ, মঘা, ভরনী নক্ষত্র ৫ অসি উগ্রগন হায়বদি মিন্নুংশি

থংদবা নক্ষত্র কৌই। মথক্কী নক্ষত্রশিং অসিদা শা-লান, হাংপা-তুপ্পা, হুরানবগী থবক, মৈগী থবক, হুগী থবক, খুৎলাইনচিংবা শিজ্জিন্নবা মায় পাকই।

ধ্রুবগন — (লেংদবা) উত্তরফলগুনী, উত্তরাষাঢা, উত্তরভাদ্রপদ অমসুং রোহিনী নক্ষত্র ৫ অসি অমসুং মুমিৎনা—নোংমাইজিং ধ্রুবগন কৌই। মথক্কী নুমিৎ অমসুং নক্ষত্রশিং অসিদা শান্তিগী থবক, বাশক লৌবা, লৌ-ইংখোলদা মরু তাবা, য়ুম-কৈ শাবা, যাত্রা হুনবা, বিদ্যা, তম্বা হৌবা, জগোই ঈশৈ তম্বা, শেমগৎ শাগৎপা অমদি লেংদবা থবক পুন্নমক পাংথোকপা মঙ্গল ওই।

চরগন — স্বাতী পুনর্বসু, শ্রবনা, শতভিষা, ধনিষ্ঠা অমসুং নিংথৌকাবদা বন কোইবা, লংফৈ চৎপা, শগোল শামু-কার-বস তোংবা, শিল্প কলা বিদ্যা, বিজ্ঞানগী থবক হৌবা, বিদ্যারম্ভ হৌবা, পোৎ লৈশিনবা ফৈ।

লঘুগন — পুষ্যা, অশ্বিনী, হস্তা, শগোলশেল নক্ষত্রদা বেদ তম্বা হৌবা, জ্যোতিষ শাস্ত্র, অতিয়ালোন তম্বা, দর্শন শাস্ত্র নৈনবা অমসুং চরগনদা তৌবা থবক পুন্নমক পাংথোকপা য়াই।

মৃদুগন — চিত্রা, অনুরাধা, মৃগশিরা, রেবতী অমসুং ইরাই নক্ষত্র অমসুং নুমিৎ অসিদা ঈশৈ, জগোই, যন্ত্র বিদ্যা তম্বা, লিলা ড্রামা, ফাগি-জোগাই, লাইয়েকপা, বিজ্ঞান নৈনবা, সাহিত্য, কলা নৈনবা লেংবা, চান্নবা হৌবা, পুকচেল থোইজেল তিন্নবগী থবক থৌরম হৌবা ফৈ।

তীক্ষন গন — অশ্লেষা, আর্দ্রা, জেষ্ঠা, মুলা অমসুং থাংজ, লানগী খুজু-খুৎলাই শিজিন্নবা, শা-লানগী থবক, আন্দোলন নমথবা, মীওৎ-মীনৈগী থবক অমসুং পাপকী থবক পুন্নমক তৌবা য়াই।

মিশ্রগন — কৃত্তিকা, বিশাখা অমসুং য়ুমশকৈশা দান তৌবা কৎথোকপা, অঙ্ক অমসুং বিজ্ঞানগী মরমদা থিজিনবা অমসুং নৈনবা, অকে অমৌগী থবক, অমসুং উগ্রগনদা তৌবা থবক পুন্নমক পাং-থোকপা য়াই।

অধো মুখাদি নক্ষত্র গন ( লৈখাদা য়েংবা ) অশ্লেষা, কৃত্তিকা, ভরনী, মঘা, বিশাখা, পুর্ব ফল্গুনী, পুর্ব ষাঢ়া পুর্ব ভাদ্রপদ অমসুং শতভিষা লৈখাদা য়েংবা নক্ষত্রশিংনি। নক্ষত্রশিং অসিদা অঙ্কগী বিদ্যা, লাইরিক তম্বা হৌবা, লৈন্নুংগী থাক্তু থিবা, খোনি তৌবা, পেট্রোল থিবা-লৌথোকপা, রসায়ন শাস্ত্র নৈনবা, ভুগোলনচিংবা নৈনবা। মথক্কী নক্ষত্রশিং অসিদা পোকপা মীওইশিংদি ভুতত্ব পৃথ্বীগী লৈন্নুংগী মরম নিংথিজনা থংবা, কেমিস্ত্রীগী অথং-অহৈ ওইবা, খোনিগী অফাওবা অথং-অহৈ ওইবা ঙম্মী।

উর্দ্ধমুখ নক্ষত্র — ( থক্তা য়েংবা নক্ষত্র ) রোহিনী আর্দ্রা, পুষ্যা, মুলা, ধনিষ্ঠা, শ্রবনা, উত্তরফল্গুনী, উত্তরাষাঢ়া অমসুং উত্তরভাদ্রপদন-চিংবা নক্ষত্র ৯ অসি থক্তা য়েংবা নক্ষত্রনি। নক্ষত্রশিং অসিদা লাইয়েকপা, মুত্তিশাবা, এরোপ্লেন, রোকেট, কাপ্পবা—খুজ-খুলাইশাবা থোংশাবা, সাতহৈবা, য়ুমশাবা, ললোনফম শেম্বা, শানপুং শেম্বা, সহর শেমগৎপা, অতিয়ালোল থিজিনবা, রাশক লৌবা, জ্যোতির্বিজ্ঞান নৈনবা। মথক্কী নক্ষত্রশিংদা পোকপা মীওইদি ফিজিক্স, জ্যোতির্বিজ্ঞান, জলবায়ু থংবা অথোইবা মী ওইবা ঙম্মা, অঙ্ক অমসুং মণ্ডাল মরেক্কী মরমদা মমুত্তানা থংবা মী ওইবা ঙম্মী।

পার্শ্বমুখ নক্ষত্র — অনুরাধা, জেষ্ঠা, মৃগশিরা, হস্ত, অশ্বিনী, চিত্রা, স্বাতী, রেবতী অমসুং পুনর্ব্বসু নক্ষত্র ৯ অসি মীৎচিনা য়েংবা নক্ষত্র কৌই। ঘড়ী শাবা শেম্বা, গাড়ী মখল খুদিংমক অমসুং ইঞ্জিন মখল খুদিংমক শেম-শাবা হৈবা, য়ুম শঙ্গাবা, জহাজ শাবা হৌবা, লৌদা মরুতাবা, হিংসানচিংবা নমথবা তৌবদা মায় পাকই। মথক্কী নক্ষত্রশিংদা পোকপদি অফাওবা যন্ত্র ইঞ্জিনগী অথং-অহৈ ওইবা ঙম্মী।

অশুভ নক্ষত্র — মণ্ডাল লৈতবা নক্ষত্র ছায়বদি মুমিৎনা লৈবা নক্ষত্র অমসুং মুমিৎকী নাক-য়েৎতা লৈবা নক্ষত্র পাংদে। শুভ অমসুং অশুভ গ্রহ লৈবা নক্ষত্র অমসুং থরালকিচাক মথি চেনবা নক্ষত্র

পাংদে। ঋষি খরনদি গ্রহনা লৈবা পাদ অদুতনি পাংদবা লেমহৌবা নক্ষত্রগী পাদ অহুম থোইনা শকাইবা লৈতে।

পুষ্যা নক্ষত্রগী মগুন — শুভ অশুভ গ্রহ লৈবা, প্রত্যারি নত্রগা মী মহাক্কী পাংদবা তারা লৈবা অমসুং বক্রী গ্রহ পাপ গ্রহ লৈরবসু বিবাহ নত্তবা অতৈ শুভ কর্ম্ম পাংথোকপদা অমাংবা ফল পিদে।

লিন্না চিকপা — মূলা, মঘা, আর্দ্রা, অশ্লেষা, ভরনী, বিশাখা অমসুং কৃত্তিকা নক্ষত্রশিং অসিগী মনুংদা নক্ষত্র অমনা পানবা পুং-ফমদা লিন্না চিকবদি শিগল্লি।

থখাইগী ওইবা ফো-চেংগী মমল — হস্তা, শতভিষা, পূর্ব্বফলগুনী পুর্ব্বাষাঢ়া, পুর্ব্বভাদ্রপদ, অমসুং রোহিনী নক্ষত্র থখাইগী হৌগৎলকপদা চেং গেহুগী মমল য়াংই। উত্তরফলগুনী· উত্তরাষাঢ়া, উত্তরভাদ্রপদ, কৃত্তিকা, মূলা অমসুং রেবতী নক্ষত্রশিংদনা ফো-চেংগী মমল চাং অমদা লৈ অমসুং লেমহৌরিবা নক্ষত্রশিংদনা মমল হোংই।

নমিৎনা লৈবা নক্ষত্রগী মতুং ইন্না ফো চেংগী মমল — চিত্রা-অনুরাধা, মৃগশিরা, রেবতী, পুষ্যা, অশ্বিনী, মঘা, ধনিষ্ঠা, শ্রবনা, কৃত্তিকা, পুর্ব্বফলগুনী, পুর্ব্বাষাঢ়া, হস্তা, পুর্ব্বভাদ্রপদ, অমসুং মুলা নক্ষত্রদা লৈরবদি মমল চাং অমদা লৈ। উত্তরফলগুনী, উত্তরাষাঢ়া উত্তরভাদ্রপদ, রোহিনী বিশাখা অমসুং পুনর্ব্বসুদা লৈরবদি মমল হোংই। অশ্লেষা, শতভিষা, আর্দ্রা, স্বাতী, জেষ্ঠা অমসুং ভরনী নক্ষত্রদা রবিনা লৈরমদি ফো-চেংগী মমল তাংই।

চহিগী ফো-চেংগী মমল — পৌষ থাগী থাশি মুমিৎ নোংমাইজিং ওইরবদি ফো-চেংগী মমল শরুক অমা হেনগৎলি, থাংজ ওইরগা শরুক অনি হেনগৎলি ; লৈপাকপোকপা ওইরগা শরুক অহুম হেনগৎলি। মতৌ অসুম্না পৌষগী থাশিগী অহিংদা জেষ্ঠা নক্ষত্র ওইরগা শরুক অমা ; মূলা ওইরগা শরুক অনি ; শতভিষা ওইরগা ফো-চেংগী মমল শরুক অহুম হেনগৎলি।

পোৎ খুদিংগী মমল — থা অমগী পোৎশিংগী মমল থংগে হায়বদি রবিনা লৈবা নক্ষত্রগী মশিং, থবান মশিং পোৎকী মমিংগী ময়েক মশিং তিনশিল্লগা অহুমনা য়েল্লু অমা লেমলগা মমল হোংই, অনি লেমলগা চাং অমদা লৈ অমস্তুং শূন্য লেম্লবদি পোৎকী মমল তাংই।

য়োনবা লৈবা শুভ নক্ষত্র — অগ্নি পুরানগী মতুং ইন্না ভরনী কৃত্তিকা, জেষ্ঠা, অশ্লেষা, বিশাখা, পুর্ব্বফলগুনী, পুর্বাষাঢ়া, পুর্বভাদ্রপদ নক্ষত্রশিং অসিদা পোৎ য়োনবা ফৈ, তৌইগুম্বস্তুং য়োল্লিবা পোৎ অত্থগী ওইনদি অফবা ওইদে। রেবতী, অশ্বিনী, চিত্রা, শতভিষা শ্রবনা অমস্তুং স্বাতী নক্ষত্র অমদি তারা শুদ্ধি চন্দ্র শুদ্ধি ওইবা মুমিত্তা পোৎ লৈবা খ্বাইদগী ফৈ; য়োল্লবদি অমাংবা নংই।

ললোনফম শেম্নশাবা — চিত্রা, অনুরাধা, মৃগশিরা, রেবতী, পূষ্যা, অশ্বিনী, রোহিনী, উত্তরফলগুনী, উত্তরাষাঢ়া, উত্তরভাদ্রপদ, অমস্তুং হস্তা নক্ষত্র ওইবা থবান্না চতুর্থী, নবমী অমস্তুং চতুর্দ্দশী নত্তবা অতৈ থাবানশিং অফবা ওই। থোইদোক্না কর্ম্ম কর্ত্তাগী চন্দ্র শুদ্ধি তারা শুদ্ধি ওইগদবনি।

মমিৎ তাংবা নক্ষত্র — মাংখিবা পোৎ ফংবা অমদি ফংদবা মথাগী অসুন্না য়েংগনি। রোহিনী, পূষ্যা, উত্তরফলগুনী, বিশাখা, পূর্ব্বাষাঢ়া, ধনিষ্ঠা অমস্তুং রেবতী মমিৎ তাংবা নক্ষত্রনি। মৃগশিরা, অশ্লেষা হস্তা, অনুরাধা, উত্তরাষাঢ়া, শতভিষা অমস্তুং অশ্বিনী নক্ষত্র তরেৎ অসি ময়েকশেংনা উদে, আর্দ্রা, মঘা, চিত্রা জেষ্ঠা, অভিজিৎ, পূর্ব্বভাদ্রপদ, ভরনি মধ্য লোচননি। পুনর্ব্বসু, পূর্ব্বাষাঢ়া, স্বাতি মুলা, শ্রবনা, উত্তরাষাঢ়া অমস্তুং কৃত্তিবা মমিৎ মনা শিংই।

মমিৎ তাংবা নক্ষত্রদা মাংখিবা পোৎ থুনা ফংই। মমিৎ উবা শেংফাত্তবা নক্ষত্রদা মাংখিবা পোৎ কন্না হোৎনরবা থিবা ছুম্না তৌরবদি অমুক হন্না ফংই। মধ্য লোচন্দা পাওদং ফংই। সুলোচন নক্ষত্রদা মাংবা পোৎ ওইরবদি ফংবগী রা লৈত্তে।

অনাবা পোকপা নক্ষত্র — অগ্নিপুরান অমসুং চরক সংহিতাগী মতুং ইন্না নারবদি মতম কয়া য়ান্না শাংনা নাগদগে হায়বনচিংবা তাকলি। জীবনা মরুহনবগী নক্ষত্র অমসুং পোকপদা চন্দ্রনা লৈবা নক্ষত্রদগী নাবা হৌরবদি অনাবা খর য়ানা খাংই পাক ফবা য়াদে। নাবা হৌগৎলকপদা অনাবা মী মহাক্কী চন্দ্র শুদ্ধি অমসুং তারা শুদ্ধি লৈবা লৈতবনা মরম ওইদুনা নুমিৎ মশিং হেনবা য়াৎপা য়াই। অমদি দশা মপুং অমসুং অন্তর্দ্দশা ফরবদি হকচাং খর নুংঙাইতরগা তোকই অনাবা পিবা দশা অমদি মারকপতি হায়বদি অনিসুবা অমসুং তরেৎসুবা য়ুম্ন ওইরবদি অনাবা খুদোংথিনিংঙাই ওই।

নাবা হৌবা নক্ষত্র

| | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| নক্ষত্র মশিং | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ |
| নাবা নুমিৎ মশিং | ১ | শি | ৯ | ৩ | ৫ | শি | ৭ | ৭ | ৯ | ৬০ |
| নক্ষত্র মশিং | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ | ১৫ | ১৬ | ১৭ | ১৮ | ১৯ | ২০ |
| নাবা নুমিৎ মশিং | ৬০ | ১৫ | ৭ | ১৫ | ৬০ | ২০ | ১০ | ১৫ | শি | ১৫ |
| নক্ষত্র মশিং | ২১ | ২২ | ২৩ | ২৪ | ২৫ | ২৬ | ২৭ | | | |
| নাবা নুমিৎ মশিং | ২০ | ৬০ | ১৫ | ১০ | শিবা | ১৫ | ২০ | | | |

থোইদোক্না — নক্ষত্র খরদা "শিবা" থারিবতু মী মহাক্কী দশা মারক্কী গ্রহগী ওইদবা তারবদি শিবগী য়া য়াওদে য়াবদি শিবগা মান্নবা য়াগনি। মী মহাক্কী বধ, প্রত্যারি, বিপত্তারা ওইরবা চন্দ্র শুদ্ধি লৈতবা স্থুল দশাপতি অমসুং অন্তর্দ্দশা পতিসু মারক গ্রহ ওইরবদি অমসুং লোইননা ত্রিপাপদশা তারবদি শিগল্লি।

অশ্লেষা, শতভিষা আর্দ্রা, স্বাতী, মূলা, পূর্ব্বফল্গুনী, পূর্ব্বাষাঢ়া, পূর্ব্বভাদ্রপদ, জেষ্ঠা নক্ষত্রশিংগী মনুংদা নক্ষত্র অমা ওইবা, নুমিৎনা নোংমাইজিং, থাংজ, লৈপাকপোকপগী মনুংদা অমা ওইবা অমসুং থবান্না চতুর্থী, নবমী, কৃষ্ণা চতুর্থী নত্রগা কৃষ্ণা ষষ্টিগী মনুংদা অমা ওইবা মতমদা নাখরবদি অমসুং অনাবা মী মহাক্কী দশা পাংত্রবদি খুদোংথিবা নংগল্লি।

জাতি থংনবা নক্ষত্র — কৃত্তিকা পূর্ব্বফলগুনী, পুর্ব্ব´ষাঢ়া অমসুং পুর্ব্ব´ভাদ্রপদ ব্রাহ্মণ থংনবা নক্ষত্রনি। পুষ্যা, উত্তরফলগুনী মথা, উত্তরাষাঢ়া, উত্তরভাদ্রপদ ক্ষেত্রি জাতি নক্ষত্রনি। পুনর্ব্ব´সু, রেবতী, হস্তা, অভিজিৎ, অশ্বিনী বৈশ্যজাতি নক্ষত্রনি। মুলা, আদ্র´া স্বাতী, শতভিষা উগ্রজাতি ( ফিংগনবা ) নক্ষত্রনি। মৃগশিরা, অনুরাধা, জেষ্ঠা, চিত্রা ধনিষ্ঠা শূদ্র জাতিনি। অশ্লেষা, বিশাখা, শ্রবনা, ভরনী চান্দাল জাতিনি। গ্রহনা লৈবা নক্ষত্র অতুগী জাতি পাংদে।

নক্ষত্রশিংনা গ্রহশিংদা মথৌ হপ্পা

পরাশর সমহিতাদা নক্ষত্রশিংনা গ্রহশিংগী মতিক-ময়াই হেনগৎহনবগী মরমদা তাকলি। "জীবানাং কর্ম্মফলদো গ্রহরুপী জনার্দন।" ফল পিবগী শক্তি গ্রহশিংদদা লৈ, রাশি অমসুং নক্ষত্রদি গ্রহশিংদা মতিক ময়াই হাপ্পতনি মরনাইগী ফল পিবা ঙমদে। অতুগুম্বা রাশিদা অমসুং অতুগুম্বা নক্ষত্রদা লৈবা গ্রহ অতুনা মানা লৈবা রাশি অমসুং নক্ষত্রগী অফফত্ত মগুন, লমচৎ-শাজৎ পুম্নমক লৌশিল্লগা তাইবং মীদা মতুগী মহৈ ফংহল্লি। মরম অতুনা রাশি অমসুং নক্ষত্রসু কুপ্পা নৈনগনি।

১। অশ্বিনীগী মথৌ — শা, ষন-শগোল লোইবা, সেনাপতি ওইবা, ডাক্তর, ললোনবা, শেন্দী-শাবিবা ঙম্বা, সেবাগী থবক তৌবা, অরোনবা পাও লৌবা, মেছিন শেম-শাবা মুংশিংকী শাজৎ চৎপা, খুদিংমক্তা উৎপা ফোংদোকপা পাম্বা, মী য়োকপা-থাকপা ঙম্বা নক্ষত্র অসিগা বৃহস্পতিগা চ´ন্নে।

২। ভরনী — ফিভম চেৎতবা, দায়িত্ব লৈতবা, মিনুংশি থংদবা, অফা-অপুনগী থবক তৌবা, হোৌরকফম তোনবা, বিদ্যা তানবা লেপতবা লাইরিক লেংবা, পাঙ্গল শক্তি মথৌনা লৈবা, শাওগনবা, মৈগী থবক তৌবা, তোন হাওগী চক্রি লৈবা, মরৈ য়েৎপা পাম্বা, লানমী ওইবা থবক মঙ্গলনা পক্লবা হেল্লি।

৩। কৃত্তিকা — মৈগা মরি লৈনবা থবক, য়ুমশারোল হৈবা থংবা, ফিভম লেপ্পা, যন্ত্র-ইঞ্জিন মমুত্তান্না থংবা, লোলগী অথং-অহৈ

ওইবা, থবকী লংলা-লংজিন ওইবা, ব্রাহ্মনগী থবক, জ্যোতিষ-বিজ্ঞান, অনৌবা রাথল লৌশিং পুথোকপা ঙম্বা, সংসারিক দোষ লৈবা, খুংলাইনা শোকপা য়েংবা হৈবা, বুটনীতি হৈবা, লেনবা হৈবা, হুগী থবক অমসুং অথং-অহৈ ওইবা, তাং-পাং হৈবা বুধনা চান্নবা হেল্লি।

৪। রোহিনী — ধর্ম্ম লৈবা, পোং য়োনবা হৈবা মমল য়াম্বা পোং কয়াগী মপু ওইবা, ইনাক খুনবা মী অমা ওইবা শা যন মরাং কায়বা বূর্য শক্তি য়াম্না লৈবা, ঈশিংদা লৈবা জীবশিংগী অথং অহৈ ওইবা, ঈশিং লাম্নীগী মকোক ওইবা, চীং অৱাংবা কাবা পাম্বা অমসুং কাবা হৈশিংবা, লৌউ-শিংউ সংসারগী মপু ওইবা, পুকৈ লনগৈনা থনবা, ফজবা পাম্বা কলা বিদ্যা পুন্নমক পাম্বা হৈবা, অপাম-মুংশি খোরাংগনবা, পোকপিবা পাম্বা, লেংদবা মুংগী মিৎয়েং লৈবা। রবিনা চান্নবা হেল্লি।

৫। মৃগশিরা — মনম মুংশিবা পোং, শা-ষণ, ডায়রী ফার্ম, ফি-রোলগী থবক, ঈশিং-মচাগী কাববার তৌবা, লৈ, উহৈ ৱাহৈগী থবক তৌবা, রত্ন, মণি, মুক্তা ললোনবা অথং-অহৈ ওইবা, উচেক শা-ঙাগী শায়োকশংগী অথং-অহৈ ওইবা, ডাঘরগী থবক, ইরাং কনবা থোং-নৌবা, অকে-অমৌ পাম্বা, খোজাল লৈবা, অপাম-মুংশি সাংসারিক থাদোকপা ঙম্বা, তনবা খোশাদবা, চৈনাখোল ফংবা মী, কলা বিদ্যা পুন্নমক মসুং হৃঞ্জিন্না থংবা মী অমা ওইবা ঙম্মী। নক্ষত্র অসিগা শুক্রগা চান্নবা হেল্লি।

৬। আর্দ্রা — হাংপা তুপ্পা, ওইদবা শাজং, পুকচেল থুপকনবা, হুরানবা, চক্রি কনবা, তোখাই তাবা, বুদ্ধি খোবা, নোম্বা কনবা, লানমী, য়ৈখাই-খিনগাইবা পাম্বা তনবা, খুংলাই শিজিন্নবা, তোন-মুংশিং চেনবা যাদু হৈবা, শনিগা চান্নৈ।

৭। পুনর্ব্বসু — অশেংবা, অচুম্বা, মপা-মপু কৈরাক থাবা, পুকচেল চাওবা, শক-লু-হেন্না ফজবা, বুদ্ধি-জ্ঞান লৈবা, মিংচৎ লৈবা, পুকৈ-লনগৈ লৈবা, কারবারগী মী, সেবাদা পুক্নিং চংবা, খুং-শা হৈবা, ফৌগৈ

লৈবা, য়াংনা চৎপা, মিৎয়েং চাওবা, থোৎ-নৌবা, অনৌবা শেমগৎপা অমুক হন্না ফংবা, মেছিন-ইঞ্জিন শেম শাবা হৈবা, অরোনবা পাও লৌবা, মনোবৈজ্ঞানিক ওইবা, ধাতু-লোক চেনবা। চন্দ্রগা চান্নবা হেল্লি।

৮। পুষ্যা — ফৌ মখল, হৱাই মখল, গেহু, চু, জঙ্গল, অঙম্বা ফমনাইবা, মন্ত্রী, ঈশিং লানমী, অকে-অমৌগী থবক্লা জীবিকা ওইবা, ঙাললোনবা, সাধু, মপুং ফাবা, জ্ঞান লৈবা, ঙাংবা হৈবা, ৱাখল থনগনবা, ভক্তি লৈবা, নোলুকপা, পুক্নিং চপ য়ুংবা ঙম্বা, মুংশিকী শাজৎ চৎপা। বৃহস্পতিনা পক্লবা হেল্লি।

৯। অশ্লেষা — লৈন্নুংগী পোৎলমশিং, উহৈ-ৱাহৈ, লিন-হু, ফৌ-চেং, ডাক্তর, মীগী মরল হাৎপা পাম্বা, কেমিষ্ট, হিদাক-লাংথক, অরুম্বা পোৎথাংবা, কায়নবা, পাওপুবা দূত ওইবা, অরোনবা মী শাবা জুৱার পাম্বা, লোন্না মী হাৎপা, লোকচেনবা, থোইনা ঙাংবা চৎপা। শনিগা চান্নে।

১০। মঘা — ফৌগে-লনগে থনবা, চীং জঙ্গল পাম্বা, মপানিংবা কারবার হৈবা, থৌবা, শা-ঙা চাবা পাম্বা, নুপীগা য়েক্লবা, মিংচৎ মক্লবা, ঈশ্বর ভক্তি লৈবা, মতিক-ময়াই লৈবা মী, থৌদাবা হৈবা য়োকপা ঙম্বগী শক্তি লৈবা, লাইরিক নৈনগনবা, মায়পাকনবা, হোৎনবা তনদবা, মরু পিবা ঙম্বা, মঙ্গলগা চান্নবা হেল্লি।

১১। পুর্ব্বফলগুনী — জগোই-ঈশৈ হৈবা, ড্রামাদা হৈথোই শিংথোইবা, শক ফজগল্লি, খুৎ-শা হৈগল্লি। কলা বিদ্যা মমুত্তায়, কারবারগী পোৎ লৈবা হৈশিংবা, লবুক্তা মুংঙাইজবা, থুম, থোইহী, থাও পোৎথোক পুথোকপা, নোংম-নোংমগী চাওখৎপা থবক তৌবা, নীতি বিদ্যা হৈ-শিংবা, লো-কানুন খংবা, অনৌবা মোত পুথোকপা, মঙ্গলনা চান্নবা হেল্লি।

১২। উত্তরফলগুনী — লমচৎ মেংবা, মীগী অৱাবা য়েংবা ঙমদবা, নোল্লুকপা, লমচৎ শেংবা, পিনহৈবা, লাইরিক-লাইসুদা লুপ্পনা লৈবা,

লনগৈ-পুকৈ থনবা, ইনাকথুনবা অথোইবা মী অমা ওইবা, ধর্ম্ম-কর্ম্মদা লুপ্পা, য়াথং পিবা, অচৌবা ফমনাইবা ওইবা, অমুক হন্না সমাজদা মিংচং-য়াইফবা ফংবা, লেংদবগী মপু ওইবা, কোক্কী অফাওবা ডাক্তর ওইবা। রবিগা চান্নবা হেল্লি।

১৩। হস্তা — দুই নম্বর কারবার তৌবা, জীপ কারগী মপু ওইবা, খুং-শা হৈবা, কারবারগী মপু ওইবা, বুদ্ধি লৌশিং থোবা, য়াম্না তাবা হৈবা, চাওখৎপা হোৎগৎলকপা, আলোচক হায়বদি নৈনবা হৈবা, থবক তৌবা ভম্বগী শক্তি লৈবা, লাইরিক লেংবা, হিদাক লাংথক খংগনবা, বৈজ্ঞানিক ওইবা, মেছিন খংবা, ভৌতিক বিজ্ঞান খংবা, থিবা নৈনবা হৈবা, পোৎ মশক খংবা, নুংশিংকী শাজং চৎপা বৃহস্পতিনা ;হ?া হেল্লি।

১৪। চিত্রা — অকে-অমৌ মমুত্তানা খংবা, মনি-মুক্তাগী মুং মশক খংবা, মচুগী স্পেসলিষ্ট ওইবা, কলয় শিজিন্নবদা হৈশিংবা, অফাওবা লাইয়েকপা হৈবা, অফাওবা শৈশকপা ওইবা, অঙ্ক হৈবা, লং-মশিং অমম্নং মহুমগী স্পেসলিষ্ট ওইবা, খুৎলাইনা শোকপগী ডাক্তর, লেনবা হৈবা, বৈজ্ঞানিক অনৌবা শক্তম পুথোকপা ভম্বা, খুং-শা হৈবা, সাহিত্য লেংবা শুক্রনা চান্নবা হেল্লি।

১৫। স্বাতী — জঙ্গলগী শা উচেক, শগোল কারবার তৌবা, অচা-অথক, লাইনিং চেংপা, লৈবা য়োনবা হৈশিংবা, পুক্লিং রাখলনা জীবিকা ওইবা, য়াম্না য়াংবা, লৌউ-শিংউ পাম্বা, হৈশিংবা, থবক থুনা লোইশিনগনবা, লোক-নুংশিং চেনগনবা। চন্দ্রগা চান্নবা হেল্লি।

১৬। বিশাখা — উহৈ অভাংবা হৈ-লৈ, উ, থোইদিং, মুগ, লশিং, অচা-অথক, কুটনীতি হৈবা, কিহনবা থপ হৈবা, মী মথৱাই চাকহনবা, ছ, অঙকপা পোকহনবা ভম্বা, সাংসারিক দোষ চেনবা, ঈশৈ জগোই পাম্বা, মতৌ মানবতা তৌবা, বুধনা চান্নবা হেল্লি।

১৭। অনুরাধা — থৌনা লৈবা, অকল-অথৌ ওইবা, মকোক ওইবা লুচিংবা, সাধু, চানবা, গাড়ীদা ভাওবা, হৈনবী কন্না লৈবা,

অচুম্বদা লৈপ্পা, শরদ ঋতু হায়বদি মেরা থাদা থোকপা পোৎনা ইনাক খুনবা, জহাজগী থবক তৌবা, রাথল রাংবা; লানমী অচৌবা, লানগী খুৎলাইগী অথং-অহৈ ওইবা, নাকনদা চৎকনবা, লাওথোকনবা, লোক-তোন চেনবা, শুক্রগা চানৈ।

১৮। জেষ্ঠ্যা — য়াম্না থৌনা ফবা, ইনাক খুনবা, মিংচৎ লৈবা, মীগী মরল মৎকনবা, মায় হেন্না পাকনিংবা, নোম্বা কনবা, মী অথোইবা, সেনাপতি, অচৌবা ফমনাইবা, মপু শাবা, রাজসিক-তামসিককী মীওই ওইবা, কুশি রাশি তৌগনবা, কলক-মিহৌ চাওবা, লালগী খুজু-খুলাই, ইঞ্জিন খং-হৈবা, জহাজদা হৈশিংবা, লোক-মুংশিং চেনগনবা। মঙ্গলনা চান্নবা হেল্লি।

১৯। মূলা নক্ষত্র — হীদাক-লাংথক, ডাক্টর ওইবা, লুচিংবা ওইবা, উহৈ-রাহৈ, মহৈ-মরোংগী মপু ওইবা, সাংসারিক সম্পত্তিগী মপু ওইবা, কুশি-রাশি তৌবা, পেনবা মাইদবা, কোইবা পাম্বা, লংফৈ চৎকনবা, হিংসা তৌবা, অয়াবা খাংবা কনবা। মঙ্গলনা চান্নৈ।

২০। পূর্ব্বাষাঢ়া — ঈশিং লম্বীদা চৎপা, অশেংবা-অচুম্বা চৎপা থোং শাবা, জহাজগী থবক তৌবা, ফি অচোৎপা শেৎকনবা, ঈশিংগী পোৎথোক মরাং কায়বা, হৈ-লৈ পাম্বা, ইন্দ্রী খুত্থম চনবা ঙম্বা, মীয়াম য়োকপা ঙম্বা, মাইগী শক্তি চেনবা, তৌবা ঙম্বা, অচুক্পীদমক নাপলা কাজবা, থবক্তা মাইওনশিনবা, মথৌমশক খংবা, হাও-তোন চেনবা। মঙ্গলগা চান্নৈ।

২১। উত্তরাষাঢ়া — শগোল-শামু, জীপ-কার, চীং, উ মপু ওইবা, ঈশ্বর নিংবা, অকল-অথৌ ওইবা, বুদ্ধি থৌবা, লন-থুম চৈনবা, মুঙাইবা, মগুন লৈবা, পুকচেল চাওবা, মকপা লৈতবা, জমি লৈবা, ফোংদোকপা-ইথোকপগী শক্তি লৈবা, চাওখৎপা, ফমনাইবা, থবক অচৌবা পাইবা, তোন চেনবা, মপু শাবা হৈবা। রবিনা পান্নবা হেল্লি।

২২। শ্রবনা — ভাং-পাং হৈবা, থবক খুদিংমক্তা হৈ-শিংবা, থৌনা লৈবা, ধর্ম্ম চেনবা, অচুম্বা চৎপা, পাওমী ওইবা, থিজিন-খোংচিনবগী থবক তৌবা, হৈ-শিংবা, পোৎথোক-পুথোকপা, সাংসারিক ভোগ থৌ-রা শাদবা, লংফৈ কৌহিবা, সন্যাসী ওইবা, লোক চেনবা। চন্দ্রনা চান্নে।

২৩। ধনিষ্ঠা — নাপল য়াওদবা, নপুংসক ওইবা, অরেপ্পা মরুপ লৈতবা, নুপীগা য়েক্নবা, পিনহৈবা, ইনাকখুনবা, জ্ঞান লৈবা, মীনা ইকাই খুম্নবা, মায়াজাল থাদোকপা পাম্বা, কোয়বা পাম্বা, সমাজগী মীওইবগী ফনবা তৌবা, চাং অমদা য়েংবা, থিজিনবা কনবা, অচুম্বা রায়েনবা, অফাওবা উকিল জজ ওইবা, অফাওবা আলোচক ওইবা। চন্দ্রনা চান্নে।

২৪। শতভিষা — শিকারী, ঈশিংগী পোৎথোক, ঈশিংদা লৈবা জীব, আত্মচিন্তন তৌবা, থাদোকপা, থৌজাল অমদি পিনহৈবা, খাইগী ওজা ওইবা, আশ্রম, লাইফম, মীওইবগী য়াইফনবা তৌবা থবক, খাইগী লাইয়েং শং, কুশি-রাশি তৌগনবা, সাধু ওইবা, লোক চেন-গনবা চন্দ্রনা চান্নে।

২৫। পুর্ব্বাষাঢ়া — চোর কারবার তৌবা, শা-যন য়োকপা, কলক-মিহৌ চাওবা, মীনুংশি থংদবা, লোন্না মী হাৎপা, লৈথা তাবা, মল্লযুদ্ধ পাম্বা, হৈ-শিংবা, নিংঙাই চাওবা, ধর্ম্ম লৈতবা, তোনবা, থুগাই-খোৎকাইবা, পুক্নিং লেপ্তবা, রাথল মোৎপা, য়াইফবা পাম্বা, ঈশ্বর নিংবা, লানমী ওইবা, তোন চেনবা। মঙ্গলনা চান্নে।

২৬। উত্তরাষাঢ়া — দান তৌবা, লাইনিং চেৎপা, পুকৈনা থনবা, মী অথোইবা, মথং-মথং চাওখৎপা, লেংদনা ফুংঙাইবা মীংচৎ ঙানখৎলকপা, জ্ঞান-লৌশিং অনৌবা পোকপা, ফমনাইবা ওইবা, মৈগী থবক, ধাতু চেনবা। রবিনা পান্নে।

২৭। রেবতী — ঈশিংগী পোৎথোক, উঠৈ-রাঠৈ থুম, মনি-মুক্তা, মোইরাং, মনম ফুংশিবা পোৎশিং, কারবারগী মী ওইবা, নেতিগী

থবক তৌবা, অকে-অমৌগী থবক তৌবা, থৌজাল হৈবা, কুচু ফজবা, মীনুংশি চাওবা, নোংমা-নোংমগী চাওথংপা, মী উন্নবা হৈবা, লোক চেনবা। চন্দ্রনা পরুবা হেল্লি।

গ্রহ লৈবা নক্ষত্রগী মরমদনা থন্নগনি, গ্রহ লৈতবা নক্ষত্রশিংদি থন্নরোই।

---

## রাশিগী শক্তম অমসুং মপু নৈনবা

( যবনেশ্বর )

১। মেষ — থৱালমিচাক চবুলগী শক্তম য়াউ মানবা। মফম — চীং, মৈফম, মনি-মুক্তা অমসুং ধাতুগী কারখানা, হুরানবা মফম। মরম — মাংখিবা-হুখিবা পোৎ কদায়দা লৈগনি হায়না লেপ্পা; মেষ লগ্নগী পুংফমদা রাহং হংলবদি মথক্কী মফমশিং অদুদা মাংখিবা পোৎ ফংগনি।

২। বৃষ — থৱালমিচাক চবুলগী শক্তম যনলাবা। জঙ্গল, চীংদোল, শঙ্গাবুং, লম্পাক, খুঙ্গং অমসুং লবুক-লমহাং।

৩। মিথুন — বীনা, গদা পাইবী মুপীগী শক্তম মানবা থৱালমিচাক চবুল। চাকতাবা মফম — মুপীনা লৈবা মফম, ঈশে-জগোই তমফম শং, ড্রামা হোল, লাইব্রেরিফম, সনা শাফম, জুৱার শান্নফম, ওক্কবা মফম।

৪। কর্কট — থৱালমিচাক চবুলগী শক্তম রাইথু মানবা, চাকতাকম — লবুক, ঈশিং মপাল, লৈভোই-লুংচাক পৈফম, লাইশং মন্দির, হৈকোল-লৈকোল, সমুদ্র তোর্ব্বান কেন-নোইনকম।

৫। সিংহ — নোংশা মানবা থবালমিচাক চবুল। জঙ্গল, চংবা খুদোংচাদবা মফম, চীংগী জঙ্গল, শাতানফম, মোংশোং, মৈফম।

৬। কৈন্যা — থবালমিচাক চবুলগী শক্তম হিথক্লা ফন্বী মৈরা-পাইবী কন্যাগী শক্তম। চাক চাফম— নাপী অমদি তিংথৌ হৌবা মফম, হুপীনা লৈবা মফম অমদি কা, শানবুং, খুংশা হৈবগী কোনশং।

৭। তুলা — ফলা পাইবা মীগী শক্তম মানমা থবালমিচাক চবুল। ললোনফম, কৈথেল, দুকান, অশং-অমান হৌবা মফম, লম্বী-ইনাকখুনবা লৈবা মফম, অরাংবা লৈপুংনচিংবা মফম। ললোনবা মীগী মযুমনচিংবা।

৮। বৃশ্চিক — থবালমিচাক চবুলগী শক্তম বৃশ্চিক তীল মানবা। চাকতাফম — চীং-মান, শুরুং, লৈখুল, অমোৎপা পৈবা মফম, অপুম অশা লৈবা মফম, লৈশোৌপুং, নাল্লা, উরু-বাখোংনচিংবা।

৯। ধনু রাশি — থবালমিচাক চবুলগী শক্তম-মথাগী শরুক্বা শগোল মানবা, মথক্কী শরুক্বা লিরুং পাইবা মীগী শক্তম। চাক তাফম — লৈতেম মান্নবা লম, লমজ'ও-লম্পাক, উচেক লৈবা শগোলশং, অখোবা লৈফম, খুজু-খুলাই থমফম, খুলাই পাইবা মী, লানমী, সিফাইনচিংবা।

১০। মকর — ঙা কোরিয়ালগী শক্তম মানবা থবালমিচাক চবুল। চাকতাফম — তুরেল, জঙ্গল, পুখ্রী মপাল, লৈখুল, চোৎ-চোৎ লাওবা মফম।

১১। কুম্ভ — লেংবালদা চকু পুবা মীগী শক্তম মানবা থবালমিচাক চবুল। চাকতাফম — হুপী লৈবা মফম, জুবার শান্নফম, লবুক, ফৌ কৈ, তুমফম কানচিংবা।

১২। মীন রাশিগী শক্তম — থবালমিচাক মপৈগী শক্তম ঈশিং মথক্তা ঙা অনি লৈবা। চাকতাফম — লাইশং-মন্দির, ব্রাহ্মনগী য়ুম, তীর্থস্থান, তুরেল, থাঙ্গ পাৎ, সমুদ্র, পুখ্রিনচিংবা।

———

# রাশিশিংগী মওঙ্ম অমসুং লমচৎ
# তাজিক গ্রহগী মতুং ইন্না

মেষ — নুপা রাশি, চর খংনবা, মৈগী রাশি, ফিভম চেৎপা, মখোং মরি পানবা, কুচু ঙাংবা, লমচৎ শারি-শারিবা, অশিনবা, কাগনবা, খোন-রা চাওবা, চীংমাল-জঙ্গল হৈনবা, মীনুংশি খংদবা অয়ুক-নুংথিলদা পাঙ্গল লৈবা, নোংপোক মাইগৈগী মপু ওইবা, বিষ-মোদয় ওইবা, নুপী তোয়না তিন্নদবা, মচা য়ামদবা, কুচু থোক্তবা, ক্ষেত্রি জাতি, ফিভম চাং অমদা ফজবা, বিষম রাশি, ওজ হায়নসু খংনবা।

বৃষ — নুপী রাশি, স্থির খংনবা, ভুমি রাশি, লমচৎ ইংবা-তপ্পা, কুচু থোক্তবা, মখোং মরি পানবা, কুচু ঙৌবা, রাহৈ খোনফম চাওবা, বিষমোদয়, ধারা য়াইমরপ ওইবা, য়ামরপ ওইনা নুপী তিন্নবা, ইংবা, বৈশ্য জাতি, খর থরেক্লবা, যুগ্ম অমসুং সম রাশি কৌই।

মিথুন — নুপা রাশি, দ্বাত্মক খংনবা হায়রদি হোৌগৎলকপদনা স্থিরশারিদৌনা লেংদবা, লোইরকপদনা চরদৌনা থুনফম চেৎতবা। নোংচুপ মাইগৈগী মপুনি। নুংশিৎকী রাশিনি; অকংবা রাশিনি। মখোং অনি পাল্লি, বিষমোদয় ওই, রাথল শাই, ধারা য়াইমরপ, নুপী উনবা য়াইমরপ, জঙ্গল হৈনবা, অতোনবা শূদ্র জাতি, রাহৈ খোনফম চাওই, কুচু নাল্লি লংই, লমচৎ নাল্লি, অয়ুক-নুংথিলদা পাঙ্গল লৈ। হকচাং শেংই সমধাতু ওই, হকচাং থোৎলি-নৌই। ওজ অমসুং বিষম রাশিনি।

কর্কট — নুপী রাশি, চর খংনবা, ধারা য়ামই, নুপী থাবা য়াদে। মখোং য়ামই। কুচু ঙৌনা ঙাংতক তাল্ল, তুমিন্না লৈগল্লি, ইংই-তন্নী লোকচেল্লি, নাল্লি, ঈশিং রাশিনি, ঈশিংদা চাকতাই, সমোদয় ওই,

ব্রাহ্মন জাতিনি। অহিংদা পাঙ্গল লৈ; অরাং মাইগেগী মপুনি। থরেক্লৈ। যুগ্ম অমস্থং সমরাশি কৌই।

সিংহ রাশি — মুপা রাশি, স্থির থংনবা, মৈ-রাশি, অযুক-মুংথিলদা পাঙ্গল লৈবা, কুচু নাপু চংবা, কুচু খোক্তবা, অশিনবা কাগনবা, শারি-শারিবা লমচৎ, নোংপোক মাইগেগী মপু, কিস্তম চেৎলি, মখোং মরি পাল্লি, সমোদয় ওই, খোল-মরা চাওই, মুপী তিন্নবা রাৎলি, ধারা য়ামদে, চীং জঙ্গল হৈনৈ, মীমুংশি য়াওদে ক্ষেত্রি জাতিনি, কুচু রাওই, ওজ অমস্থং বিষম রাশিনি।

কন্যা রাশি — মুপী রাশি, লমচৎ অনি খোক্লা চৎলি, কুচু-নাপু কাই, খোং অনি পাল্লি, মথা মাইগেগী মপুনি, অহিংদা পাঙ্গল লৈ, মুংশিংকী শাজৎ চৎলি, লমচং ঈংই-তল্পী, সমোদয়নি, ভূমি রাশিনি, মখোল-মরা যাইমবপনি, যাইকবী, তম্পাক, সহরদা হৈনবী, বৈশ্য জাতিনি, কুচু খোক্তে মুপী তিন্নবা রাৎলি ধারা যামদে সৌম্য বাশিনি, যুগ্ম অমস্থং সম রাশিনি।

তুলা রাশি — মুপা রাশি, চর থংনবা, মচু কয়ানা লৈতেংবা পাম্বা, সমোদয় ওইবা, লমচং অশাবনি, নোংচুপ মাইগেগী মপুনি, বায়ু বাশিনি, মশা নাল্লি-কুচু লংই, খুঙ্গং-সহরদা হৈনবা, মুপী তিন্নবা রাৎলি, প্রজা য়ামদে, কুচু রাওই, মীমুংশি থংদে, অযুক-মুংথিলদা পাঙ্গল লৈ, মখোং অনি পাল্লি, সমধাতুনি খোৎলি নৌই। ক্ষেত্রি জাতিনি ওজ অমস্থং বিষম রাশিনি।

বৃশ্চিক রাশি — মুপী রাশিনি স্থির হায়বদি লৈংদবা থংনবা বাশিনি কুচু লংই ঈশিং রাশিনি অহিংদা পাঙ্গল লৈ অরাং মাইগেগী মপুনি মখোল খোক্তে, মখোং য়ামই, লোক চেল্লি সমোদয়নি, ঈশিংদা হৈনবনি, মুপী য়াম্না উনৈ, ধারা য়ামই, ইংই লেমই তল্পী নাল্লি, ব্রাহ্মন জাতিনি, থরেবনৈ যুগ্ম অমস্থং সম রাশিনি।

ধনু রাশি — মুপা রাশিনি, দ্বাত্মকনি, কুচু সনা মান্না লংই, চীংদা হৈনৈ, সমোদয়নি রাহে খোনফম চাওই, অযুক-মুংথিলদা পাঙ্গল

লৈ, নোংপোক মাইগৈগী মপুনি; ফিভম চেৎলি, ফিংই, কুচু নাপু কাই, ক্ষেত্রি জাতিনি, তোন, অশিনবা কাবা, নুপী তিন্নবা ৱাৎপা, ধ'রা য়ামনবা, লমচৎ-ৱাডাং অনি থোকপা, হৌগৎলকপদা মখোং অনি পাল্লি, লোইরকপগী তংখাইনা মখোং মরি পাল্লি, মৈ রাশিনি, মীনুংশি খংদে, ওজ অমসুং সম রাশিনি।

মকর রাশি — নুপী রাশিনি, চর খংনৈ, তম্পাক্তা হৈনবা রাশিনি, মখোল কয়া থোক্তে, মখা মাইগৈগী মপুনি। কুচু নাপু কায়, ইংই লেম্মী, নুপী তিন্নবা ৱাৎলি, ধারা য়ামদে, মুংশিৎকী শাজৎনি, অহিংদা পাঙ্গল লৈ, হৌগৎলকপা তংখাইনা মখোং মরি পাল্লি, লেমহৌবা তংখাইনা ডানি-মখোং পানদে, বিষমোদয়নি, বৈশ্য জাতিনি, থরেক্লৈ, যুগ্ম অমসুং সম রাশিনি।

কুম্ভ রাশি — মখোং পান্দে, স্থির ( লেংদবা ) রাশিনি, নুপা রাশিনি, অয়ুক-নুংথিলদা পঙ্গল লৈ, জঙ্গলদা হৈনৈ, উমং-ৱামং পামই, য়াইমরপ ওইনা নুপী লোইনৈ, ধারা য়াইমরপ ওইনা য়ামই। মুংশিৎ রাশিনি কুচু ফজে-নাল্লি, বাখল শাই, য়াইমরপ ওইনা খোন-ৱা চাওই। সমধাতু ন, শূদ্রবর্ননি, নোংচুপ মাইগৈগী মপুনি বিষমোদয় ওই মীনুংশি খংদে ওজ অমসুং বিষম রাশিনি।

মীন রাশি — নুপী রাশিনি, লমচৎ অনি সুই, ফম্মে মুংগুম্মি, চংলে নুংশিৎকুম্মী, দ্ব আক রাশিনি, মখোং পানদে, লোক-চেল্লি, ঈশিং রাশিনি, অহিংদা পাঙ্গল লৈ। মখোল থোক্তে, কুচু নাপু কাই, ঈশিং মথক্তা জীবিকা ওই, হকচাং খোৎ নৌই, নুপী তোয়না উন্নৈ, মচা য়ামই, ব্রাহ্মন জাতিনি, খুদিংমক্তা য়াইফগল্লি, অৱাং মাইগৈগী মপুনি, বিষমোদয় ওই, থরেক্লৈ, যুগ্ম অমসুং সম রাশিনি।

''হায়ন রত্ন'', লাইরিকী মতুং ইন্না অহানবা য়ুম-লগ্ন হায়বদি কোক; অনিসুবা য়ুম মায়; অহুমসুবা পাগোম অনি অমসুং খোরি; মরিসুবা-থবাক; মঙাসুবা পুক; তরুকসুবা-খ্বাং; তরেৎসুবা-চনিং; নিপালসুবা-অমাংথোং; মাপলসুবা-ফৈ অনি; তরাহুবা-খুউ অনি;

১১ সুবা খুবোম অনি ; ১২ সুবা খোং অনি। মতৌ অসুমনা লগ্ন রাশিগী মরমদা য়াম্না কুপ্না মরিক চুমনা নৈনৈ। মী অমনা পোকপা মতমদা লগ্ন রাশিগী মতু ইন্না অতুগুম্বা হকচাং কায়াৎতা পাপ গ্রহ অমসুং ফত্তবা য়ুমগী য়ুম্বু লৈরবদি অতুগুম্বা পাপ গ্রহ অমসুং ফত্তবা য়ুম্বু অতুগী দশা মতাংদা কায়াৎশিং ত্তুদ্দা অনাবা পোকপা অমসুং অশোক-অপন নংই। রাশিগী চাও-শাংবা অমসুং পিকপা-তেনবগী মতুং-ইন্না অমসুং মতুদা লৈবা গ্রহগী অতেন-অশাংগী মতুং ইন্না হকচাং কায়াৎশিং অতু তেনবা নত্রগা শাংগনি হায়না কল্পনা তৌগনি।

রাশি তরানিথোইগী ফিংবা, শাওবা, ইংবা-তপ্পা, নুপা-নুপী, ওজ-যুগ্ম, যম-বিষম, চর-দ্বাত্মাক, স্থির, মৈ, নুংশিৎ, ঈশিং, অমসুং পৃথ্বী রাশিনচিংবা কুপ্না খাইদোক্লুনা নৈনখরে। শাওগনবা অমসুং ইংবা তপ্পাগী মতুং ইন্না মী মহাক্কী পুকচেল-লমচৎ রাশিগী মতু ইল্লি। চর রাশি লগ্ন চন্দ্র ওইবা পুকচেল লেপতে। লগ্ন অমসুং চন্দ্রনা লৈবা রাশি স্থির রাশি ওইরবদি ব্রাখল, পুকচেল লেপ্পী, য়ানিংদ্রবদি মুং অতেকপনি অমসুং দ্বাত্মক লগ্ন অমসুং রাশিদা পোকপা মীনা মরমচৎ অমসুং পুকচেল অনি লোংগল্লি। কনাগুম্বা নুপী অমগী জন্ম লগ্ন অমসুং জন্ম রাশি বিষম রাশি ওইরবদি মীনুংশি থংদে, থোৎ-নৌজদে, থৌনা ফবী ওই, নাপল চাওই, নুপাগী শাজং-লাকচৎ অমা চংই। যম রাশিদা পোকপা নুপী ওইরগনা লমচৎ মেংই-থোৎলি, ইকাইগল্লি, মীওমদে, নুপী ওইবীগী হৌনবী ব্রাৎতে।

নুপা রাশি — মেষ, মিথুন, সিংহ, তুলা, ধনু অমসুং কুম্ভ রাশিনি। ক্রুর, ওজ অমসুং বিষম রাশি হায়নসু খংনৈ।

নুপী রাশি — বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক, মকর অমসুং মীন রাশি সৌম্য, যুগ্ম অমসুং সম রাশি হায়নসু খংনৈ।

চরনচিংবা রাশিশিং — চর রাশি মরিনি — মেষ, কর্কট, তুলা অমসুং মকর। দ্বাত্মক রাশিসু মরিনি — মিথুন, কন্যা, ধনু অমসুং মীন। স্থির রাশি মরিনি — বৃষ, সিংহ, বৃশ্চিক অমসুং কুম্ভ।

মৈনচিংবা রাশি — মৈরাশি — ধনু, সিংহ, মেষ। সুংশিং রাশি — মিথুন, তুলা, কুম্ভ। ঈশিং রাশি — কর্কট, মীন, বৃশ্চিক। লৈকং রাশি — বৃষ, মকর, কন্যা। অসুম্না খাইদোকপগী মরম মী-মী মহাক্কী নিপালসুবা থুম মৈ, ঈশিং, সুংশিং ওইরবদি চেকশিনগনি অয়াম্বনা শিবগী মরম মথক্কী অসিনা ওইগল্লি।

মখোং অনি, মরি পানবা রাশি — মিথুন, তুলা, কুম্ভ, কন্যা অমসুং ধনু রাশিগী অহানবা রাশি তংখাই মখোং অনি পানবা রাশিনি। মকরগী অহানবা রাশি তংখাই, ধনুগী অরোইবা রাশি তংখাই, বৃষ, মেষ, অমসুং সিংহ রাশি মখোং মরি পানবা রাশি-শিংনি। কর্কট, বৃশ্চিক, মীন, অমসুং মকরগী অরোইবা রাশি তংখাই তৌল রাশিনি। মীন অমসুং মকর মখোং পানদবা রাশি হায়নসু খংনৈ।

মখোল হৌবা-হৌদবা রাশি — মকর, কুম্ভ, কন্যা য়াইমরপ ওইনা মখোল থোকপা নিঙ্গবা রাশিনি। তুলা, বৃশ্চিক, কর্কট অমসুং মীন মখোল থোক্তবা রাশিনি মেষ, বৃষ, মিথুন সিংহ অমসুং ধনু মরা মখোল য়াম্না চাওবা রাশিনি। লগ্ন রাশিগী মতুং ইন্না মী-মোগী শাজেং ওইগল্লি।

ধারা য়াম্বা য়ামদবা — কর্কট, বৃশ্চিক, মীন, তৌল রাশি ওইবনা মী মহাক্কীসু মচা মফম মণ্ডাম্নুবা য়ুম তৌল রাশি ওইবা অমসুং সুপীগী মচা মফম তৌল রাশি ওইরবদি মচা য়ামই। বৃষ, মিথুন, কুম্ভ, ময়াই ওইনা মচা য়ামই। সিংহ, কন্যা, মকর, মেষ, তুলা অমসুং ধনু মচা য়ামদে। মী-মী লগ্নগী মণ্ডাম্নুবা য়ুমগী মতুং ইন্না অণ্ডাং মশিং লেপকনি।

বিষম সমোদয় রাশি — মকরদগী মিথুন ফাওবগী কালমান অসি তেল্লি মরম অদুনা রাশিশিং অসি বিষমোদয় রাশি হায়না খংনৈ অমসুং কর্কটতগী ধনু ফাওবগী কালমান (মতমগী চাং) অসি শাংই মরম অদুনা রাশিশিং অসিবু সমোদয় রাশি কৌই।

দিবা-রাত্রিবলী — সিংহ, তুলা, কন্যা, বৃশ্চিক, কুম্ভ অয়ুক-নুংথিলদা পাঙ্গল লৈ। বৃষ, মেষ, ধনু, কর্কট, মিথুন, মকর নুমিদাং অহিংদা পাঙ্গল লৈ। মীন রাশি অহিং-নুংথিল চপ মান্ননা পাঙ্গল লৈ।

খুঙ্গং অমসুং জঙ্গল — মেষ, বৃষ, মিথুন, তুলা, কন্যা, ধনু অমসুং কুম্ভ সগর অমসুং খুঙ্গংদা লৈবা রাশিনি। অয়ুক-নুংথিলদা মেষ অমসুং বৃষ জঙ্গলগী রাশিনি। মকরগী অহানবা রাশি তংখাই অমসুং সিংহ রাশি জঙ্গলদা হৈনবা রাশিনি।

রাশিশিংগী পাঙ্গল — মেষনচিংবা রাশি ১২ রাশি মপু গ্রহনা মশাগী রাশিদা লৈরবা, মিত্র-গ্রহ লৈরবা অফবা য়ুম্বুগী গ্রহ লৈরবা, অফ-ফত্ত উচ্চ গ্রহ লৈরবা অমদি দৃষ্টি তৌরবদি পাঙ্গল লৈবা রাশি কৌগনি। গ্রহনা লৈবা অমদি পূর্ণদৃষ্টিনা য়েংবা রাশিনা য়াইমরূপ ওইনা পাঙ্গল লৈ। য়েক্নবা গ্রহনা য়েংবা অমদি লৈবা পাঙ্গল খরদং লৈ। গ্রহ অমত্তনা লৈতবা অমদি য়েংদবা রাশি হায়বদি য়ুম অতু খ্বাইদগী শোল্লি।

রাশিশিংগী কালবল — মিথুন, কন্যা, তুলা, কুম্ভ অমসুং ধনু রাশিগী অহানবা রাশি তংখাই অয়ুক-নুংথিলদা পাঙ্গল থোকপা ঙম্মী। ধনুগী অরোইবা রাশি তংখাই, মেষ, বৃষ, সিংহনচিংবা অহিংদা পাঙ্গল পুথোকপা ঙম্বা রাশিশিংনি। মকরগী অরোইবা রাশি তংখাই, কর্কট, বৃশ্চিক, মীন-তৌল রাশিশিং অসি সনধ্যা অমদি নোংঙাল্লম-দাইগী মতমদা পাঙ্গল ফুদোকপা ঙম্মী। জন্মলগ্ন রাশি অমসুং জন্ম রাশি কালবলগী মতুং ইন্না হায়রিবা মতম অতুদা মী মহাক্কী হকচাংগী পাঙ্গল অমসুং পুক্রিং পাঙ্গল মপুং ফানা লৈবা মতমনি। মী-মীগী মতাং অতুদা থবক পাংথোক্লবদি শোয়দনা মায় পাক্কনি।

রাশিশিংগী মফমগী মতুং ইন্না পাঙ্গল — গর্গাচার্য মুনিনা হায়বা মতুং ইন্না কেন্দ্রদা লৈবা রাশিশিং মী মহাক্কীদমক্তদি মপুং ফানা পাঙ্গল লৈ। পনফরদা লৈবা রাশিনা য়াইনরূপ ওইনা পাঙ্গল লৈ, আপোক্লিমদা লৈবা রাশি (য়ুম) না পাঙ্গল য়াওদে।

রাশিগী মাইগৈ পাঙ্গল — মিথুন, তুলা, কুম্ভ, কন্যা অমসুং ধনুগী অহানবা রাশি তংখাই নোংপোক মাইগৈদা পাঙ্গল লৈ। কর্কট, মীন, মকরগী অরোইবা রাশি তংখাই মখা মাইগৈদা পাঙ্গল লৈ। বৃশ্চিক রাশি-নোংচুপতা পাঙ্গল লৈ। ধনু রাশিগী অরোইবা রাশি তংখাই, মেষ, বৃষ, সিংহ, মখোং মরি পানবা রাশিশিংগী পাঙ্গলনা অরাং মাইগৈদা লৈ। বরাহচার্যগী মতুং ইন্না লগ্নপতি, বৃহস্পতি নত্রগা বুধনা লৈবা নত্রগা য়েংলবদি মতুবু পাঙ্গল লৈবা লগ্ন কৌই। পাঙ্গল লৈবা লগ্ন-রাশিদনা মাইগৈগী কান্নবা ফংগনি।

রাশিনা জ্ঞান মাংবা মতম — মেষ, বৃষ, সিংহ নোংয়াইচবুক্তা, জ্ঞান য়াওদে; কর্কট, মিথুন, কন্যা সুমিৎ চপ য়ুংবা মতমদা ভ্রম চংই। তুলা অমসুং বৃশ্চিকনা অযুক্তা; ধনু, মকরনা হুংখিলদা; কুম্ভ অমসুং মীন রাশিনা সুমিদাংবাইরম অমসুং নোংঙাল্লমদায়দা জ্ঞান মাংই।

রাশিগী পুন্যনচিংবা মিং — মেষ, কর্কট, তুলা অমসুং মকর চর রাশি মরি অসি পুন্য হায়বদি য়াইফবগী শক্তমনি। বৃষ, সিংহ, বৃশ্চিক অমসুং কুম্ভ স্থির রাশি পুখ্রি ( পুষ্কর ) গী শক্তমনি। মিথুন, কন্যা, ধনু অমসুং মীন রাশি দ্বাত্মক রাশি মরি অসিবু আধান ( মরু লুনবা ) শক্তমনি।

মেষনচিংবা চর রাশি মরি অসি পুন্য থংনবনি: অশেংবা, অফবা থবক তৌবা, অফবা মিংচৎ ফংবা, হোৎনবা চৎপা, তনদবা পাপ লৈতবা অমসুং ধর্ম্ম লৈবা মীওই ওইগনি। অসিগুম্বা মীতানা দেশ অমসুং সামাজ্যনা কান্নবা থবক তৌবা ঙম্মী। স্থির রাশিদা পোকপা মীওইনা য়োকপী-থাকপীবা, মপুং ফাহনবা ঙম্মী। দ্বাত্মক রাশিনা লৌশিনবা, ত্যানশিনবা অমসুং পুবা ঙম্বগী শক্তি লৈ।

রাশি পোৎ মপু — মেষ—মথল খুদিংগী ফি, বৃষ—ফৌ-গেহু হরাই চান্নবা পোৎশিং; মিথুন—উহৈ-বাহৈ জঙ্গলদা থোকপা চানবা পোৎ; কর্কট—লফোই, য়ুবী, কৌনচিংবা; সিংহ—দারুচিনী, উরি-বাল্লি, উকু, শিং-উ অমসুং অতৈ জঙ্গলগী পোৎথোক; কন্যা—থোইদিং, মুগ, শগোল-হরায়; অনৌ-অপেন মনা-মশিং, তুলা—চুপাম্বী; বৃশ্চিক—রক্তচন্দন,

ফি. মোরোক, য়েংনচিংবা ধাতু মথল, অগুরচন্দন, রক্তচন্দন ; ধনু—লানগী খুজু খুলাই, খোনিদা থোকপা ধাতু; মকর — সনানচিংবা খোনিগী পোংথোক; মীন রাশি — ঈশিংদগী ফংবা চানবা পোংথোকশিং।

রাশিগী পাঙ্গলগী মতুং ইন্না রাশিনা পিরিবা পোংশিং ললোনবগী মরমদা খনগনি। লগ্নরাশিগী তরেৎহুবা রাশি, মী খুদিংগী ললোনফমনি। মহাক্কী পাঙ্গলগী মতুং ইন্না ললোনবদা তাকলিবা পোংশিং অদুগী মরমদা নৈনগনি।

রাশি খুতুম চন্নবা — সিংহ রাশি নত্তনা লেমহৌরিবা রাশি পুম্নমক দ্বিপদ রাশিশিংনা খুতুম চল্লি। তৌল রাশি অমসুং মীন রাশি নত্তনা লেমহৌরিবা রাশি পুম্নমক সিংহ রাশিনা ৬ম্মী। লুহোংবা মতমদা বর বন্যা অনিগী খুতুম চন্নবগী মরমদা নৈনগনি।

রাশি অশাং-অত্রেন — মীন, বৃষ, মেষ অমসুং কুম্ভ তেনবা খংনবা রাশিনি। মিথুন, ধনু, কর্কট, মকর য়াইমরপ চাওবা খংনবনি। কন্যা বৃশ্চিক, সিংহ অমসুং তুলা অশাংবা খংনবা রাশিশিংনি। মী মহাক্কী চাওবা শাংবা লগ্ন রাশি, লগ্নপতি গ্রহ, লগ্নদা লৈবা গ্রহগী মতু ইল্লি।

রাশিগী মচু — মেষ—অঙাংবা, বৃষ—অঙৌবা, মিথুন—নপী মচু, কর্কট-মুনা ঙাংবা, সিংহ-অঙৌবদা নাপু চংবা, কন্যা-অরাংবা, তুলা—অমুবা, বৃশ্চিক সনা মচু, ধনু—নাপু, মকর—অঙৌবদা অঙাংবা চংবা, কুম্ভ—নাপু অরাওবা, মীন- লৈপাক মচু ; বরাহাচার্যনা হায়বনা মচু ঙৌনা তরুংবা কাধা।

মাগৈ মপু রাশি — মেষ, সিংহ, ধনু নোংপোক্কী মপু, মিথুন, তুলা কুম্ভ নোংচুপকী মপু, বৃষ, কন্যা, মকর মখা মাংগৈগী মপু, কর্কট, বৃশ্চক, মীন অরাংগী মপুনি। রাশিশিংগী মাইগৈ মপুগী মতুং ইন্না মী মহাক্কী লগ্নরাশিনা তাকপা মাইগৈ অদু খুদিংমক্তা য়াইফবা ওইহল্লি।

রাশিগী জাতি — কর্কট, বৃশ্চিক, মীন, ব্রাহ্মন জাতি, সিংহ, তুলা, ধনু; ক্ষেত্রি। মেষ, মিথুন, কুম্ভ, বৈশ্য জাতিনি। বৃষ, মকর, কন্যা শূদ্র জাতি খংনবা রাশিনি।

রাশি মপু — মেষ বৃশ্চিক-মঙ্গল। বৃষ-তুলা-শুক্র, মিথুন-কন্যা বুধ, কর্কট-চন্দ্র, সিংহ-রাশিগী মপুনা রবিনি। ধনু-মীন-বৃহস্পতিনা মপুনি, মকর কুম্ভনা শনিনা মপুনি।

রাশি মিত্র-য়েক্লবা — পৃথ্বী রাশিগা জলরাশিগা মরূপ ওই। মৈ রাশিগা নুংশিং রাশিগা মরূপ ওইনৈ। য়েক্লবা রাশিনা — পৃথ্বী রাশিগা মৈ রাশিগা; ঈশিং রাশিগা মৈ রাশিগা অমসুং ঈশিং রাশিগা নুংশিং রাশিগা য়েংথিনৈ। মপা-মচা, মতৈ-মনাও ছাত্রগা ওজাগা অমসুং মচিন-মনাও লগ্ন রাশি মিত্র ওইরবদি নুংশিনৈ। য়েক্লবা ওইরগনা য়েংথিনৈ।

রাশিগী মশাগী শক্তি অমসুং শাজং

মেষগী লমচৎ — অয়াকপা অশাবা পিবা, অশাওবা, ইরাং কনবা য়ৈথই-থিনগাইবা, থৌনা, শক্তি, নাপল, অপাইবা থবক থুনা লোই-শিনগনবা, মরোমদোম লেপচবা পাম্বা, রজোগুনীমি।

বৃষগী লমচৎ — ঈশ্বরগী মরমদা খনবা, মীওই মপোক্কী মরমদা খনবা, ফিতম চেৎপা, ইন্দ্রী খুতুম চনবা, ময়াইকাজবা, ঈরাং কনবা, মনম নুংশিবা পাম্বা, রাখলদা তাওবা, লাই-গুরু নিংবা, খৎনগনবা, রজোগুনীনি, থবক লেপতবা, খাইগী ভাংনফম ওইবা, খোনথি তাবা।

মিথুন — অনৌবা পোকপিবা ঙম্বা শক্তি, ইচম চম্বা, থবক্তা মায়ওনশিনবা, বৈজ্ঞানিক ওইবা, বলা নৈনবা পাম্বা, য়োকপা ঙম্বা, মচি পিবা ঙম্বা, অঙ্ক-বিজ্ঞানগী অখং-অহৈ ওইবা, শান্নবা পাম্বা, লিলা ভ্রানা পাম্বা, অভাংগী শাজং থাদোকপা ঙমদবা, য়াংবা-কাপ্পা, খাইগী নুংঙাইনবা তৌবা, তমোগুনীনি।

কর্কটকী শাজং — সমুদ্র, মচি-পিবা, নিংশিংবা ঙম্বা, পুবা ঙম্বা, লবুক-ইংখোল, ফম্বনাইবা মিশক নাইবা, চিন্তা রাখল, খোৎপা নৌবা, কাইনবা-য়েংথিনবা, পুকচেল চাওথোকপা নোকলুকপা, হৈ-শিংবা, সত্বগুনীনি।

সিংহ শাজং — মথনতা লৈপচবা ওম্বা, মুপা থোকপা উংপা, য়াংবা, অনৌবা রাখল শক্তি পুথোকপা, জ্ঞান হেনগৎপা, অথোইবা মীওইবা, মৈগা মরি লৈনবা থবক, লেংদবা, চপযুংবা, চীং-লেম্বা, মাপল চাওবা সত্ত্বগুণী ওইবা।

কৈন্যাগী লমচং — ফোংদোকপা ওম্বা, পাইরক্কী লৌশিং থোকপা, হৈশিংবা, নিংশিংবগী শক্তি লৈবা, তাং-পাং হৈবা, অনৌবা রাখল পুথোকপা, অঙ্ক হৈবা, খুং-শা হৈবা, কলাবিদ্যা হৈবা, জ্ঞান লৈবা, থবক হৈশিংবা শান্নবা পাম্বা হৈবা অমসুং রজোগুনীনি।

তুলা — বৈজ্ঞানিক, মতিক ময়াই ফোংদোকপা ওম্বা, কলাবিদ্যা চিত্রকলাগী অফাওবা ওইবা, সাংসারিক চাওখৎপা, অনৌ অনৌবা পুথোকপা, ইস্ত্রী পেন্নবা তৌবা, ডাক্তর, ললোনবা হৈবা, নাপল, গুনবা নাইবা, রজোগুনীনি।

বৃশ্চিক — পুক্নি থুপকনবা, অশাওবা উত্তবা, নাপল চাওবা, তাং তৌবা, য়ৈথাই-থিনগাইবা, পুকচেল পিকপা, খুদুম চনবা, থবক তনবা, অমসুং থেংথনা তৌবা, খংনবা পাম্বা, শকলোৎপা হৈবা, রাখল থনংনবা সত্ত্বগুনীনি।

ধনু — ইজ্জৎ, হিংবগী শক্তি, জজ, জ্ঞান লৈবা মী, আধ্যাত্ম শক্তি লৈবা ফমনাইবা, সমাজদা ইকাই খুম্নবা, লাইপক যথা, থবক চনাইবা হৈবা, লাইনা পিবা শক্তি লৈবা, তুংগী শাংনা উবা ওম্বা, অশেংবা মুং-ঙাইবা, জ্ঞান-লৌশিং লৈবা, রাখল শাবা, অচুম্বদা লেপ্পা সত্ত্বগুনীনি।

মকর — কলক-মীহৌ চাওবা, অতোনবা থবক তৌবা, লেম-জদবা, মিনাই শাজং চৎপা, য়াম্না তোনথকবা, পংবা, তনবা, রাবা, কুশি রাশি তৌবা, অরাবা থাংবা হৈবা, থাদোকপা ওম্বা, চক্রি চাওবা, হৈশিংবা, আত্মশক থংবা, তমোগুনী ওইবা।

কুম্ভ — অথাংবা ফম পাইবা, সন্যাসী ওইবা, লম্বোইবা, থাদোকপা কুশি-রাশি তৌবা, মঙ্গল পাম্বা, ঈরাং কনবা, ইনাক খুনবা, লমচং য়াও-দবা তমোগুনীনি।

মীন — কুপ্না আত্ম জ্ঞান খংবা, মপুং ফাবা লাইপকফবা, ইন্দ্রী খুদুম চনবা, দার্শনিক ওইবা, থাজগনবা, য়োকপা ভম্বা ঈশ্বর শক্তি লৈবা সত্বগুনীনি। রাশিশিংগী অফ-ফত্ত গুন মশাদা গ্রহ লৈরগদা ফোংদোকপা ভম্মী, গ্রহ লৈত্তরবদি ফোংদোকপা ভমদে

— — —

# জ্যোতিষ শাস্ত্রদা পৃথ্বী অমসুং সুর্য

জ্যোতিষ শাস্ত্রদা পৃথ্বীনা সৌরজগতকী ময়াই ওইরগ। পৃথ্বী অমসুং পৃথ্বীদা লৈরিবা লেংই পাল্লিবাশিংগী মরমদা খন্ন-নৈনবনচিংবা তৌই। মসিদগী হেন্দোক্তুনা মী-মীগী জন্ম কোষ্ঠী শেমক্তুনা, হায়বদি মীওই অতুনা পোকপগী মিৎকুপ অদু বিশ্বজগতকী সেন্টর ওইরগা মী মহাকী অফ-ফত্তনচিংবা কুপ্না শন্দোক্না খন্ন নৈনৈ। মরমদি গ্রহশিংগী শক্তিগী মমি অমসুং গ্রহশিংবু মথৌ শংলিবা নক্ষত্র অমসুং রাশিশিংগী ইথিনগী শক্তি পৃথ্বী অমসুং পৃথ্বীদা লৈরিবা জীবশিংদা মতৌ করম্না মমি তাবগে অমসুং করম্বা মওংদা মহৈ ফংবগে হায়বা অসি জ্যোতিষ শাস্ত্রনা নৈনবনি

গ্রহশিংগী আকর্ষন-প্রত্যাকর্ষন্না মরম ওইতুনা মঙালগী, করেন্টকী শাজৎ-লমচৎকী অথুপ্পা মওং অমসুং চন্দ্রগী লিচিংনা মরম ওইতুনা পৃথ্বীদা য়োরকলিবা মঙাল, গ্রহশিংগী আকর্ষন শক্তি, করেন্ট, মেগণ্টেকী অকনবা নোংলৈগী শক্তিগী মমি মীওইবদা তত্তুনা তায় তারকলিবা মমি অমসুং শক্তিশিং অসিগী ফল মী অমগা মী অমগা মান্নদে; মরমদি মীওইবা অমসুং জীবশিংগীসু মশা-মশাগী তোঙাল-তোঙালবা য়াওল শাজৎ লৈজনা ফলসু তোঙাল-তোঙালনা মমি তায় হায়বদি

ফল অতু মী অমদনা অযবা ওই, অমদনা ফত্তবা ফল ওই। নবগ্রহগী দশাগী অথুপ্পা মরমদি অসিনি। মরম অতুনা পৃথ্বীনা হায়বদি নৈগদৌরিবা মী মহাক অতুনা বিশ্ব জগৎকী কেন্দ্র ওইরগা নৈনবা তাবনি।

পৃথ্বীগী শাজং অনি লৈ। শাজং অমনা পৃথ্বীনা কোন ৬৬২ লুকথতুনা মশাগী ওর্বিটতা সেকেণ্ডমদা মাইল ১৮ কাপ্পুনা পাই। ওর্বিটকী ১২ থোকপগী অমা হায়বদি রাশি অমা মাইল, ৪,৬৬,৫৬,০০০ লানবদা থা অমা মতম চংই। মতৌ অসুন্না রাশি ১২ অমুক কোইবদা হায়বদি পৃথ্বীনা মশাগী ওর্বিট মাইল ৫৬৭৯০৭২০০ অমুক কোইবদা চহি অমা মতম চংই। ঋতু তরুক, থা তরানিথোই অমসুং নুমিৎ ৩৬৫ পৃথ্বীগী চহি অমগী শাজংতগী পুথোকপনি। মসিবু ওস্তোক্লগা জ্যোতিষ শাস্ত্রদা পৃথ্বীনা নুমিৎকী মতুং শিন্দুনা সৌরজগৎকী ময়াইদা লৈহল্লগা নুমিৎনা পৃথ্বীগী ওর্বিটতা পাইহনবনি। অঙ্কদসু খেন্নবা লৈতে ফল চপ মান্নে।




পৃথ্বীনা চাওবা অসি মধ্য রেখাদা কোনবা মাইল ২৪৮৬০ নি। পৃথ্বীবু দেশান্তর ( Longitude ) ডিগ্রী ৩৬০° থোক্লা থাইদোকই।

পৃথীনা মশাবু ডিগ্রী ১° উংবদা মিনট ৪ চংই, অস্নুন্না রাশি অমা উংবদা পুং ২ চংই, অমসুং মশাবু অমুক উংবদা হায়বদি ডিগ্রী ৩৬০° উংবদা পুং ২৪ মতম চংই। মসিবু পৃথীগী নোংমগী শাজৎ কৌই।

পৃথীগী অক্ষাংশ রেখা ( Latitude ) ডিগ্রী মশিং ১৮০° নি। অরাং থংবা গোলার্দ্ধদা অক্ষাংশ ডিগ্রী ৯০° নি, খা থংবা গোলার্দ্ধদা অক্ষাংশ ডিগ্রী ৯০° নি পুন্না ১৮০° ডিগ্রীনি।

## অক্ষাংশগী মতুং ইন্না অহিং-নুংথিল শাংবা

| অক্ষাংশ ডিগ্রী (Latitude) | অশাংবা নুমিৎ পুং | মিনট | অতেনবা নুমিৎ পুং | মিনট |
|---|---|---|---|---|
| ০° | ১২ | ০ | ১২ | ০ |
| ৫° | ১২ | ১৭ | ১১ | ৪৩ |
| ১০° | ১২ | ৩৫ | ১১ | ২৫ |
| ১৫° | ১২ | ৫৩ | ১১ | ৭ |
| ২০° | ১৩ | ১৩ | ১০ | ৪৭ |
| ২৫° | ১৩ | ৩৪ | ১০ | ২৬ |
| ৩০° | ১৩ | ৫৬ | ১০ | ৪ |
| ৩৫° | ১৪ | ২২ | ৯ | ৩৮ |
| ৪০° | ১৪ | ৫১ | ৯ | ৯ |
| ৪৫° | ১৫ | ১৬ | ৮ | ৩৪ |
| ৫০° | ১৬ | ৯ | ৭ | ৫১ |
| ৫৫° | ১৭ | ৭ | ৬ | ৫৩ |
| ৬০° | ১৮ | ৩০ | ৫ | ৩০ |
| ৬৫° | ২১ | ৯ | ২ | ৫১ |
| ৬৬°৩৩ | ২৪ | ০ | ০ | ০ |

পৃথীগী মধ্য রেখাদা পৃথীনা ডিগ্রী ১° হায়বদি মাইল ২৭৬ উংবদা মিনট ৪ চংই। অস্নুন্না মাইল ৬৯ উংবদা মিনট অমা মতম চংই।

## গ্রহশিংনা থুমিং অমদি পৃথিবীবু অমুক কোইবদা চংবা মতম

| পৃথ্বীন সেণ্টর ওইবা | | সুমিংনা সেণ্টর ওইবা | | থেন্নবা নুমিৎ |
|---|---|---|---|---|
| গ্রহ মমিং | নুমিৎ মশিং | গ্রহ মমিং | নুমিৎ মশিং | |
| বুধ | ২১৬ | বুধ | ৮৮ | ১২৮ |
| শুক্র | ৩২৬ | শুক্র | ২২৫ | ১১১ |
| নুমিৎ | ৩৬৫ পুং ৬ | পৃথ্বী | ৩৬৫ পুং ৬ | ০ |
| মঙ্গল | ৫৪০ | মঙ্গল | ৬৮৭ | ১৪৭ |
| বৃহস্পতি | ৪ ৮৩ | বৃহস্পতি | ৪৩৩২ | ৫১ |
| শনি | ১০৭৬৬ | শনি | ১০৭৫৯ | ৭ |
| রাহু | ৬৫৭০ | রাহু | ৬৫৭০ | ০ |
| কেতু | ৬৫৭০ | কেতু | ৬৫৭০ | ০ |

চন্দ্রনা পৃথ্বীবু অমুক কোইবদা নুমিৎ ২৭ পুং ৭ মিনিট ৪৩ সেকেণ্ড ১৪ চংই। পৃথ্বী অমসুং পৃথ্বীদা লৈবা মীওইবগী মরমদা নৈনবা মরম্না জ্যোতিষ শাস্ত্রদা বিশ্বজগতকী কেন্দ্র পৃথ্বী অমদি মী-মীগী ওইনা নৈনবগী নিয়মদা চংথে। নুমিৎনা রাশি অমা চংপদা থা অমা চংই। চন্দ্রনা রাশি অমা লানবদা নুমিৎ ২ নিগা পুং ৬ মতম চংই। পৃথ্বীনা কেন্দ্র ওইবদা মঙ্গলনা রাশি অমা লানবদা নুমিৎ ৪৫ নি চংই। বুধনা রাশি অমা চংপদা নুমিৎ ১৮ নি চংই। বৃহস্পতিনা রাশি অমা চংপদা চহি ১ চংই। শনিনা রাশি অমা লানবদা চহি ২ থা ৬ মতম চংই। রাহু কেতুনা রাশি অমা চংপদা চহি ১ থা ৬ মতম চংই।

মতৌ অসুম তৌনা নুমিত্তা নত্তনা গ্রহ পুম্নমক্কী বিচার-মীমাংষা পৃথ্বীনা কেন্দ্র ওইরগা থম্নগনি।

হৌজিক্কী নহারোলশিংনা ভাব তাদনা অমদি ৱাখল থম্নদনা পৃথ্বীনা সেণ্টর ওইরগা থম্নবা অসি লাল্লি হায়দুনা জ্যোতিষ শাস্ত্রবু পাওথোবই। চুম্মী সৌরজগৎকী সেণ্টের নুমিৎনি। জ্যোতিষ শাস্ত্রদা

খন্নরিবা বিন্দু হায়বদি পোইন্টতি পৃথ্বীদা লৈবা পোকপা মী অমগী মরমদা খন্ন-নৈনবনি মরম অতুনা মী মহাক অতুনা বিশ্ব জগতকী সেন্টর ওইরগা খন্নগদবনি।

————

## থাজ

থাজ অসি পৃথ্বীদা লৈরিবা মীওই জাতিগীদমক পুক্নিংগী য়ুমফম ওইবা মরম্না য়াম্না মরু ওইখরে। মরমদি মহাক্না খ্বাইদগী নকবা পৃথ্বীগা য়ুমলোন্নবা ওইবা মরম্না মাগী গুরুত্বাকর্ষন শক্তি (Gravitation) না খ্বাইদগী হেন্না পৃথ্বীবু চিংখৎলি। পৃথ্বীগী অইং-অশা, ঈশিং-নুংশিৎ অয়াম্বা মাগী মখা পোল্লি. মীওইবগী পুক্নিং, ঈ, হকচাংগী জ্ঞানগী করেন্ট পুরিবা জ্ঞান তন্তুশিংদা চন্দ্র-শক্তিগী মমি তাবা উরি। কনাগুম্বা মীওই অমগী কোথিদা চতুর্থপতি অমদি চন্দ্রনা ৬, ৮, ১২ সুবা য়ুমশিংগী মনুংদা য়ুম অমদা লৈরবদি রাখল চোই, তরং চংলি থাশি-থানৌ হৌগল্লি। পৃথ্বীগী উপগ্রহ অমা ওইনা চন্দ্র অসি লৈরমদ্রবদি তাইবংমীবু লাইপোক ওইহল্লিবা "পুক্নিং" মপুং ফারোই; রাখল খনবগী শক্তি লৈরোই অমসুং জ্ঞান-লৌশিং-রাখল তুংশিনবা ঙমলোই। শাস্ত্রনসু হায়রি — মন: সর্বেন্দ্রিয় প্রবর্ত্তক অন্তবেন্দ্রিয় মন: সর্ব্বময় কর্ত্ত।।" পুক্নিং-ইন্দ্রী পুন্নমক্না হৌরকফম্নি, মুংগী ইন্দ্রী পুন্নমক্না থৌবুসু মহাক্নি লোইননা থাজ অসি পৃথ্বীগী ঈশিং-নুংশিৎ (climate) কী লংলা লংজিন্নি।

মীওইবদা চন্দ্র শক্তিগী মমি তারিবসি থমোই অমসুং পুক্লিংদনি। মরমদি মসিং থা অমসুং গ্রহশিংগী মেগনেটপু চিংশিল্লিবা হকচাংগী যোং পুম্নমক ঈ দা লৈ; ঈ গী কেন্দ্র বিন্দুদি থমোইনি। মরম অসিনা চন্দ্রগী আকর্ষন শক্তিগী মমি থমোই অমসুং হকচাংগী বৈদ্যুতিক জ্ঞানতন্তুশিং ( Nerves ) গী থৌবু পুক্লিংদা মমি তায়। মরম অসিনা মীওইবগী হকচাংগী মিহুল চন্দ্র তালগী মতুং ইন্না হুল্লি; চৎনরিবা ঘড়ীদগী খর য়াংবা হেল্লি। মতৌ অসুম্না পৃথ্বীদা চৎনরিবা দশা মখল ৪২ অসি থাজগী খেংচৎতগী পুথোরবপনি।

থাজনা পৃথ্বীবু অমুক কোইবগা অমসুং থাজনা মশাবু অমুক উংবগা মতম চপ মান্নবা সুমিৎ ২৭ নি পুং ৭ মিঃ ৪৩ সেঃ ১৪ চংই। থোইদোক্না থাজগী গুরুত্বাকর্ষন্না মরম ওইদুনা সমুদ্রদা জ্বার ভাটা কায়। যান্না লাপথিবা মরম্না সুমিৎকী গুরুত্বাকর্ষন শক্তি থাজগী শক্তিগী শরুক মরিগী অমত্তনি। য়াম্না পিকপা উপগ্রহ অমা ওইজরবসু চন্দ্রগী গুরুত্বাকর্ষন (Gravitation) শক্তি পৃথ্বীগা য়াম্না নকবা মরম্না সুমত্তগী শরুক ৩ হেল্লি মরম অসিদগী থাজনা মীওইবগী পুরিং থাখল হুনদুনা পুবা ঙম্মী। তাইবংমীনা মশা মশাগী পুক্লিংগী অপস্থা মতুং ইন্না কর্ম্ম তৌই; মদুগী মতুং ইন্না অফ-ফত্ত ফল ফংই। ঋষি পরাশরনসু হায়রি "য়া দৃশেন শশাঙ্কেন সধরতে নৃনাং! তা দৃশং ফলমাপ্নোতি শুভম বা অশুভম।" চন্দ্রগী খেংচং মতুং ইন্না গ্রহশিংনা অফ-ফত্ত ফল পিবনি

থাজগা পৃথ্বীগা খাইদগী নকবা মতমদা মাইল ২.২১,৬১৪ লাপ্পে অমসুং খাইদগী লাপবা মতমদা মাইল ২,৫২,৯৭২ লাপ্পে। থাজগী চাওবগী ব্যাস অসি মাইল ২২০০ থকত্তনি।

সুমিৎ, থা অমসুং পৃথিবীগা মার লৈনবা অসি যোংকা য়োঙ্গাবীগা মরি লৈনবগুম্বনি। সুমিৎনা লেংই পাক্লিবা পুম্নমক্কী থরাইনি। পৃথিবীনা অচৎ-চৎত থরাই পানবা পুম্নমকী হকচাং শাগৎপদা চংবা পোৎলমনি। পৃথ্বীবু য়োমদুনা লৈরিবা থাগী গুরুত্বাকর্ষন (Gravitation) না পানগী অতৈ শক্তিশিং হায়বদি সুমিৎকী মঙাল, গ্রহশিংগী

আকর্ষন-প্রত্যাবর্ষন শক্তিশিং হায়বদি পানগী পৃথিবীদা লাবপা শক্তি পুন্নমক চন্দ্রনা ওপরেট ( Operate ) তৌই। জীব পুন্নমক মশা-মশাগী য়াওল লৈজে। পৃথিবী মশাগী তইং-অশা, ঈশিং-নুংশিৎ অমসুং থরাই পা'নবা অচৎ-চৎত পুন্নমকী লমজিং খোংচৎকী ইথিল চন্দ্রনা •ত্তনা পিরি। মীওইবদা চন্দ্রগী যুম্মম ওইরিবা পুক্লিংনা তাইবংমী পুন্নমক মশাবু লমজিংজরি। মরম অদুনা তাইবংমীগী কর্ম্ম-কর্ত্তাদি পুক্লিংনি।

# মঙ্গল-গ্রহনচিংবা নৈনবা

মঙ্গল অমসুং শুক্র গ্রহ অনি অসি পৃথিবীগা হেক যুম্লানবা গ্রহ ওইবা মরম্না মথোইগী শক্তিগী মমিশিং নিংথিজনা উবা ফংই। পৃথিবীগী নুংগী গ্রহনা শুক্রনি, পানগী গ্রহনা মঙ্গলনি। তাইবংমীগী নুংগী শক্তি ( positive ) স্ত্রী-শক্তিনা শুক্রনি, পানগী শক্তি ( Negative ) পুরুষ শক্তিনা মঙ্গলনি। জ্যোতিষ শাস্ত্রদা মযেকলানা নুপী ওইবগী শক্তিগা শুক্রগা মরি লৈনবা অমসুং মঙ্গলনা পুরুষ শক্তিগা মরি লৈনবা খুদম অমদি প্রমান বয়া ফংবিগনি।

সৌরমণ্ডলদা শুক্রগী মথংদা পৃথ্বীগা নক্নবা গ্রহ মঙ্গলগ্রহনি। করি-করিগুম্বা মতমদা মঙ্গলনা পৃথ্বীগা নকশিন্নবা লাবপা য়াওই; মতম অদুদা পৃথ্বীগা মঙ্গলগা লাপবা মাইল ৩০,৬০০,০০০ লাপনৈ। মঙ্গলগী ব্যাস ৪২৬০ থক্তনি, পৃথ্বীনা চুম্বা শরুক ১০ হেল্লি। মঙ্গলগী থা অনি লৈ—ফোবোস ( phobos ) অমসুং ডেভোস ( Devos ), অনিমক য়াম্না পিকই মথোইগী চাওবগী ব্যাস মাইল ৩০ ফাদে। উপগ্রহ অনিমক মঙ্গলবু য়াম্না নক্না কোই, ধ্রুবদগী যেংবদা উবা ফংদে। মঙ্গলনা নুমিৎপু অমুক বোইবদা নুমিৎ ৬৮৭ চংই, অমসুং পৃথ্বীবু অমুক কোইবদা নুমিৎ ৫৪০ চংই। মঙ্গলগ্রহগী বায়ুমণ্ডলদা ৯০% কার্বনডাইঅক্সাইড, ১০% অমসুং নাইট্রোজেন আর্গন ফংই।

জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মতুং ইন্না কনাগুম্বা মীওই অমগী কোষ্ঠিদা মঙ্গলনা অহানবা য়ুম, মরিস্সুবা য়ুম, তরেৎসুবা য়ুম অমসুং ১২ সুবা য়ুমদা লৈরবদি পানগী শক্তি ( Negative power ) হেনবা মরম্না ইরাং কল্লি, মতু শিগল্লি, মুপী ওইরগা মব্রা শিগল্লি।

মঙ্গলগী অথুপ্পা শক্তি খরা মথাদা উৎচল্লি। কনাগুম্বা মমা-মপা অমগী কোষ্ঠি (জন্ম পত্রিকা) দা লগ্নদগী থিবকপদা তরামাথোইসুবা য়ুমদা মঙ্গল লৈরবদি, অয়াম্বা মতমদা মচা অহনগী তরেৎসুবা য়ুম হায়বদি মুপী মফমদা মঙ্গল লৈরগল্লি। মসি পাপ্পা নত্রগা মুপ্পা যোগ তাবা কৌই। অসুন্না তরেৎসুবা হায়বদি মতু নত্রগা মব্রা লৈবা মফমদা মঙ্গলগী দোষ অসিবু থিংবা উম্বা নত্রগা ককথৎপা ওম্বা যোগ অমা তাদ্রবদি মী মহাক অতু মতম চদনা মুপা ওইরগা পাপ্পা, মুপী ওইরগা মুপ্পা তাগল্লি নত্রগা থইনগল্লি। মসিগী মরমদি তরামাথোই সুবা য়ুম-ইচামফম হায়বদি ৫ সুবা য়ুম ইচা মফমদগী থিরকপদা তরেৎসুবা য়ুম তায়—মব্রা নত্রগা মতু মফমনি। মরম অসিনা তরামাথোইসুবা য়ুমদা মঙ্গল লৈরবদি মচা মুপা নত্রগা মচ মুপী, মতু নত্রগা মবা কায়নগল্লি। ভৌমদোষকী মরমদা মথাদা ঋষিবচন উৎচরি :—

লগ্নে ব্যয়ে চ পতালে যামিত্রে চাষ্টমে কুজে।
কন্যা হরতি ভর্তারম ভর্ত্তা ভার্য্যাং হনিষ্যতি॥

কনাগুম্বা মুপী নত্রগা মুপাগী লগ্ন হায়বদি অহানবা য়ুম, মরিস্সুবা য়ুম, তরেৎসুবা যম, নিপালসুবা য়ুম, তরানিথোইসুবা য়ুমদা মঙ্গল লৈরবদি মুপা ওইরগা মতুগী, মুপী ওইরগা মব্রাগী অমাংবা থোকহল্লি।

মগুন লৈবা মঙ্গল ওইরবদি অমাংবা থোকহন্দে : —

এবম্বিধে কুজেসংস্থে বিবাহো ন কদাচন।
কার্যো ন গুণবাহুল্যে কুজে বা তাদৃশো দ্বয়ো॥

মগুন লৈবা মঙ্গল ওইরবদি হায়বদি শুভ বর্গ, উচ্চ, মূলত্রিকোন, মশাগী য়ুম, মরুপকী য়ুমদা লৈবা, শুভগ্রহনা য়েংবা, শুভস্থান্দা লৈবা,

কেন্দ্র-কোণপতি ওইবা মঙ্গলদা মিত্রগ্রহ অমসুং শুভগ্রহগী দৃষ্টি লৈবা মঙ্গলনা অসুম্না মগুণ লৈরবদি শুভফল ফংই। কায়নবা অমদি খুদোংথিবা থোকপগী রাফম লৈতে।

## যোগনা ভৌম দোষ কোকপা

লগ্নে চতুর্থেচ বায়াষ্টমে নগে রাহুঃ শনির্বাপি যদি স্থিতঃ স্যাত।
তথা কুজে নৈব করোতি দোষং বিবাহ কালে প্রবদন্তি গর্গাঃ।।

অহানবা য়ুম, মরিসুবা য়ুম, তরেৎসুবা য়ুম, নিপালসুবা য়ুম অমসুং ১২ সুবা য়ুমদা শনি নত্রগা রাহু লৈরবদি ভৌমদোষ কোকই, লৌন-লৈনবা য়াই। অমাং-অতা থোকপগী রাফম লৈতে। ভৌম দোষ অসি চন্দ্রনা লৈবা রাশিগী মতুং ইন্না য়েংলোই—লগ্ন-রাশিগী মতুং ইন্না য়েংগনি।

## বুধগ্রহ

বুধনা মশাগী ওর্বিত্তা সুমিৎপু কোইবা অসি অতৈ গ্রহশিংদগী য়ান্না হেন্না সুমিৎকা লাপথোক-লাপশিন তৌই। করিগুম্বা মতমদা সুমিৎকা য়াম্না নকনা মাইল ২,৮৫,৮৮০০০ অমসুং খ্বাইদগী লাপ-থোকৃবনা মাইল ৪,৩৩,৬০০০ ফাওবনি। পৃথিবীগা খ্বাইদগী নকৃবনা ৪,৮০,০০,০০০ লাপনবনা ১৩,৭০,০০,০০০ নি। বুধগ্রহগী চাওবগী ব্যাসনা মাইল লিশিং অহুম্নি; থাদগী চাওবা খরদনি হেনবা। বুধনা সেকেণ্ড অমদা মাইল ২৯ কাপ্‌তুনা মশাগী ওর্বিত্তা সুমিৎ ৮৮ দা সুমিৎপু অমুক কোই। জ্যোতিষ তত্বদা বুধগী মমি তাবা অসি মীওই পুক্নিংদা লৌশিংগী নোংথাং ওইনা হেক-হেক থেংনৈ। কনাগুম্বা মীওই অমগী জন্ম কুণ্ডলিদা বুধনা কেন্দ্র-কোন্দা লৈরবদি পাইরক লৌশিং অমসুং অঙ্ক ফবা মীওই ওইগনি।

## বৃহস্পতি গ্রহ

বৃহস্পতিগা নুমিৎকা লাপ্পবা অসি মাইল করোড় ৪৮ গা লাখ ৩০ নি। নুমিৎপু অমুক কোইবদা নুমিৎ মশিং ৪৩৩২ চংই, অমসুং বৃহস্পতিনা পৃথ্বীবু অমুক কোইবদা নুমিৎ মশিং ৪৩৮৩ চংই। বৃহস্পতিনা চাওরবা মশাবু অমুক উংবদা পুং ৯ মিঃ ৫৫ তমক চংই। বৃহস্পতিগী চাওবগী ব্যাস অসি মাইল ৯০২৫৪ নি। পৃথ্বীগুম্বা ১৩০০ গা চাওবা মশ্মরবসু লুপ্নদি পৃথ্বী ৩১৭ লোমদা লুমই। মসিনা তাকপদি বৃহস্পতি অসি অয়াংবা পোৎ ( Eliment ) শিংনা ওইবনি, ধাতুনচিংবা অরুবা পোৎ কযা য়াওদে। বৃহস্পতিগী উপগ্রহ ৯ লৈ। খ্বাইদগী চাওবা উপগ্রহ গেনিমীড ( Ganymede ) কী ব্যাস ৩৫৫০ নি; বৃহস্পতি গ্রহদগী মাইল ১৫ তমক লাপনা মশাগী ওবিত্তো কোইরি।

বৃহস্পতি অমসুং শনি গ্রহ অনি অসি পানগী গ্রহ (outer planet ) হায়রগনু হংনৈ, উরানস, নেপচুন, প্লুটানচিংবসু থংনৈ। অকোনবগী গ্রহ অহুম অসিগী মমি ( প্রভার ) গী মরমদা জ্যোতিষ শাস্ত্রদা নৈনবা য়াওদবনা থন্নররেই। বৃহস্পতি অমসুং শনিগ্রহ অনি অসি মশাগী গ্রহপ্রনালী ( Planelary system ) লৈজবা হুমাৎনা ফাবা থরান মিচাক মচাশিংনি বৃহস্পতিগী বায়ুমণ্ডলদা হায়-ড্রোজেন ৮২% অমসুং হীলিয়ম ১৭% চাংদা ফংই। মরম অদুনা তাইবংমীগী প্রাণতত্বনা মপুং ওইবা গ্রহ ওইবনা শুভ গ্রহনি। জ্ঞানগী মঙাল, নুংঙাইবা অমসুং শান্তিগী হৌরবহম ওইনা জ্যোতিষ শাস্ত্রনা লৌই।

## শুক্র গ্রহ

শুক্র গ্রহ অসি পৃথ্বিগী নুং লোমদা লৈবা থাজগী হেক ওমথংদা খ্বাইদগী নকুবা য়ুমলোন্নবনি। শুক্রগা পৃথ্বিগা খ্বাইদগী নকুবা মতমদা মাইল ২,৫৭,০০,০০০ লাপনৈ। নুমিৎকা শুক্রগা লাপ্পবনা মাইল করোড় ৬৮ লোন লাপনৈ। শুক্রগী ব্যাসনা মাইল ৭৬০০ চাওই।

নুমিৎপু অমুক কোইবদা নুমিৎ মশিং ২২৫ চংই অমসুং পৃথ্বীবু অমুক কোইবদা নুমিৎ ৩৩৬ চংই। শুক্রগী বায়ুমণ্ডলদা ৯৭% চাদা কার্বনডায়অক্সাইড লৈ। শুক্র অসি পৃথ্বীগা য়াম্না নক্না তাং ৮-৬-২০০৪ ইংদা নুমিৎকা পৃথ্বীগী মরক্তা লাক্কনি। পৃথ্বীগা মাইল করোড় ২২ রোমদা নকনা লাক্কনি, অদুবু পৃথ্বীগা নুমিৎকা অনিগী কারক্তা লাক্কদবা মরম্না—নুমিৎকী মঙালনা মরম ওইদুনা থোইদোক্না শুক্রগী মরমদা খংবা ঙমলোই।

নুপী ওইবীদা শুক্রনা পিবা মহৈদি বীর্যগী নাওয়োম রজ শক্তিনি। মরম অদুনা নুপী ওইবীগী রজবু শুক্রানু হায়না খংনৈ। নুপা ওইবগী বীর্য শক্তিনা মঙ্গলনা পিবনি। শুক্র গ্রহ অসি নুপী ওইবীগী জন্ম পত্রিকাদা কেন্দ্র-কোন্দা শুভ গৃহপতি ওইনা লৈরবদি খোইদোক-হেন্দোকপী, শক ফজবী নুংঙাই য়াইফবী ওইগনি। ষষ্ঠ, অষ্টম, দ্বাদশতা লৈবা নত্রগা মপু ওইবা, মরি লৈনরবদি ফিভৌগী অনাবনা নাগল্লি। শুক্রনা পাঙ্গল শোল্লবদি মতম চাদনা অঙাংখাও বেরা লাকপদগী লৌথোকল্লি। ঈগী মপু চন্দ্রগা অশুভ শুক্রগা লোইনরবদি অমুক হেন্না খুদোংথিহল্লি।

ফজবা, অকুবা, অহেনবা, থোং-নৌবা, কলা বিদ্যা পুন্নমক্কী হৌরকফম ওইবা শুক্র গ্রহনি। সংসারিক মায়া শক্তিনি। জগতপু পোক্পিবা-য়োকপিবা স্ত্রী শক্তিনি। অকুপ্পা জ্ঞান-বিজ্ঞানগী সংলা সংজিনসু শুক্র মহাক্নি।

## শনি গ্রহ

বৃহস্পতিগী হেক ওমথংদা শনিগী ওর্বিট লৈ। জ্যোতিষ শাস্ত্রদা ফল পিবা ওন্না থ্বাইদগী লাপ্পা অরোইবা গ্রহ অসি শনিনি। শনিনা নুমিৎপু অমুক কোইবদা নুমিৎ ১০,৭৫৯ চংই। হায়বদি চহি ৩০ চংই। চাওবসু বৃহস্পতিগী মথংদা শনি গ্রহনি। শনিগী অকোইবদা অপাকপা খুজি (ring) অমা লৈ মাইল ৫০ রোম থায়

অমসুং শনি মশাগী ব্যাস অনিমুক চাওই। সুমিং কা শনিগা মাইল করোড ৮৮ লাখ ৬২ লাপটৈ। বৃহস্পতিদগী শনিনা অমুক হেন্না যাংবা হেল্লি। শনিগ্রহ পৃথ্বীগী ব্যাসতগী শরুক ৯ হেন্না চাওই; পৃথ্বী ৭১৯গা চাওবা মাম্নগনি। মশা অমুক উংবদা পুং ১০ মিঃ ৫৫ চংই। মশাগী উপগ্রহ ১০ লৈ। বৃহস্পতিগুন্না শনিসু অম্মাংবা (Eliment) পোৎশিংনা ওইবনি। শনিগী ডেনশিটি (Density) ঈশংদগী হেন্না পাই। মশাগী বলয় তরেৎ হায়বদি করেন্টকী কুয়োম ৭ লৈ।

জ্যোতিষ তম্বদা শনিগ্রহগী মিওইবদা তাবা মমি অসি— অমম্বা, অম্নাবা-অনাবা পিবা গ্রহ ওইনা তৌই। শনি ষষ্ঠ-অষ্টম-দ্বাদশপতি ওইরগা চন্দ্রদা দৃষ্টি তৌরবদি মীওই অদু Low B. P. লৈগল্লি অমদি তুংদা পংথগল্লি। শনিনা ৭ সুবা ১০ সুবা য়ুমদা লৈরবদি থৌ-রা শাগন্দ কুশি-রাশি তৌগল্লি। শনিগী দশা লাকপদা চকু মচান্দনা হেন্না তাইনগল্লি।

## নবগ্রহগী মথৌ নৈনবা

"জীবানাংকর্ম্ম ফলদো গ্রহরূপী জনার্দ্দন" ইতি পরাপর। রবি, চন্দ্র, মঙ্গল, বুধ, বৃহস্পতি, শুক্র অমসুং শনি মিৎনা উবা গ্রহশিংনি; রাহু অমসুং কেতু মিৎনা উদবা পৃথ্বীগী থক-খাদা লৈবা বিজলীগী ঘলয়বুনি। সাধারন ওইনা চন্দ্রগ্রহনদা উরিবা থাদা তাবা পৃথ্বীগী মমিবু রাহু হায়না খংনৈ অমসুং সূর্যগ্রহনদা সুমিংকা পৃথ্বীগী মরক্তা থানা লাক্তুনা সুমিংপু খুমজিন্দুনা মমধা অদুবু কেতু হায়না খংনৈ। ফল পিবগী শক্তি গ্রহ মাপলদদা লৈ, রাশি, ধুম, নক্ষত্রনচিংবশিং অসি গ্রহশিংদা মথৌ ছাপ্পখক্তনি।

**বর্ণাধিপ গ্রহ ঃ** শুক্র বৃহস্পতি ব্রাহ্মন; মঙ্গল রবি ক্ষেত্রিয়; চন্দ্র-বুধ; বৈশ্য; শনি-শূদ্র, রাহু-যবন, কেতু ম্লেচ্ছ জাতিবু খংনৈ।

পোঁৎ মাংবা মতাংদা প্রশ্ন-লগ্নপতি অমসুং বলী গ্রহগী মতুং ইন্না হুরানবা মী করম্বা জাতিনো হায়বা লেপকনি।

**গ্রহনা পিবা কুচু ঃ** রবি-ঈ থাংনা মুবা, চন্দ্র-তায়না ভৌবা, মঙ্গল: ভাংনা ভৌবা, বুধ-শংনা-ইংনা মুবা, বৃহস্পতি ন'পুশ'না ভৌবা, শুক্র-কুচু শেংনা মুদং তাবা, শনি-ব'স কুচু মুবা, কেতু-মুনা ৱাওবা। মপাঙ্গল লৈনা লগ্নদা লৈবা গ্রহ, লগ্নবু য়েংবা গ্রহ, নত্রগা চন্দ্রনা লৈবা নবাংশপতিগী মতুং ইন্না কুচ লৌই।

**মহাও মপু গ্রহ ঃ** রবি অশাবা, চন্দ্র-অয়াকপা, মঙ্গল অমসুং র হু অখাবা, বুধ-ময়ান-তুয়ান, বৃহস্পতি অথুম্বা, শুক্র-ওইনম্বা, শনি-রাহু কেতু অফকপা-অখাবগী মপুনি। লগ্নদা লৈবা পাঙ্গল লৈবা গ্রহ, লগ্নবু য়েংবা গ্রহ, অনিস্থুবা য়ুম, মরিস্থুবা য়ুমদা লৈবা গ্রহশিংগী মতুং ইন্না মী-মীগী মহাও-পাম্বা লেপকনি। শনি, মঙ্গল, রাহু গ্রহ অহুম অসিগী মনুংদা গ্রহ অমা লগ্নদা লৈবা, অনিস্থুবা য়ুম অমসুং মরিস্থুবা য়ুমদসু পাপ গ্রহ লৈরবদি য়, অফিংগ, গঞ্জা, চরসনচিংবা নিশা পামগনি।

**হকচাংদা লৈবা ধাতু মপু ঃ** রবি-শরু, চন্দ্র-ঈ, মঙ্গল-মজ্জা (শরু মনুংদা য়াওবা থাও) বুধ উনশা, বৃহস্পতি শদোং-মহাও, শুক্র-শুক্রসার (মহীরেন) শনি-শিংলিগী মপুনি। থোইদোক্লা পোকপা মতমদা ৬, ৮ স্থুবা য়ুমদা লৈবা গ্রহ অমদি ৬, ৮ স্থুবা য়ুমবুগী মতুং ইন্না মীওই খুদিংদা চক্রি লৈগনি।

**গ্রহশিংনা পিবা মফম ঃ** রবি-লাইফম, চন্দ্র-ইশিং মপাল, ইশিং; মঙ্গল-খুৎলাই থমফ-শাফম অমসুং মৈফম; বুধ-শান্নবুং, শান্নবগী ওফিস, বৃহস্পতি লনগৈ, বেঙ্ক; শুক্র তুম্ফম কা-ফমুং; ইমুং-মনুংগী কোচিন-কাম্বা; কেতু-য়েনখা লুখা। দশাগী মতুং ইন্না অম'দ পাঙ্গল লৈবা গ্রহগী মতুং ইন্না অঙাং উন্নফম অমদি মাংখিবা পোৎকী লৈফম লেপকনি।

**নুপা-নুপী তাকপা গ্রহ ঃ** রবি-মঙ্গল বৃহস্পতি নুপা থংনবা; চন্দ্র-শুক্র-নুপী থংনবা, বুধ অমসুং শনি নপুংসক থংনবা গ্রহনি। হিরম: কোষ্ঠীগী লগ্নদগী থিবদা মঙাস্থুবা য়ুমদা নুপা থংনবা গ্রহনা

থেংবা নত্রগা লৈরগনা মুপানা হেন্না পোকই। প্রশ্ন লগ্নগী দ্রেক্কান মপুগী মতুং ইন্না করানবা মশক মুপা নত্রগা মুপী লেপকনি।

**মচুমপু গ্রহ ঃ** রবি কোরি মচু, চন্দ্র-অঙৌবা, বুধ নাপী মচু বৃহস্পতি নাপু অয়াকপী, শুক্র-তায়না ঙৌবা, মঙ্গল-ঈ মচু অয়াকপী শনি-রাহু-অমুবা, কেতু-মৈথুমচু, প্রশ্ন কগদা লৈবা পাঙ্গল হেনবা গ্রহগী মতুং ইন্না মাংখিবা পোৎকী মচু লেপকনি।

**গ্রহনা তাকপা চহি মতাং ঃ** বুধ অঙাং, মঙ্গল-পাখং, চন্দ্র শুক্র মযাই চনব মীওই, রবি বৃহস্পতি, শনি, রাহু-হনুবা খংনবা গ্রহশিংনি। হিরম ঃ ছরানবগী হংবদা প্রশ্ন-লগ্নপতিগী মতুং ইন্না চহি মতাং লেপকনি।

**ধাতু মপু গ্রহ ঃ** রবি-কোরি; চন্দ্র-লুপা; মঙ্গল-সনা; বুধ পিথ্রাই সেঞ্জেং; বৃহস্পতি-সনা অমসুং লুপা; শুক্র লুপা মুক্তা, শনি য়োৎ, রাহু সিংশেল লিকলি, কেতু নীলমনি। হিরম ঃ পোৎ মাংবগী প্রশ্ন-লগ্ন খন্নবদা উপচয়দা লৈবা পাঙ্গলবা গ্রহগী দশা মতাং ওইরবাদ মাংখিবা পোৎ ফংই। মথক্তা হায়বা মতুং ইন্না ধাতু মশক পোৎ মশক লেপকনি। কনাগুম্বা মীওইগী ললোন মপুগী কারক গ্রহ অমসুং ললোনমপু হায়রবদি ৭ মুবা য়ুমবুনা উপচয়স্থানদা পাঙ্গল কন্না লৈরবদি গ্রহগা মরি লৈনবা ধাতু অমদি পোৎ ললোনবদা শেন ফংই। অনুপচয়দা লৈবা মপাঙ্গল শোনবা গ্রহগী দশা মতাংদা ললোনবা পোৎ অমদি শেন মাংই।

**মাইগৈ মপু গ্রহ ঃ** রবি-নোংপোক, শুক্র-মৈরম, মঙ্গল-মখা মাইগৈ, রাহু ঃ মোইরাং লাইজি, শনি-নোংচুপ, চন্দ্র ঃ কৌব্রুলাইজি, বৃহস্পতি অরাং, বুধ চিংখৈ মাইগৈ মপুনি। হিরম ঃ প্রশ্ন লগ্নগী ১২ মুবা য়ুমবু অমসুং ৭ মুবা য়ুমবু গ্রহগী মতুং ইন্না লংফৈ অরাপ্পা চৎপা অমসুং লাপতক ঙৌবা চৎপগী মাইগৈগী মরমদা নৈনগনি অমসুং তৃতীয়পতিনা অনকপা চৎপদা খন্নগনি। জন্ম লগ্নগী ধনস্থান, ধনস্থানদা লৈবা হায়রবদি অনিমুবা য়ুমদা লৈবা, ধনপতি অমসুং কর্মপতি গ্রহগী মতুং ইন্না শেন তানবা অমসুং থবক ফংবগী মাইগৈ লেপকনি।

**প্লব সংজ্ঞা ঃ** রাশি খুদিংগী য়ুমবু গ্রহগী মতুং ইন্না তাকপা মাইগৈ অতুবু রাশি অতুগী প্লবসংজ্ঞা মাইগৈ কৌই। হিরমদি ঃ পোৎ মাংখিবা হংবা মতমদা প্রশ্ন-লগ্নগী মতুং ইন্না মাইগৈ কদোমদা হুরানবা চৎখি হায়বা লেপকনি। মকর অমসুং কুম্ভলগ্নদা পোকপা মীওইগীদি নোংচুপ মাইগৈ বরাবর ফৈ।

অফব-ফত্তবা গ্রহ ঃ চন্দ্র, বুধ, শুক্র অমসুং বৃহস্পতি অফবা গ্রহ কৌই। মঙাল লৈতবা চন্দ্র, পাপগ্রহগা লৈমিন্নবা বুধ র'ব, মঙ্গল, শনি, রাহু অমসুং কেতু পাপগ্রহ কৌই। পোকপা মতমদা শুভ গ্রহশিংনা পাঙ্গল লৈনা কেন্দ্র কোন্দা লৈরবদি অতুগুম্বা মীওই অতু অফবা, মুংঙাই য়াইফবা, খাইনা য়াবা মী অমা ওইগনি। পাপগ্রহশিংনা পাঙ্গল কল্লবদি মরুওইনা পাপকী থবক্তা ওনশিল্লি মপুন্সিদা শান্তি তাংই।

গ্রহশিংনা হৈনবা মফম ঃ চন্দ্র-শুক্র ইশিংগা মরি লৈনবা থবক বৃহস্পতি অমসুং বুধ শিক্ষাগা অমসুং সহরগা মরি লৈনবা থবক, রবি-চৌংমান-জঙ্গলগা মরি লৈনবা, মঙ্গল ঃ খুনগং অমসুং লোউ শিংউগী থবক, শনি, রাহু অমসুং কেতু খোনিনচিংবা, অরুবা থাংবা অমসুং জুগোৎ চাদবা মফমদা থবক তৌগনি। পোকপা মতমদা চন্দ্র অমসুং শুক্রনা পাঙ্গল লৈনা মফম চানা লৈরবদি অমসুং শেঙ্গাও অমসুং কারবার পিবা গ্রহ ওইরবদি মুক্তা, মোইবুং, ঙা, হৈকক অমদি ইশিংদগী ফংবা পোৎ খুদিংমক কারবার তৌবদা শেন পাইবা মী অমা ওইবা ঙম্মী। বুধ অমসুং বৃহস্পতি গ্রহ তান চান্নরবদি সহরদা থোকপা পোৎথোক কলোনবদা কান্নবা ফংই। মঙ্গল এইনা ফরবদি অমসুং লন অমদি কারবার পিবা গ্রহ ওইরবদি খুঙ্গংদা থোকপা পোৎথোক লোউ শিংউগী পোৎথোক কারবার তৌবা পক্লে। রবিনা জঙ্গলগী পোৎথোক, শনি, রাহু, কেতুনা ফরবদি খোনিগী পোৎথোক তৌরগা শেন পাইবা মী অমা ওইবা ঙমগনি।

গ্রহদোষ কে'কুবা মুংপকপা : রবি-মানিক, চন্দ্র-মুক্তা, মঙ্গল-প্রবাল, বুধ পন্না, বৃহস্পতি-পুষ্পরাগমনি, শুক্র-হীরা, শনি-ইন্দ্রনীলমনি, রাহু-গোমেদ (নাপী চাবা শম্বীমচু) কেতু-বৈদুর্য মনি, (অমুবদা নাপু চংবা মচু)।

ফিমপু গ্রহ : রবি-লং অপোইনা শাবা ফি ; চন্দ্র ফি অঙৌবা অনানবা ; মঙ্গল-ঈমচুগী ফি, বুধ-ফি অচোংপা, বৃহস্পতি-মঙম থরা শিজিন্নরুবা ফি, শুক্র ফি অফবা-অকনবা, শনি-ফি অমনবা, রাহু-ফিশেগাইবা অফোংপা, কেতু কান্তগী মপুনি। শুরানবা মীনা শেংপা ফি অমসুং দগুমপু গ্রহগী মতুং-ইন্না চাবোবপীনা শেংপা ফি মথল লেপকনি।

কোক-নগন্না থোকপা গ্রহ : রবি মঙ্গল রাহু অমসুং শনি নংগন্না থোকই মরম অসিদগী নংগন্না থোকপা গ্রহ হায়না থনৈ। চন্দ্র-শুক্র বুধ, কোকলোম্না থোকই। অদুনা কোক্না থোকপা গ্রহ হায়না থনৈ। বৃহস্পতি গ্রহদি নংগনসু কোকনসু থোকনিংবতা থোকই। মরম করিগুম্বা থবক অমা হৌবদা হৌবগী পুংফম লগ্ন অদুদা অমসুং কেন্দ্র কোন্দা কোক্না থোকপা গ্রহশিং লৈরবদি তৌগদৌরিবা থবক অদু শোইদনা মায় পাকই। অনিমক থোকপা গ্রহ গুরু শুইরগনা য়াম্নবা মহৈ ফংই অমসুং নংগন্না থোকপা গ্রহ শুইরগনা অরেদদা মাংই।

মরেক য়াওদবা অকংবা গ্রহ : রবি, মঙ্গল, শনি অকংবা গ্রহ কৌই। চন্দ্র-শুক্র অচোংপা গ্রহ কৌই। বুধ অমসুং বৃহস্পতিনা ইশিংগী রাশিদা লৈরবদি অচোংপা গ্রহ কৌই। অকংবা গ্রহগী দশাদা রাং কই অমসুং অচোংপা গ্রহগী দশাদনা হকচাং নোই পেল্লি।

মতম মপু গ্রহ : নুমিৎ-থা ৬, থাজ- মিংকুপ অমা, লৈপাক-পোকপা-নোংমা, বুধ-ঋতু অমা হায়বদি থা ২, শগোনশেন থা অমা, ঈরাই-থাথাই অমা, থাংজ-চহি অমা, শাকোক-থা ৮ শামৈ থা ৩গী

মপুনি। থবক ক'বা, থবক মায়পাকপা মরমদা প্রশ্নলগ্নগী নবাংশপতি গ্রহ প্রশ্ন লগ্ন অতুগী অহানবা নবাংশতগী মশিং থিবদা প্রশ্নলগ্নগী নবাংশপতিনা লৈবা অতুগী মমাংদা লৈবা গ্রহশিংগী মতম অতু পুম্না ত্রিনশিলগা মতম লেপকনি মী মশাগী দশা মপুং অমসুং অন্তর্দশাপতিনা ফরবদি নবাংশপতিনা পিবা মতমগী মতুংইন্না থবক মায়পাক্কনি।

আত্মা কারকনচিংবা গ্রহ: রবি-থরাই-হকচাং; চন্দ্র: পুক্নিং; মঙ্গল: মপা থোকপা, বীর্য, অশাওবা; শনি তনব', শাওবা ম'রল খাবা; বুধ-ৱাহৈ-ৱাতা, বুদ্ধি-লৌশিং; বৃহস্পতি জ্ঞান অমসুং নুংঙাইবা পেনবা; শুক্র ইরাং, নুপী ওইবীগী শক্তি সংসারগী নুংঙাইবা; শনি:- অৱাবা, পোৎলুম পুবা, থাদোকপা-বৎথোকপা, ৱারোইদবা; রাহু-ন'পল, মতিক-ময়'ই উংপা, মাইথো, খোইদৌ অমসুং খোংখা; কেতু-কোক্কী শম।

নিংথৌ-মন্ত্রী-গ্রহ: সুমিৎ, থাজ নিংথৌ; লৈপাকপোকপা সেনাপতি, য়ুমশকৈশ: যুবরাজ শংগোনশেন অমসুং ইরাই-মন্ত্রী শনি-মিনাই, রাহ-কেতু-খোংমী-লানমী। মরম পোকপা মতমদা কোরৌনা অফবা ফিভমদা লৈরবদি থরাই-হকচাং মপুং ফাই। সরকার অমসুং অশৌ অশাংনা মরম ওইতুনা থবক মায পাক্কল্লি। থাজনা ফিভম ফ্যরবদি অমসুং অফবা যুমদা লৈরবদি পুক্নিং মপাঙ্গল লৈ অফবা থবক্তা মাই ওনশিল্লি, অচৌবনা চাল্লি। লগ্নদগী থিরকপা য়ুম ১২গী মনুংদা চন্দ্রনা লৈবা য়ুমগী ৭ সুবদা চন্দ্রগী পূর্ণদৃষ্টী লৈবা মরম্না যুম অতুগী মহৈগী মরমদা মপুকনিংদা করাবর চিন্তা তৌই। শনিগীদি তোপ তোপ্পী-হায়বদি অনুপচয়দা লৈরবদি মিনাই ওই অমসুং উপচয়স্থা দা লৈরগনা মিনাই ওইবা কোকই।

## গ্রহশিংগী শক্তম অমসুং পাঙ্গল

**( জ্যোতির্বিদপ্রগী মতুং ইন্না )**

সুমিৎনা পিবা শক্তম: চুং ফিরাল চাই, মিং নাপ্ন থরকাই, মিংতা ফজৈ পাঙ্গল কল্লি, লমচৎ হোংগনদে, কুচু ঙাংনা

মুই, শম খোইগল্লি, শকনাইবা ওইগল্লি, ইত্তোন চেনগনলি, শক্ত চাওই, চীং-লেম্মী, ফিভম চেৎলি, হকচাং-কায়াৎ ফজে, লৈ-মচুগী ফিরোল পামগল্লি। তুমিন্না লৈবা হৈতে।

থাজগী শক্তম: ইংই-তপ্পী, মিৎ ইংনা ফজে, মা লিক্লা ঙাংই, কুচু ঙোই, হকচাং পাই, কুইনা মথোক কাহুনা লৈ। শমলাং লংনা মুনা ফজে, জ্ঞান লৈ, লমচৎ-থোৎলি; অফবা অশেংবা মাখল খল্লি, শক্তম ইংনা ফজে, লোক চেনগল্লি, নুপীগা লোইনহুনতা লৈনিংই, থৌজাল হৈ, ঈ চেল্লি, মরুপনা চাল্লি, চৎকল্লি, ফিভো শেৎপা পাম্মী।

লৈপাকপোকপগী শক্তম: নংগন পোনগল্লি, মিৎ নাপু খর কাই, ফিভম চেৎলি, কুচু লংই- ইরাং কল্লি, শক্ত মনুংগী থাও মরাং কাইগল্লি, ফিভাং শেৎপা পাম্মী, হৈ-শিংই, পাঙ্গল কল্লি, হিংসা পামই, মাঙাং-নাখৈ শেংগনদে, শম খোইগল্লি, কুইনা নহা ওইগল্লি, ইতোন চেল্লি, পুকচেল ফক্তে-পিকই, শাওগল্লি, থৌনা লৈ, য়েক্লবা লাক্লগল্লি, কুচু ঙাংনা ঙোই।

য়ুমকৈশগী শক্তম: মাহৈ মেংই, কুচু শংনা মুনা ইংই, উনশা-থোৎ নৌই, পুকচেল চাওই, মাহৈ মাতা নাখৈ শেংই, নোইগল্লি, তোল-লোক চেনগল্লি, হরাওগল্লি, য়াইমরপ ওইনা শক ফজগল্লি, পাইরক লৌশিং য়াম্না লৈ, হৈশিংই, ফিভম চেৎলি, মতৌ তম্বা য়াম্না হৈগল্লি, মিৎমৈ ঙাংগল্লি, অনৌ অনৌবা শেৎপা-ইনবা অকে-অমৌ পামই, ফি অশংবানচিংবা পামগল্লি।

শগোনশেনগী শক্তম: মিৎমৈ নাপু কাগল্লি, তাবা য়াম্না হৈ, মাহৈ-খোনফম চীং-লেম্মী, অখম্নবা মী অমা ওই, লমচৎ-লেংদে, অফবা-অচুম্বা গুণ চেল্লি, তরু তনাল্লি, কুচু ঙোই, থবাক পাকই, চাওই, ধর্ম্ম, অফবা মাখল চেল্লি, নো-লুকই, হৈশিংই, মাখল, হন্নই অমাংবদা লৈবা পাম্মী, ঙাকপীহৈ, ফি নাপু পামগল্লি, তোন-লোক চেনগল্লি।

ঈরাই শক্তম : নিংথিজৈ ফজৈ, পান্দোম শাংই, খুবোম ফজৈ, মাইথোং ফজৈ, ফম্বী মরাং কায় ন্য়ী ওইরগনা ইরাং কল্লি, ভাকপী হৈ, মতিক-ময়াই য়াম্না লৈ, কুচু মুনা ফজৈ, শমদা ফজৈ, যোগী গী পুকচেল চেল্লি, শক য়াম্না ফজগল্লি, মমল য়াম্বা ফিরোল শেং-কল্লি। রজোগুন চেল্লি, ইরাং কল্লি, শান্নবা, ঈশৈ-জগোই হৈ শিংই, বুদ্ধি-লৌশিং কৈ, নোই-পেল্লি, মিৎতা ফজৈ, বিজ্ঞান অমসুং কলাবিদ্যাদা হৈ শিংই। তোন-লোক নুংশিৎ চেল্লি।

শনিগী শক্তম : য়াং কংনা রাংই, কুচু মুই, মিৎ অরংবা কাই, শিংলি চাওই, তনগল্লি, নুংশিৎ য়াম্না চেনগল্লি, নমথাক-লৌনম তৌগল্লি, কলক-মিহৌ চাওই, পংই, শনি অশোনবা ওইরগা শিংলিদা অনাবা লৈ, খুজিন চাওই, পাকই, য়া চৌই, অমাং-অশেং নাইদে, মিসুংশি খংদে, রাশক চেংলি, কুচু মকই, পুকচেল পাংদে শাওগল্লি, ফি অমুবা পাম্মী, হুনুবগী রাথল চেল্লি।

রাহু কেতুগী শক্তম : কুচু শংনা মুই; হকচাং চাওগল্লি। চীং-মাল জঙ্গলদা হৈনগল্লি, শক্তম অকিবগী মশক ওই, মুংশিৎ চেনগল্লি, অরেংঅথিন তৌগল্লি।

শক্তম অমদি কুচু লেপ্পা : লগ্নগী নবাংশপতি গ্রহ নত্রগা পোকপা মতমদা খ্বাইদগী পাঙ্গল লৈবা গ্রহ নত্রগা লগ্ন রাশিগী শক্তম লৌগল্লি। পোকপা মতমদা থাজনা অতুগুম্বা গ্রহগী নবাংশতা লৈ-নবাংশপতি গ্রহ অদুগী মতুংইন্না মী মহাক্কী শক্তম লৌই। অয়াম্বা মতমদা লগ্নপতি, লগ্ন-রাশি অমসুং লগ্ন-নবাংশপতি গ্রহগী শক্তম লৌগল্লি। থাজ মুমিৎ, শগোনশেন সত্বগুণ চেল্লি, যুমশকৈশ, ইরাই রজোগুন চেল্লি, লৈপাকপোকপা, থাংজ তমোগুন চেল্লি। নুমিৎনা লৈবা ত্রিশাংশ গ্রহগী মতুং ইন্না মী মহাক্কী গুন চেল্লি।

গ্রহশিংগী দৃষ্টি : গ্রহ পুন্নমক মানা মানা লৈবা রাশিদগী অষ্টম, তরা, শনি গ্রহ নত্তনা পাদ অমগী দৃষ্টী য়েংই; শগোলশেন নত্তনা গ্রহ পুন্নমক মাপলম্বা যুমদা পাদ অনি গী দৃষ্টি তৌই;

লৈপাকশোকপা নত্তনা গ্রহ পুম্নমক ম'না'মানা লৈবা য়ুমদগী মরি-স্থবা য়ুমদা পাদ অহুম য়েংই। শগোনশেন্না মপুংফাবা মিৎয়েংদা মঙা, তরেৎ অমস্থং মাপলস্থবা য়ুমদা য়েংই। লৈপাকপোকপনা মানা লৈবা য়ুমদগী মরি, তরেৎ অমস্থং নিপালস্থবা য়ুমদা মপুং-ফাবা মিৎয়েংনা য়েংই। শনিনা মানা লৈবা য়ুমদগী অহুম, তরেৎ অমস্থং তরাস্থবা য়ুমদা মপুংফানা য়েংই। রাহুনা মানা লৈবা য়ুম-দগী মঙাঃ তরেৎ, মাপল ১২ স্থবা য়ুমদা মপুংফানা য়েংই। গ্রহ-শিংগী দৃষ্টীগী ফলগী মরমদা ত্রিপাদনচিংবা দৃষ্টগী মহৈ থোইনা ফংবা উদে, মরম অহুনা পুর্ন দৃষ্টিদা লৌখৎলগা নৈনগনি।

গ্রহশিংগী হৈনবা মিৎয়েং: মুমিৎ চমনা য়েংগল্লি; লৈপাক-পোকপা—মুপা ওইরগনা ইরাংকনবগী মিৎয়েং য়েংই; মুপী ওইরগনা চমনা য়েংই; ঈরাই: মিৎচিনা য়েংগল্লি মুপী ওইরগনা ইরাংনা থনবা মিৎচিনা য়েংই। য়ুমশকৈশ—মিৎচিন্না য়েংই। থাংজ অমস্থং শগোনশেন—মরোৌলৈন ফৈজ্জে য়েংই। শনি অমস্থং রাহু—লুরাক্লা য়েংই। গ্রহগী মতুং ইন্না মী মহাক-মহাক্কী মিৎয়েং লেপকনি।

মপাঙ্গল মাংবা গ্রহ: পাপ গ্রহনা য়েংবা, পাপগ্রহ অনিনা চপ্পা গ্রহ অমস্থং পাপগ্রহগা লৈমিন্নবা গ্রহ মপাঙ্গল মাংবা গ্রহ কৌই। মুমিৎ অমস্থং থাজ রাহুগা লৈমিন্নবদি পাঙ্গল লৈতবা গ্রহ কৌই। মঙাল লৈতবা গ্রহবুস্থ অমাংবা গ্রহ কৌই। গ্রহলান্দা মাইথিবা গ্রহবু অমাংবা গ্রহ কৌই। মুমিৎকী মঙালনা কুপ্পা গ্রহবু অমমবা গ্রহ কৌই। পাপ গ্রহগা লোইননা নবাংশ অমদা লৈমিন্নবা গ্রহবু পাপনা লাক্লবা (ক্ররাক্রান্ত) গ্রহ কৌই। হায়রিবা গ্রহশিং অসিগী ফল অয়াম্বা মতবদা ফত্তবা ফল পিগল্লি।

### গ্রহশিংগী শক্তিগী পনাথৈ

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| মুমিৎ | মাংদা ডিগ্রি $7\frac{1}{2}°$ | + | তুংদা ডিগ্রি $7\frac{1}{2}°$ | $= 15°$ |
| থাজ | মাংদা ডিগ্রি $6°$ | + | তুংদা ডিগ্রি $6°$ | $= 12°$ |

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| লৈপাকপোকপা | মাংদা ডিগ্রি | $4^{\circ}$ | + | তুংদা ডিগ্রি | | | $4^{\circ}...8^{\circ}$ | |
| য়ুমশকৈশ | ,, | ,, | $3\frac{1}{2}^{\circ}$ | + | ,, | ,, | $3\frac{1}{2}^{\circ}...7^{\circ}$ |
| শগোনশেন | ,, | ,, | $4\frac{1}{2}^{\circ}$ | + | ,, | ,, | $4\frac{1}{2}^{\circ}...9^{\circ}$ |
| ঈরাই | ,, | ,, | $3\frac{1}{2}^{\circ}$ | + | ,, | ,, | $3\frac{1}{2}^{\circ}\ .\ 7^{\circ}$ |
| থাংজ | ,, | ,, | $4\frac{1}{2}^{\circ}$ | + | ,, | ,, | $4\frac{1}{2}^{\circ}...9^{\circ}$ |

গ্রহশিংগী ফিভম লেপ্পা: মিৎ-না শিংনা লৈবা গ্রহ—বিষম রাশিগী অহানবা দ্রেক্কান দা লৈবা গ্রহবু জাগ্রত অবস্থাদা লৈবা গ্রহ কৌই; অনিস্নুবা দ্রেক্কান-দা লৈবনা স্বপ্নাবস্থা কৌই অমস্নুং অহুমস্নুবা দ্রেক্কান্দা লৈবনা সুষ্প্তাবস্থা কৌই।

সম রাশিগী অহানবা দ্রেকান্দা লৈবা গ্রহনা সুষপ্তাবস্থা, অনিস্নুবা দ্রেকান্দা লৈবনা স্বপ্নাবস্থা অমস্নুং অহুমস্নুবা দ্রেকান্দা লৈবনা জাগ্রতাবস্থা কৌই।

ফল: জাগ্রতাবস্থা দা লৈবা গ্রহগী ফলদি—থবক মায় পাকই, মঙ্গল ওইহল্লি। স্বপ্নাবস্থাদা লৈবা গ্রহগী ফলনা য়াইমরপ ওইনা অফবা মহৈ পিগল্লি। সুষপ্তাবস্থাদা লৈবা গ্রহগী ফলদি মহৈ মাংহল্লি।

চহি মতাং মঙা: করিগুম্বা রাশি অমগী ডিগ্রী ১° দগী ডিগ্রী ৬° ফাওবগী মনুংদা লৈবা গ্রহবু "অঙাং" কৌই। ৭° তগী ১২° ফাওবদা লৈবা গ্রহবু কুমার কৌই। ডিগ্রী° (অংশ) ১৩° দগী ডিগ্রী ১৮° (অংশ) ফাওবদা লৈবা গ্রহবু "পাথং" কৌই। কৌই। ডিগ্রী ১৯° দগী ২৪° ফাওবা লৈবা গ্রহবু "হনুবা" কৌই। ডিগ্রী ২৫ দগী ডিগ্রী ৩০° ফাওবগী মনুংদা লৈবা গ্রহবু "অশিবা" কৌই।

ফল: অঙাং: অফবা থরা ফংহল্লি। কুমার: মহৈ তংখাই অমা ফংহল্লি। "পাথং"—অফবা ফল মপুং ফানা ফংহল্লি। "হনুবা"—অক-ফত্তবা মহৈ পিগল্লি। "অশিবা" গ্রহনা অৱা-অনা পিগল্লি।

গ্রহশিংগী ফিভম তরুক: ইকাইথিবা, নাপল চাওবা, অরাম্বা, খৌরাংবা, হন্নাওবা, অশাওবানচিংবা গ্রহশিংগী ফিভম তরুক লৈ।

১। লগ্নদগী থিবদা মণ্ডাস্নুবা য়ুমদা পাপ গ্রহগা লোইননা লৈবা গ্রহবু "ইকাইথিবা" গ্রহ কৌই।

২। নাপলচাওবা : মূলত্রিকোন অমসুং উচ্চস্থান্দা লৈবা গ্রহবু "নাপলচাওবা" গ্রহ কৌই।

৩। অরাম্বা: য়েক্লবগী য়ুমদা লৈবা গ্রহ, য়েক্লবনা য়েংবা গ্রহ অমসুং শনিগা লৈমিন্নবা গ্রহবু "অরাম্বা গ্রহ" কৌই।

৪। খোৱাংবা : অফবা গ্রহনা য়েংদবা, য়েক্লবা গ্রহনা য়েংবা ইশিংগী রাশিদা লৈবা গ্রহবু "খোৱাংবা" গ্রহ কৌই।

৫। হৱাওবা : মরুপকী য়ুমদা লৈবা গ্রহ, মরুপ ওইবা গ্রহগা লৈমিন্নবা অমদি য়েংলকপা অমসুং বৃহস্পতিনা য়েংবা গ্রহবু "হৱাওবা" গ্রহ কৌই।

৬। অশাওবা : সুমিৎকা লৈমিন্নবা, পাপ গ্রহনা য়েংবা, অমসুং য়েক্লবা গ্রহনা য়েংববু "অশাওবা" গ্রহ কৌই।

মহৈ : অতুগুম্বা য়ুম অতুদা "অরাম্বা" 'অশাওবা' গ্রহ লৈরবদি য়ুম্ন অতুগী অফবা মহৈপুম্বা মাংহল্লি। থবক মকম হায়রবদি তরাস্নুবা য়ুমদা 'ইকাইথিবা' 'অরাম্বা' 'খোৱাংবা' 'অশাওবা' অসিনচিংবগী মন্নুংদা গ্রহ অমা লৈরবদি 'থবক' মাংহল্লি, অন্নাবা অমসুং মিন্না তাগল্লি। ইচা মকম হায়রবদি মণ্ডাস্নুবা য়ুমদা 'ইকাইথিবা' গ্রহ লৈরবদি অঙাং অমদগী হেন্না হিংগন্দে। তরেৎস্নুবা নুপী মকমদা 'খোৱাংবা' 'অশাওবা' লৈরবদি নুপী থাইনগল্লি নত্রগা শিগল্লি অমদি ইন্নাং কল্লি!

অরংবা মঙাল লৈবা গ্রহ : উচ্চদা লৈবা গ্রহ অরংবা, মসাগী য়ুমদা লৈবা গ্রহ মশাফবা, য়াম্না চাম্নবা মরুপকী য়ুমদা লৈবা গ্রহ মোন্দা নুংঙাইবা, মরুপকী য়ুমদা লৈবা গ্রহ অইংবা-অতপ্পা, নীচস্থান্দা লৈবা গ্রহ—অতোনবা, য়েক্লবগী য়ুমদা লৈবা গ্রহ য়াম্না ৱাবা, পাপ গ্রহগা লোইনবা গ্রহ—চাকপা-লাংতকনবা, অফশাবা গ্রহগী য়ুমদা লৈবনা—নমথাক অমসুং সুমিৎকা লৈমিন্নবা গ্রহনা অশাওবা গ্রহকৌই।

পাঙ্গল শোনবা গ্রহশিংগী ফল : অতুগুম্বা মী মহাক্কী থুমিৎনা মপাঙ্গল শোল্লবদি মথরাই শোল্লি—আত্মশক্তি লৈতে। থাজগী ফিভম ফংত্তরবদি অমসুং ফত্তবা য়ুমদা লৈরবদি কোথিদা য়াওবা অফবা যোগ পুন্নমক মাংই ; মাগী মপুক্কিং অমাংবা লম্বী তায়েন্নবা রোমদা চৎলি। লৈপাকপোকপনা মপাঙ্গল শোল্লবা অমদি ফত্তবা য়ুম হায়বদি ৬, ৮, ১২ মুবা য়ুমদা লৈরবদি থৌনা লল্লতে অমসুং পুকচেল ফাথবা ওমদে। মঙ্গলনা লগ্নপতিগা লোইনবা নত্রগা লগ্নপতিদা মঙ্গলগী পুর্ন দৃষ্টী লৈরবদি কিগল্লি মরিল য়াওদে। বুধনা মপাঙ্গল শোলবা অমদি ফত্তবা য়ুমদা লৈরবা মবুদ্ধি শোনল, পাইরক লৌশিং লৈতে। ঈরাইগী ফিভম ফত্তবা অমদি ফত্তবা য়ুমদা লৈরবদি বৈজ্ঞানিক, কবি, কলাকার ওইবা ওমলোই। শনিনা পাঙ্গল শোনবা অমসুং ফত্তবা মফমদা লৈরবদি পুকচেল পিকই, থাদাকপা-ওমদে। রাহুনা পাঙ্গল শোল্লবা অমসুং অফবা য়ুমদা লৈতরবদি মতিক ময়াই চীং-লেম্বা হৈতে অমসুং ফংদে। কেতুগী ফিভম ফত্তরবদি লানবা (মুক্তি) ফংদে।

গ্রহশিংগী মহৌশাগী ওইবা মরুপ : চন্দ্র, মঙ্গল, বৃহস্পতি—রবিগী মরুপনি। বুধগা পাঙ্গল মান্নে। শুক্র অমসুং শনি— রবিগী য়েক্কবনি। চন্দ্রগী মরুপ—রবি বুধনি ; পাঙ্গল মান্নবা গ্রহনা মঙ্গল, বৃহস্পতি, শুক্র, অমসুং শনিনি। চন্দ্রগী য়েক্কবা গ্রহ লৈতে। মঙ্গলগী মরুপ—রবি, বৃহস্পতি, চন্দ্রনি, পাঙ্গল মান্নবনা শুক্রগা শনি-গনি ; য়েক্কনা বুধনি। বুধ গ্রহগী মরুপনা — রবি, শুক্র ; মান্নবনা : মঙ্গল, বৃস্পতি শনিনি ; য়েক্কবনা থজনি। বৃহস্পতিগী মরুপনা : রবি, চন্দ্র, মঙ্গলনি ; মান্নবনা- শনিনি, য়েক্কবনা বুধ, শুক্রনি। শুক্র গ্রহগী মরুপনা- বুধ, শনিনি, মান্নবনা মঙ্গল, বৃহস্পতিনি ; রবি, চন্দ্র য়েক্কবনি। শনিগী মরুপনা—বুধ, শুক্রনি ; মান্নবনা—বৃহস্পতিনি ; য়েক্কবা গ্রহনা—রবি, চন্দ্র, মঙ্গলনি। রাহুগী মরুপনা—শুক্র, শনিনি ; সম গ্রহনা—বুধ, বৃহস্পতিনি ; য়েক্কবা গ্রহনা—

রবি, চন্দ্র, মঙ্গলনি। কেতুগী মরুপনা—রবি, চন্দ্র, মঙ্গলনি : সম-গ্রহনা—বুধ, বৃহস্পতিনি : য়েক্লবা গ্রহনা—শুক্র শনিনি। য়েংবা হুংঙাইনবা মথান্না চক্র উৎলি :—

মতৌশাগী ওইবা গ্রহশিং চান্নবা-চান্নদবগী চক্র

| গ্রহ | রবি | সোম | মঙ্গল | বুধ | গুরু | শুক্র | শনি | রাহু | কেতু |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মরুপ | চ ম বৃ | বৃ র | র চ বৃ | র শু | রচম | বৃশ | বৃ শ | শুশ | রচম |
| মাম্নবা ( সম ) | বৃ | মশুবৃ শ | শুশ | মবৃশ | শ | মবৃ | বৃ | বৃ বৃ | বৃ বৃ |
| য়েক্লবা | শু শ | • | বৃ | চ | বৃশু | রচ | রচম | রচম | শুশ |

গ্রহশিং চান্নবা নত্রগা য়েংথিনবনা মরম ওইদুনা গ্রহশিংগী মথা-পোন্না লৈবা তাইবংমীদা অমাংবা—অতোংবা, অফবা—ফত্তবা মহৈ ফংবা কয়া উরে। মুপা-মুপী পল্লবা য়েংবদা মুপা অমদি মুপীগী রাশিমপু অমগা-অমগা মরুপ ওইরবদি য়ুমপানবা মুংঙাই-মোন্দা তিন্নে। গ্রহ মিত্র ওইরবদি ষড়াষ্টক হায়বদি ৬—৮ তাম্নরবসু অকায়-বা থোক্কে। রাশি মপু গ্রহ অমত্তা ওইরবা নত্রগা মশেন মরুপ ওইনরবদি হিরম খুদংদা অফবা ওই।

গ্রহশিং খুদক্কী ওইনা চান্নবা : য়ুম ১২ দা গ্রহশিংনা লৈবা মতুংইন্না গ্রহশিংগী মহৌশাগী ওইবা চান্নবা-চান্নদবদা অছোংবা লাকই। পোকপা মতম, লুহোংবা মতম, কোথি য়েংবা মতমদা অতুগুম্বা য়ুমশিংদা গ্রহশিংনা লৈ—মতুগী অনি, অহুম, মরি, তরা, তরামাথোই অমসুং তরানিথোইসুবা য়ুমদা গ্রহশিংনা লৈরবদি—মথোই মশেল খুদক্কী ওইনা মরুপ ওই—চান্নে। মঙা, তরুক, তরেৎ, নিপাল, মাপল অমসুং অহানবা য়ুমদা লৈবা গ্রহশিং মথোই মশেন য়েকনৈ।

য়াম্না চান্নবা : গ্রহশিং মহৌশাগী মরুপ ওইবগা লোয়ননা খুদক-খুদক্কী মরুপসু ওইরবদি য়াম্না হেন্না চান্নবা মরুপ ওই। মহৌশাগী ওইনা পাঙ্গল মানবা হায়বদি অফবসু পদবা, অমাংবসু পিদবা গ্রহ ওইরগনা খুদক্কী মরুপ ওইরগদি চান্নবা মরুপ ওই। মহৌশাগী ওইনা য়েক্নবা গ্রহ ওইরগা খুদক্তা মরুপ ওইরগদি মান্নবা গ্রহ ওই— অফবসু পিদে-ফত্তবদসু পিদে। অহানবা, মঙাসুবা, তরুকসুবা, তরেৎসুবা, নিপালসুবা, মাপলসুবা য়ুমশিংদা লৈবা মহৌশাগী ওইনা য়েক্নবা গ্রহ ওইরবদি—শাথিবা য়েক্নবা ওই অমসুং মহৌশাগী ওইনা মান্নবা গ্রহনা য়েক্নবা অমসুং চান্নবা মরুপনা মান্নবা গ্রহ ওই। মতৌ অসুম্না মহৌশাগী ওইনা মরুপ ওইবা গ্রহনা খুদক্তসু মরুপ ওইরবদি য়াম্না চান্নবা মরুপ ওই; মান্না ওইরগনা চান্নবা মরুপ ওই; য়েক্নবা ওইরগনা খুদক্তা মরুপ ওইরবদি মান্নবা গ্রহ ওই।

## গ্রহশিংগী মহৌশাগী ওইবা লম্নচৎ

রবি : অশেংবা জ্ঞান পিবা ঙম্মী। অৱাংবা থাক্তা ফমনাইবা ওইবা ঙম্মী। ফত্তবা রবি ওইরগনা, কোক্তা অকায়বা থোকহনবা ঙম্মী। হজামগী থবক তৌবা হে। খোং-খুৎ তেবপা মীওই ওই, তৌইগুম্বসুং মশাগী লোইনরকপা মথৌ শু-নোম্বা কৈদৌনুংদা থাদোক্কে।

চন্দ্র : কৱিগুম্বা সংস্থান অমা শেমগৎপা ঙম্মী, চলাইবসু ঙম্মী। মী কয়ামক্নম য়োকপা-থাকপা ঙম্মী। সরকারগী মকোকথোংবা ফমনাইবা ওইবা ঙম্মী। ফত্তবা চন্দ্র ওইরগনা অপংবা তরং চৎপা লৌমী ওইবা ঙম্মী। ললোনবা মিঙোন্দা হায়জবদা ইকাইখংদবা ঙম্মী অদুম ওইনমক মশাগী ওইনা য়াওজরকপা বাহৈ-বাতা খোংনোবা কৈদৌমুংদা থাদোকপা ঙমদে।

মঙ্গল : অচোবা ফমনাইবা সিক্কাই ওইবা ঙম্মী। খৌনা মথৌ মশক থংবা, অচুম্বা পাম্বা মী অমা ওইবা ঙম্মী। অশোনবা মঙ্গল ওইরগা কিগনবা, মুপাথোক্নবা, হুরানবা, তুইনগর কারবার

তৌবা—ব্লেক চেনবা, মিঙ্গংশি থংনবা নিশাদা লুপ্পা মীওই ওইগল্লি; তৌইগুম্বশুং মশাগী নাপল কৈদৌনুংদা থাদোক্কে।

বুধ: ডাক্টর-ম'ইবা, লংলোনবা, অকুদা হৈ-শিংবা, কুটনিতি হৈবা, কলাকার, মিনমশোরিবা, ফাগী হৈবা, পাইরক লৌশিং লৈবা মীওই ওইবা ঙম্মী তৌইগুম্বশুং মশাগী বুদ্ধি লৌশিং কৈদৌনুংদা মাংহন্দে

বৃহস্পতি: জ্ঞান লৈব, সুংঙাইবা, লাইনিংবা, অনিংবা অমদা লুপ্পা পাওতাকপিবা, ধর্মগী থবক তৌবা, ওজা ওইবা, অশিন-অরাং ওইবা, ডাইরেক্টর ওইবা, আইন-লোদা হৈশিংবা জজ-উকিল ওইবা, হিরম খুদিংদা নৈনবা হৈবা মীওইনি। অশোনবা গুরু ওইরগনা মশাগী ওইজবতা তানবা, নুপী অডাংদা লুপ্পা, ঋুমবান-লোলদা ডাওবা মীওই ওইরবসু মশাগী জ্ঞানতম্বদা লুপ্পদি কৈদৌনুংদা থাদোক্কে।

শুক্র: অচৌবা-অফাওবা যোগী ওইবা ঙম্মী, ব্রহ্মচারী ওইবা ঙম্মী, কবি, বৈজ্ঞানিক, কলাকার ওইবা ঙম্মী, ঈশ-জগোইদা ফাওবা অমদি খং-হৈবা ওইবা ঙম্মী। অশোনবা শুক্র ওইরগা নিশা য়োনবা থকপা অমদি ইরাংদা লৈথা ডাবা মী ওই, তৌইগুম্বশুং লেপথিবা ডাথিবা য়াদা লেপকনি।

শনি: অনিংবা অমদা চপযুংবা পুকচেল কনবা সন্যাসী ওইবা ঙমই। য়োংকী মরমদা অথং-অহৈ ওইবা ঙম্মী। ধাতুনচিংবগী থোনি তৌবনচংবদা থোইদোক্লা অথং-অহৈ ওই। ফত্তবা শনি ওইরগা মীগী মিনায় ওইবা, জুবারদা ডাওবা, নিশাদা লুপ্পা, লমচৎ য়াওদবা মী ওই। তৌইগুম্বশুং মাগী মহৌশাগী ওইবা লমচৎ থৌশাদবা কৈদৌনুংদা থাদোকপা ঙমদে

রাহু: খংহৌদনা ইনাকখুনবা ঙম্মী। অপাম-মুংশি সংসারিক কয়া থাথোকপা ঙম্মী। ঠিকাদার, লম্বোইবা, সন্যাসী ওইবা ঙম্মী। অমরোমদা শেন্দোইই চাবা, দলালী চাবা জুইমম্বর কারবায় তৌবা,

হুরানবা, যু'কানীদা ভাওবা, হু'হজবা ইকাইবা থংদ্বা, নিশা জুধারদা লুপ্পা অমা ওইরবসু মশাগী অৱাবগী চিন্তা কৈনৌন্নুংদা কাওথোকপা ভমদে।

কেতু : লৈতেং-খোঙেংবা, যমুং ইমুং-মন্নুং লৈঙেংবদা হৈ-শিংবা মীওই ওইবা ভন্মী। লান্ন'থোরমদা হৈ-শিংবা অমদি লানবিবা ভন্বা মী অমা ওইবা ভন্মী। নোংথক লম্বীগী হৈ-শিংবা অফাওবা পায়লোট অমসুং প্লেন-ৱোকেটনচিংবগী অখং অহৈ ওইবা ভন্মী। অমরোমদা মরম চাদনা কোইহুনা মতম মাংহনবা, শা তাল্লগা হিংবা মীগী দোষ পুবা মরাল লৈবা মী অমা ওইরবসু মশাগী চিন্তাদা লুপ্‌না লৈ।

## গ্রহশিংগী উচ্চ নীচ লৈনবা

সুমিং : মেষ রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ১০° ফাওবা সুমিংকী উচ্চ ওইবা মফমনি, ১০° সুবা ডিগ্রী সুমিংকী খ্বাইদগী উচ্চ ওইবা মফম্নি। মেষ রাশিদগী থিবদা তরেৎসুবা য়ুম তুলা রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ডিগ্রী ১০° ফাওবা নীচ ওইবা মফমনি অমসুং ডিগ্রী ১০° খ্বাইদগী নীচ ওইবা মফমনি। বৃষ রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ডিগ্রী ৩° ফাওবা চন্দ্রগী উচ্চ ওইবা মফমনি, অহুমসুবা ডিগ্রীনা খ্বাইদগী উচ্চ ওইবা মফমনি। বৃশ্চিক রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ৩° ফাওবা চন্দ্রগী নীচ মফমনি ৩° সুবা ডিগ্রী খ্বাইদগী নীচ ওইবা মফমনি। মকর রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ডিগ্রী ২৮° ফাওবা মঙ্গলগী উচ্চ মফমনি, ২৮° সুবা ডিগ্রী খ্বাইদগী উচ্চ ওইবা মফমনি। কর্কট রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ডিগ্রী ২৮° ফাওবা মঙ্গলগী নীচ মফমনি, ২৮° সুবা ডিগ্রী খ্বাইদগী নীচ ওইবা মফমনি। কন্যা রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ডিগ্রী ১৫ ফাওবা বুধ গী উচ্চস্থাননি, ১৫° সুবা ডিগ্রী খ্বাইদগী উচ্চ ওইবা মফমনি, মীন রাশিগী ১° দগী ডিগ্রী ১৫° ফাওবা বুধগী নীচ মফমনি, ১৫° সুবা ডিগ্রী খ্বাইদগী নীচ ওইবা মফমনি। কর্কট রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী

ডিগ্রী ৫° ফাওবা বৃহস্পতিগী উচচ মফমনি, ৫° সুবা ডিগ্রী খ্বাইদগী উচচ ওইবা মফমনি। মকরগী ডিগ্রী ১° দগী ৫° সুবা ডিগ্রী ফাওবা গুরুগী নীচ মফমনি, ৫° সুবা ডিগ্রী খ্বাইদগী নীচ ওইবা মফমনি, মীন রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ডিগ্রী ২৭ ফাওবা শুক্রগী উচচ মফমনি, ২৭° সুবা ডিগ্রী খ্বাইদগী উচ্চ ওইবা মফমনি। কন্যা রাশিগী ১° দগী ২৭° ফাওবা শুক্রগী নীচ ক্ষেত্রনি, ২৭° সুবা ডিগ্রী খ্বাইদগী নীচ ওইবা মফমনি। শনিগী উচচ মফম তুলা রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ২০° ফাওবনি, ২০° সুবা ডিগ্রী খ্বাইদগী উচচ ওইবা মফমনি, মেষ রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ২০° ফাওবা নীচ মফমনি; ২০° সুবা ডিগ্রী খ্বাইদগী নীচ ওইবা মফমনি। রাহুগী উচচ মফমনা মিথুন রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ২০° ফাওবনি। কেতুগী উচচ মফমনা ধনুরাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ডিগ্রী ৬° ফাওবনি।

রবি, মঙ্গল অমসুং শনিনা খ্বইদগী উচচ ওইনা উপচয়স্থান্দা লৈরবদি— অতুগুম্বা গ্রহগী দশা মতাংদা মী মহাক্না থবক খুদিংমক মঙ্গল ওইনা পাংথোকপা ঙম্মী। অফবা গ্রহ ওইগে ওইয়ু, ফত্তবা গ্রহ ওইগে ওইয়ু মপাঙ্গল কল্লবদি অমসুং মফম চাবদা লৈরবদি অফবা মহৈ ফংহল্লি। মপাঙ্গল শোনবা গ্রহদি খুদিংমক্তা অমাংবা থোকহল্লি।

কেন্দ্র-কোন্দা গ্রহ অহুম, মরি, মঙানা উচচ ওইনা লৈরবদি মথং-মনাও নাইনা থোইদোক্লা লাইপকফবা মন্ত্রী, প্রধানমন্ত্রী, রাষ্ট্রপতি ওইবা ফংই। ভারতকী ঋষিশিংনা গ্রহশিংগী উচচবলনা অথোইবনি হায়না লৌই; নীলকণ্ঠ তাজিক অমসুং গ্রীকশিংনা উচচবলদগী মশাগী য়ুমদা লৈবা গ্রহশিংনা পাঙ্গল কনবা হেল্লি, পরাশরনা হায়বনা উচচবল অমসুং মশাগী য়ুমদা লৈবদগী বর্গবলনা কনবা হেল্লি।

মুলত্রিকোনস্থান : রবিগী মুলত্রিকোন মফমদি সিংহ রাশিগী ডিগ্রী১° দগী ২০° ফাওবনি। চন্দ্রগীনা বৃষ রাশিগী ৪° দগী ডিগ্রী ৩০° ফাওবনি। মঙ্গলগীনা মেষগী ১° দগী ডিগ্রী ২০° ফাওবনি।

কন্যা রাশিগী ডিগ্রী ১৬° তগী ডিগ্রী ২৫° ফাওবা বুধগী মূলত্রি-কোনস্থাননি। বৃহস্পতিগী ধনুগী ডিগ্রী ১° দগী ১০° ফাওবনি। শুক্রগীনা তুলাগী ডিগ্রী ১° দগী ১৫° ফাওবনি। শনিগী মূলত্রি-কোনস্থান্না কুম্ভ রাশিগী ডিগ্রী ১° দগী ২০° ফাওবনি। রাহুগী মূলত্রিকোনস্থান্না কুম্ভনি, মযুম্না কন্যা রাশিনি। কেতুগী মূলত্রি-কোনস্থান্না সিংহ রাশিনি, মযুম্না মীন রাশিনি।

মূলত্রিকোনস্থানদা লৈবা গ্রহশিংগী পাঙ্গল কলা ৪৫ নি। খ্বাইদগী উচচ ওইবনা কলা ৬০ নি। মরম অসিনা পাঙ্গল কনবা ছরাওবা গ্রহ ওই। অসিগুম্বা গ্রহগী দশা মতাংদা নুংঙাই য়াইফবা ফল ফংই।

## গ্রহশিংগী বর্গ লৈনবা

গ্রহশিংগী রাশি খুদিংদা মশাগী ওইবা ডিগ্রী খর লৈ মতুদা লৈবা গ্রহশিংনা মশাগী শক্তি উৎলি মতুবু বর্গবল কৌই। ক্ষেত্র, হোরা, দ্রেক্কান, নবাংশ, দ্বাদশাংশ, ত্রিংশাংশ অসিনচিংবা অসিবু ষড়বর্গ হায়বদি বর্গ তরুক কৌই। গ্রহ খুদিংমক বর্গ তরুক্কী মনুংদা মশাগী ওইবা বর্গ অহুম ফংলগা কেন্দ্র-কোন্দা লৈরবদি অমসুং বর্গবল ফংবা গ্রহ অদু কেন্দ্রকোনপতিশু ওইরবদি মহৈ অফবা নিংথিজনা ফংই। কোষ্ঠী অমা নৈনবদা বর্গবলগী মরমদা শোইদনা নৈনগদবনি।

গ্রহশিংগী মশাগী য়ুম: নুমিৎকী য়ুম সিংহ রাশি, থাজগী য়ুম কর্কট রাশি, লৈপাকপোকপগী য়ুম মেষ অমসুং বৃশ্চিক রাশি, য়ুমশকৈশগী য়ুম মিথুন অমসুং কন্যা রাশি, শগোলশেনগী য়ুম ধনু অমসুং মীন রাশি, ইরাইগী য়ুম বৃষ অমসুং তুলা রাশি, থাংজগী য়ুম মকর অমসুং কুম্ভ রাশি মশা মশাগী য়ুমনি। মশাগী য়ুমদা লৈবা গ্রহ পাঙ্গল কল্লি অমসুং অফবা মহৈ পিনৈ।

হোরা মপু : হোরা—অহোরাত্রি-অহিং-নুংথিল হায়বগী অশম্বা রাহৈনি। ত্রিংশাংশ রাশি হায়বদি ডিগ্রী ৩০° না ওইবা রাশি খুদিংগী রাশি তংখাই হায়বদি ডিগ্রী ১৫° বু হোরা অমা কৌই। মরম অসিনা রাশি খুদিংদা হোরা অনি-অনি লৈ। মেষনচিংবা বিষম রাশি ৬ কী অহানবা হোরামপু রবিনা ওই; অনিস্নবা হোরা মপুনা চন্দ্রনা ওই। বৃষনচিংবা সমরাশি ৬ কী অহানবা হোরা মপুনা চন্দ্রনি, অনিস্নবা হোরা মপুনা রবিনি। পরাশর সংহিতাগী মতুং ইন্না রবি হোরাগী অধিস্থাতি দেবতানা দেবগননি, অমসুং চন্দ্র হোরাগী অধিষ্ঠাতি দেবতানা পিতৃগননি। রবি হোরাদা পোকপা মীওইদি মতিক-ময়াই লৈ অমদি লাইনা চানবা অমা লৈ। চন্দ্রহোরাদা পোকপনা য়াম্না থোং মেংই। গুরু কৃপা অমদি অহল-লমনগী থৌজাল ফংই।

দ্রেক্কান মপু : রাশি খুদিংগী শরুক অহুমগী অমা হায়বদি ডিগ্রী ১০° বু দ্রেক্কান কৌই। রাশি ১২ গী অপুনবা দ্রেক্কান মশিং ৩৬ নি। দ্রেক্কানপতি মথাগী অসুম্না পুথোক্কনি :—রাশি খুদিংগী অহানবা দ্রেক্কান মপু রাশি মপুনা ওইগনি। রাশি অতুগী মঙাস্নবা রাশি মপুনা অনিস্নবা দ্রেক্কান মপু অমসুং মাপলস্নবা রাশিমপুনা অহুমস্নবা দ্রেক্কানমপু ওইগনি। দ্রেক্কানপতিনা নুপা খংনবা গ্রহ ওইরগনা পোকপা অঙাং নুপা ওইগনি অমসুং নুপী খংনবা গ্রহ ওইরগনা নুপী ওইগনি। তৌইগুম্বমুং পাঙ্গল কনবা গ্রহগী যোগ লেরবদি মথকমথা ওন্নবসু য়াওই। হুরানবগী মরম ওইরগনা দ্রেক্কান-পতিগী মতুংইন্না মীওই মিতৌ ফিভম লেপকনি।

নবাংশ মপু : ডিগ্রী ৩০° না ওইবা রাশি খুদিংগী ৯ থোকপগী ৩ হায়বদি ৩০° $\div$ ৯ = ৩° ২০ অংশ ৩ কলা ২০° বু নবাংশ হায়না কৌই। রাশি ১২ গী অপুনবা নবাংশ মশিং ১০৮ (চামসুপনা নিপালনি ) নি। মথাদা পিরিবা নিয়ম গী মতুংইন্না নবাংশ পুথোক্কনি :—

মেষ, সিংহ, ধনু রাশি অহুমসিগী নবাংশমপু মেষরাশিদগী হৌরগা ধনু রাশি ফাওবগী রাশি মপু ওইগনি।

বৃষ, কন্যা, মকর রাশিশিংগী নবাংশ মপু বৃষ বাশিদগী হৌরগা মকর ফাওবগী রাশি মপুনা ওইগনি। তুলা, কুম্ভ, মিথুনগী নবাংশ মপু তুলাদগী মিথুন রাশি ফাওবগী রাশি মপুনা ওইগনি। কর্কট বৃশ্চিক, মীন রাশিশিংগী নবাংশ মপু কর্কটতগী মীন ফাওবগী রাশি মপুনা ওইগনি। রাশি খুদিংগী মশাগী নবাংশপু বর্গোত্তম নবাংশ কৌই। ঋষি পরাশর, জৈমিনীনচিংবা মুনিশিংনা নবাংশতগী যোগ মথল কয়া পুথোকই।

## নবাংশাধিপতি চক্র

| নবাংশ মশিং | অংশ | মেষ, সিংহ, ধনু | বৃষ, কন্যা মকর | মিথুন, তুলা কুম্ভ | কর্কট, বৃশ্চিক মীন |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ৩/২০ | মঙ্গল | শনি | শুক্র | চন্দ্র |
| ২ | ৬/৪০ | শুক্র | শনি | মঙ্গল | রবি |
| ৩ | ১০/০ | বুধ | গুরু | গুরু | বুধ |
| ৪ | ১৩/২০ | চন্দ্র | মঙ্গল | শনি | শুক্র |
| ৫ | ১৬/৪০ | রবি | শুক্র | শনি | মঙ্গল |
| ৬ | ২০/০ | বুধ | বুধ | গুরু | গুরু |
| ৭ | ২৩/২০ | শুক্র | চন্দ্র | মঙ্গল | শনি |
| ৮ | ২৬/৪০ | মঙ্গল | রবি | শুক্র | শনি |
| ৯ | ৩০/০ | গুরু | বুধ | বুধ | গুরু |

দ্বাদশাংশাধিপ : রাশি খুদিংগী ডিগ্রী ৩০° গী ১২ থোকপগী অমবু হায়বদি ডিগ্রী ২½° বু দ্বাদশাংশ কৌই। রাশি ১২ গী দ্বাদশাংশ অপুনবা মশিং ১৪৪ নি। মথাদা পিরিবা দাতা অসিনা লাইনা থংবা ঙমগনি।

## দ্বাদশাংশাধিপতি

| মশিং | অংশ | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন | অংশ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ২।৩০ | ম | শু | বু | চ | র | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ২।৩০ |
| ২ | ৫ ০ | শু | বু | চ | র | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | ৫ ০ |
| ৩ | ৭।৩০ | বু | চ | র | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | ৭ ৩০ |
| ৪ | ১০।০ | চ | র | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | ১০ ০ |
| ৫ | ১২।৩০ | র | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | চ | ১২।৩০ |
| ৬ | ১৫।০ | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | চ | র | ১৫।০ |
| ৭ | ১৭।৩০ | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | চ | র | বু | ১৭।৩০ |
| ৮ | ২০ ০ | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | চ | র | বু | শু | ২০।০ |
| ৯ | ২২ ৩০ | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | চ | র | বু | শু | ম | ২২.৩০ |
| ১০ | ২৫ ০ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | চ | র | বু | শু | ম | বৃ | ২৫।০ |
| ১১ | ২৭ ৩০ | শ | বৃ | ম | শু | বু | চ | র | বু | শু | ম | বৃ | শ | ২৭।৩০ |
| ১২ | ১২।৩০ | বৃ | ম | শু | বু | চ | র | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | ১২ ৩০ |

ত্রিংশাংশাধিপ : রাশি খুদিংগী কুন্থ্রা থোকপগী শরুক অমবু ত্রিংশাংশ কৌই। মেষ, মিথুন, সিংহ, তুলা, ধনু, অমসুং কুম্ভ বিষম রাশি তরুক্কী অংশ ( ডিগ্রী ) ১ দগী অংশ ৫ ফাওবগী মপূ মঙ্গলনি ; অংশ ৬ তগী ১০ ফাওবগী মপুনা শনিনি ; অংশ ১১ দগী ১৮ ফাওবগী ত্রিংশাংশ মপুনা বৃহস্পতিনি ; অংশ ১৯ দগী ২৫ ফাওবগী মপূনা বুধনি অমসুং অংশ ২৬ তগী ৩০ ফাওবগী ত্রিংশাংশ মপুনা শুক্রনি।

বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক, মকর, অমসুং মীন সম রাশি ৬কী ত্রিংশাংশ মপুনা অংশ ১ দগী ৫ ফাওবগী মপুনা শুক্রনি; ৬ তগী অংশ ১২ ফাওবগী মপুনা বুধনি; অংশ ১৩ দগী অংশ ২০ ফাওবগী মপুনা বৃহস্পতিনি; অংশ ২১ দগী ২৫ ফাওবগী মপুনা শনিনি অমসুং অংশ ২৬ তগী অংশ ৩০ ফাওবগী সম ত্রিংশাংশপতিনা মঙ্গলনি।

পোকপা মতমদা রবিনা অদুগুম্বা গ্রহগী ত্রিংশাংশগী অংশ মঙ্গলদা লৈ—মী অদুগী মগুণ গ্রহ অদুনা পিবা সত্ব, রজ, তম গুণগী মতুং ইল্লি।

## বিষমত্রিংশাংশাধিপ চক্র

| যোগ অংশ | ভোগ্য-অংশ | মেষ | মিথুন | সিংহ | তুলা | ধনু | কুম্ভ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৫° | ৫° | ম | ম | ম | ম | ম | ম |
| ১০° | ৫° | শ | শ | শ | শ | শ | শ |
| ১৮° | ৮° | বৃ | বৃ | বৃ | বৃ | বৃ | বৃ |
| ২৫° | ৭° | বু | বু | বু | বু | বু | বু |
| ৩০° | ৫° | শু | শু | শু | শু | শু | শু |

## সম ত্রিংশাংশাধিপ চক্র

| যোগ অংশ | ভোগ্য অংশ | বৃষ | কর্কট | কন্যা | বৃশ্চিক | মকর | মীন |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৫° | ৫° | শু | শু | শু | শু | শু | শু |
| ১২° | ৭° | বু | বু | বু | বু | বু | বু |
| ২০° | ৮° | বৃ | বৃ | বৃ | বৃ | বৃ | বৃ |
| ২৫° | ৫° | শ | শ | শ | শ | শ | শ |
| ৩০° | ৫° | ম | ম | ম | ম | ম | ম |

সপ্তাংশাধিপতি : মেষনচিংবা বিষম রাশি ৬কী রাশি মপুদগী মশিং থিবা হৌগনি অমসুং বৃষনচিংবা সমরাশিনা মশা-মশাগী ৭ সুবা য়ুম্বদগী থিরগা সপ্তাংশাধিপতি পুথোক্কনি। হেন্না নাথৈ শেংনবা মখাদা চক্র উৎলি :

সপ্তাংশাধিপ-চক্র

| মশিং | অংশ শরুক | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ৪।১৭.৮।৩৪ | ম | ম | বু | শ | র | বৃ | শু | শু | বৃ | চ | শ | বৃ |
| ২ | ৮.৩৪।১৭।৮ | শু | বৃ | চ | শ | বু | ম | ম | বু | শ | র | বৃ | শু |
| ৩ | ১২।৫১.২৫।৫২ | বু | শ | র | বৃ | শু | শু | বৃ | চ | শ | বু | ম | ম |
| ৪ | ১৭।৮।৩৪।১৬ | চ | শ | বু | ম | ম | বু | শ | র | বৃ | শু | শু | বৃ |
| ৫ | ২১ ২৫।৪২ ৫০ | র | বৃ | শু | শু | বৃ | চ | শ | বু | ম | ম | বু | শ |
| ৬ | ২৫।৪২।৫১।২৪ | বু | ম | ম | বু | শ | র | বৃ | শু | শু | বৃ | চ | শ |
| ৭ | ২৯।৫৯ ৫৯ ৫৮ | শু | শু | বৃ | চ | শ | বু | ম | ম | বু | শ | র | বৃ |

তুর্য়াংশাধিপ চক্র : দশবর্গ পুথোকপা তারবদি তুর্য়াংশ অমসুং দশাংশাধিপসু পুথোকপা তায়! মখাদা পিরিবা নিয়ম অসিগী মতুং ইন্না তুর্য়াংশাধিপ পুথোক্কনি : ডিগ্রী ৩০° না শাবা রাশিগী মরি থোকপগী অমা হায়বদি তুর্য়াংশ অমদা ডিগ্রী ৭½ (অংশ ৭ কলা ৩০) নি। রাশি অমগী তুর্য়াংশ পুথোকপা তারবদি রাশি অদুগী মপুনা অহানবা তুর্য়াংশ মপু ওইগনি· মদুগী মরি, তরেৎ, তরা রাশি মপুশিংনা অনি, অহুম অমসুং মরিসুবা তুর্য়াংশগী মপু ওইগনি।

## তুর্য়াংশাধিপ চক্র

| মথং মনাগু | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন | অংশ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| অহানবা | ম | শু | বু | চ | র | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ৭.৩০ |
| অনিসুবা | চ | র | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | ১৫.০০ |
| অহুমসুবা | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | চ | র | বু | ২২.৩০ |
| মরিসুবা | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | চ | র | বু | শু | ম | বৃ | ৩০° |

পরাশরীয় দশাংশাধিপ : মেষ, মিথুননচিংবা বিষম রাশিশিংনা মশা–মশাগী রাশি মপুদগী থিবা হৌগনি অমসুং বৃষ কর্কটনচিংবা সম রাশিশিংনা মশা-মশাগী রাশি মপুগী মাপলসুবা রাশি মপুদগী থিবা হৌগনি। মথানা চক্র উংলি।

## দশাংশ মপুগী চক্র

| মশিং | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন | অংশ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ম | শ | বু | বৃ | র | শু | শু | চ | বৃ | বু | শ | ম | ৩° |
| ২ | শু | শ | চ | ম | বু | বু | ম | র | শ | শু | বৃ | বৃ | ৬° |
| ৩ | বু | বৃ | র | শু | শু | চ | বৃ | বু | শ | ম | ম | শ | ৯° |
| ৪ | চ | ম | বু | বৃ | ম | র | শ | শু | বৃ | বৃ | শু | শ | ১২° |

| মশিং | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন | অংশ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৫ | র | শু | শু | চ | বৃ | বু | শ | ম | ম | শ | বু | বৃ | ১৫° |
| ৬ | বু | বু | ম | র | শ | শু | বৃ | বৃ | শু | শ | চ | ম | ১৮° |
| ৭ | শু | চ | বৃ | বু | শ | ম | ম | শ | বু | বৃ | র | শু | ২১° |
| ৮ | ম | র | শ | শু | বৃ | বৃ | শু | শ | চ | ম | বু | বু | ২৪° |
| ৯ | বৃ | বু | শ | ম | ম | শ | বু | বৃ | র | শু | শু | চ | ২৭° |
| ১০ | শ | শু | বৃ | বৃ | শু | শ | চ | ম | বু | বু | ম | র | ৩০° |

**দশবর্গ :** গ্রহশিংনা মশাগী য়ুম, মশাগী হোরা, মশাগী দ্রেক্কান, মশাগী নবাংশ, মশাগী দ্বাদশাংশ, মশাগী ত্রিংশাংশ অমসুং মশাগী সপ্তাংশনচিংবদা লৈরগা বর্গ তরেৎকী পাঙ্গল ফংবগা লোইননা মশাগী উচ্চরাশিদা লৈবা নত্রগা মূলত্রিকোন মফমদা লৈবা অমসুং কেন্দ্র-কোনদা লৈরবদি অমসুং শুভ গ্রহনা দৃষ্টি তৌরবদি অতুগুম্বা গ্রহ লৈরগা বর্গ তরাগী পাঙ্গল ফংবা গ্রহ কৌই। বর্গ তরেৎ ফংবা গ্রহনা মশাগী তুর্য্যাংশ অমসুং মশাগী দশাংশদা অতু মরুপ অমসুং চান্নবা মরুপকী য়ুমদা লৈরবদি অতুগুম্বা গ্রহ অদুবুসু বর্গ তরা ফংবা গ্রহ কৌই। বর্গ তরা ফংবা গ্রহদি চুংথাই-য়াইফবা পিবা গ্রহ ওই।

বর্গ অনি ফংবা গ্রহবু পারিজাৎ বর্গদা লৈবা গ্রহ কৌই। বর্গ অহুম ফংবা গ্রহনা উত্তম বর্গ, বর্গ মরি ফংবনা গোপুর বর্গ, বর্গ মঙা ফংবনা সিংহাসন বর্গ, বর্গ তরুক ফংবনা পারাবত বর্গ, বর্গ তরেৎ ফংবনা দেবলোক বর্গ, বর্গ নিপাল ফংবনা ঐরাবত বর্গ নত্রগা শক্রবাহন বর্গ কৌই। বর্গ তরা ফংবনা শ্রীধাম বর্গ কৌই। বর্গগী মিংগী মতুং ইন্না ফলগী কল্পনা তৌবিয়ু।

অঙাং অমনা পোকপা মতমদা গ্রহ অনি, অহুম নত্রগা গ্রহ মরি কেন্দ্র কোন মরি লৈনরগা রাজযোগ বিপা গ্রহ ওইরবা অমসুং গ্রহশিং অহুগী মনুংদা গ্রহ অনি নত্রগা ৩ মশাগী বর্গদা লৈরবদি মহুনা রাজযোগ তাবগী মগুন লেপকনি। গ্রহনা অস্তগত ওইবা, পরাজিত, নীচস্থ পাঙ্গলথাওদবা অমসুং শয়ন্নচিংবা ফিভমদা লৈবা অমসুং তরুক, নিপাল, তরানিথোই সুবা যুমদা লৈবা ওইরবদি গ্রহশিংনা বর্গোত্তম ফংলবসু কান্নদে বর্গগী ফল অরেম্বদা মাংই।

রাজযোগ কী ফিভমদা লৈবা গ্রহ মরি নত্রগা মঙানা মশাগী বর্গ অহুম ফংহুনা কেন্দ্র কোনদা লৈরবদি অহুগুম্বা মী মহাক অত্ত বিদ্যা, লন, পুকৈ-লনগৈ, জীপ-কাব, মিংচৎ অমসুং খ্বাইদগী থাংবা ফমনচিংবা ফংই। রাজযোগ পিবা গ্রহ অনি নত্রগা অহুম্না মশাগী বর্গদা কেন্দ্র কোনদা লৈরবদি নিংথৌগুমই, অচৌবা ফমনাইবা ওই মিনাই মিশন্না থৌগন তৌই, মমিং চৎপা মীওই অমা ওইবা ঙম্মী লাইপক য়াম্না ফবা মী অমা ওইবা ঙম্মী। রাজযোগ পিবা গ্রহ ওইদ্রবসু গ্রহ অমা অনিনা কেন্দ্র-কোনদা মশাগী বর্গদা লৈরবদি গ্রহ মশা মশাগী দশা মতাংদা অফবা-য়াইফবা মহৈ ফংহল্লি। রাজযোগ কী মতাং নৈনবদা গ্রহশিংগী বর্গ নৈনবা য়াম্না মথৌ লৈ।

বর্গকুণ্ডলী চক্র ফল :— লগ্নকুণ্ডলীদা হকচাংগী অফ-ফত্ত নৈনগনি, হোরাকুণ্ডলীদা লন-থুমগী মরমদা নৈনগনি। দ্রেক্কানকুণ্ডলী চক্রদা— ইচিন-ইনাওগী মরমদা নৈনবগা লোইননা মথোইনা মরম ওইহুনা চাওখৎপগী মরমদা নৈনগনি। তুর্য়াংশকুণ্ডলী চক্রদগী লাইপক ফবা চাওখৎপা চাওখৎতবগী মরমদা নৈনগনি। দশাংশকুণ্ডলী চক্রদা থবকীমরম, পুকৈ-লনগৈ, য়ুম-কৈ, লৌরি-য়ুফম থন্নগনি। দ্বাদশাংশকুণ্ডলীদগী ইমা-ইপাগী মপান্না মুঙাইব, অমসুং ত্রিংশাংশকুণ্ডলীদগী শিবগী মরমদা অফ-ফত্ত নৈনগনি।

ষষ্ট্যাংশ বর্গ :— ঋষি পরাশরগী ষষ্ট্যাংশ মখাদা উৎলি :—

রাশি খুদিংগী ৬০ থোকপগী অমাবু ষষ্ট্যাংশ কৌই। অংশ অমদা ষষ্ট্যাংশ অনি অনি লৈ' কলা ৩০ না ষষ্ট্যাংশ অমনি। বিষম রাশি অমসুং সমরাশিগী ষষ্ট্যাংশ ফল তোঙাল-তোংঙাললি মরম অদুনা বিষমগী, সমগী ফল তোঙাল-তোঙন্না মখাদা উৎলি। খুদম য়াওবশিং অসি ফত্তবা মহৈ পিবা খংনগনি, খুদম য়াওদবনা অফবনি। মিংগী মতুং ইন্না ফল লৌগনি। গ্রহ'শিংনা অফবা ষষ্ট্যাংশদা লৈরবদি অফবা মহৈ ফংহল্লি, ফত্তবদা লৈরগনা ফত্তবা মহৈ পিগল্লি।

বিষম — ষষ্ট্যাংশ — বর্গ

| মশিং | বিষম ষষ্ট্যাংশ মমিং | অংশ | কলা |
|---|---|---|---|
| ১ | ঘোর ★ | ০ | ৩০ |
| ২ | রাক্ষশ ★ | ১ | ০ |
| ৩ | দেব | ১ | ৩০ |
| ৪ | কুবের | ২ | ০ |
| ৫ | য়ক্ষ | ২ | ৩০ |
| ৬ | কিন্নব | ৩ | ০ |
| ৭ | ভ্রষ্ট ★ | ৩ | ৩০ |
| ৮ | কুলঘ্ন ★ | ৪ | ০ |
| ৯ | গরল ★ | ৪ | ৩০ |
| ১০ | অগ্নি ★ | ৫ | ০ |
| ১১ | মাযা | ৫ | ৩০ |
| ১২ | পুরীষ ★ | ৬ | ০ |
| ১৩ | অপাম্পতি | ৬ | ৩০ |
| ১৪ | মরুত্বান | ৭ | ০ |
| ১৫ | কাল ★ | ৭ | ৩০ |
| ১৬ | অহি ☆ | ৮ | ০ |

| মশিং | বিষম ষষ্ঠাংশ মমিং | অংশ | কলা |
|---|---|---|---|
| ১৭ | অমৃত | ৮ | ৩০ |
| ১৮ | চন্দ্র | ৯ | ০ |
| ১৯ | মৃত্যু | ৯ | ৩০ |
| ২০ | কোমল | ১০ | ০ |
| ২১ | হেরম্বা | ১০ | ৩০ |
| ২২ | ব্রহ্মা | ১১ | ০ |
| ২৩ | বিষ্ণু | ১১ | ৩০ |
| ২৪ | মহেশ্বর | ১২ | ০ |
| ২৫ | দেব | ১২ | ৩০ |
| ২৬ | আর্দ্রা★ | ১৩ | ০ |
| ২৭ | কলিনাশ | ১৩ | ৩০ |
| ২৮ | ক্ষিতিশ্বর | ১৪ | ০ |
| ২৯ | কমলাকার | ১৪ | ৩০ |
| ৩০ | গুলিক★ | ১৫ | ০ |
| ৩১ | মৃত্যু★ | ১৫ | ৩০ |
| ৩২ | কাল★ | ১৬ | ০ |
| ৩৩ | দবাগ্নি★ | ১৬ | ৩০ |
| ৩৪ | ঘোরাগ্নি★ | ১৭ | ০ |
| ৩৫ | যম★ | ১৭ | ৩০ |
| ৩৬ | কন্টক★ | ১৮ | ০ |
| ৩৭ | সুধা | ১৮ | ৩০ |
| ৩৮ | অমৃত | ১৯ | ০ |
| ৩৯ | পুর্ণচন্দ্র | ১৯ | ৩০ |
| ৪০ | বিষদগ্ধ★ | ২০ | ০ |
| ৪১ | কুলান্তক★ | ২০ | ৩০ |
| ৪২ | বংশক্ষয়★ | ২১ | ০ |

| অংশিং | বিষম ষষ্ট্যাংশ মসিং | অংশ | কলা |
|---|---|---|---|
| ৪৩ | উৎপাত★ | ২১ | ৩০ |
| ৪৪ | কালরূপ★ | ২২ | ০ |
| ৪৫ | সৌমা | ২২ | ৩০ |
| ৪৬ | কোমল | ২৩ | ০ |
| ৪৭ | শীতল | ২৩ | ৩০ |
| ৪৮ | করালদংষ্ট্র★ | ২৪ | ০ |
| ৪৯ | ইন্দুমুখ | ২৪ | ৩০ |
| ৫০ | প্রবীন | ২৫ | ০ |
| ৫১ | কালপাবক★ | ২৫ | ৩০ |
| ৫২ | দণ্ডায়ুদ্ধ★ | ২৬ | ০ |
| ৫৩ | নির্মল | ২৬ | ৩০ |
| ৫৪ | সৌম্য | ২৭ | ০ |
| ৫৫ | ক্রূর★ | ২৭ | ৩০ |
| ৫৬ | অতিশীতল | ২৮ | ০ |
| ৫৭ | অমৃত | ২৮ | ৩০ |
| ৫৮ | পয়োধি | ২৯ | ০ |
| ৫৯ | ভ্রমন | ২৯ | ৩০ |
| ৬০ | ইন্দুরেখা | ৩০ | ০ |



## সম-ষষ্ঠ্যাং-বর্গ

| মশিং | সম ষষ্ঠ্যাংশ মমিং | অংশ | কলা |
|---|---|---|---|
| ১ | ইন্দুরেখা | ০ | ৩০ |
| ২ | ভ্রমন | ১ | ০ |
| ৩ | পয়োধি | ১ | ৩০ |
| ৪ | অমৃত | ২ | ০ |
| ৫ | অতিশীতল | ২ | ৩০ |
| ৬ | ক্রুর★ | ৩ | ০ |
| ৭ | সৌম্য | ৩ | ৩০ |
| ৮ | নির্মল | ৪ | ০ |
| ৯ | দণ্ডায়ুধ★ | ৪ | ৩০ |
| ১০ | কালপাবক★ | ৫ | ০ |
| ১১ | প্রবীন | ৫ | ৩০ |
| ১২ | ইন্দুমুখ | ৬ | ০ |
| ১৩ | করালদংষ্ট্র | ৬ | ৩০ |
| ১৪ | শীতল | ৭ | ০ |
| ১৫ | কোমল | ৭ | ৩০ |
| ১৬ | সৌম্য | ৮ | ০ |
| ১৭ | কাল★ | ৮ | ৩০ |
| ১৮ | উৎপাত★ | ৯ | ০ |
| ১৯ | বংশক্ষয়★ | ৯ | ৩০ |
| ২০ | কুলান্তক★ | ১০ | ০ |
| ২১ | বিষদগ্ধ★ | ১০ | ৩০ |
| ২২ | পুর্ন চন্দ্র | ১১ | ০ |
| ২৩ | অমৃত | ১১ | ৩০ |
| ২৪ | সুধা | ১২ | ০ |
| ২৫ | কণ্টক★ | ১২ | ৩০ |

| অংশ | সম ষষ্ট্যাংশ মন্নিং | অংশ | কলা |
|---|---|---|---|
| ২৬ | যম★ | ১৩ | ০ |
| ২৭ | ঘোরাগ্নি★ | ১৩ | ৩০ |
| ২৮ | দাবাগ্নি★ | ১৪ | ০ |
| ২৯ | কাল★ | ১৪ | ৩০ |
| ৩০ | মৃত্যু★ | ১৫ | ০ |
| ৩১ | গুলিক★ | ১৫ | ৩০ |
| ৩২ | কমলাকর | ১৬ | ০ |
| ৩৩ | ক্ষিতিশ্বর | ১৬ | ৩০ |
| ৩৪ | কলিনাশ | ১৭ | ০ |
| ৩৫ | আদ্রা★ | ১৭ | ৩০ |
| ৩৬ | দেব | ১৮ | ০ |
| ৩৭ | মহেশ্বর | ১৮ | ৩০ |
| ৩৮ | বিষ্ণু | ১৯ | ০ |
| ৩৯ | ব্রহ্মা | ১৯ | ৩০ |
| ৪০ | হেরম্ব | ২০ | ০ |
| ৪১ | কোমল | ২০ | ৩০ |
| ৪২ | মৃদু | ২১ | ০ |
| ৪৩ | চন্দ্র | ২১ | ৩০ |
| ৪৪ | অমৃত | ২২ | ০ |
| ৪৫ | আহু★ | ২২ | ৩০ |
| ৪৬ | কাল★ | ২৩ | ০ |
| ৪৭ | মরুস্থান | ২৩ | ৩০ |
| ৪৮ | অপাম্পতি | ২৪ | ০ |
| ৪৯ | পুরীষ★ | ২৪ | ৩০ |
| ৫০ | মায়া | ২৫ | ০ |

| মশিং | সম ষষ্ট্যাংশ মম্মিং | অংশ | কলা |
|---|---|---|---|
| ৫১ | অগ্নি★ | ২৫ | ৩০ |
| ৫২ | গরল★ | ২৬ | ০ |
| ৫৩ | কুলগ্ন★ | ২৬ | ৩০ |
| ৫৪ | ভ্রষ্ট★ | ২৭ | ০ |
| ৫৫ | কিন্নর | ২৭ | ৩০ |
| ৫৬ | যক্ষ | ২৮ | ০ |
| ৫৭ | কুবের | ২৮ | ৩০ |
| ৫৮ | দেব | ২৯ | ০ |
| ৫৯ | রাক্ষস★ | ২৯ | ৩০ |
| ৬০ | ঘোর★ | ৩০ | ০ |

## গ্রহশিংগী পাঙ্গল লেপ্পা

গ্রহশিংনা মশাগী উচ্চস্থান্দা লৈবা, মুলত্রিকোন, মশাগী যুম, মরুপকী যুম, মশাগী হোরা, মশাগী দ্রেক্কান, মশাগী নবাংশ, মশাগী ত্রিংশাংশ অমসুং মশাগী সপ্তাংশদা লৈরবদি মফম অদুগী পাঙ্গলনা মবম ওইদুনা পাঙ্গল কনবা গ্রহ অমা ওই। খ্বাইদগী উচ্চস্থান্দা লৈবা গ্রহগী পাঙ্গল কলা ৬০ নি, মুলত্রিকোন্দা লৈবনা কলা ৪৫, মশাগী যুমদা লৈবনা কলা ৩০, য়াম্না চান্নবা মরুপকী যুমদা লৈবনা কলা ২২ বিকলা ৩০, মরুপকী যুমদা লৈবা গ্রহগী পাঙ্গলনা কলা ১৫, সমগ্রহদা লৈবনা কলা ৭ বিকলা ৩০, য়েক্কবগী যুমদা লৈবনা কলা ৩ বিকলা ৪৫, থিনা য়েক্কবগী যুমদা লৈবা গ্রহগী পাঙ্গল কলা ১ বিকলা ৫২ অনুকলা ৩০ অমসুং খ্বাইদগী নীচস্থান্দা লৈবা গ্রহগী পাঙ্গল ০ নি। পরাশরসংহিতা জ্যোতির্নিবন,ধনচিংবা লাইরিকশিংগী মতুং ইন্না খ্বাইদগী উচ্চদা লৈবা গ্রহগী ফল কেন্দ্র-কোন্দা লৈরবদি মপুং ফানা ফৈ, মুলত্রিকোন্দা লৈবনা শরুক ৪ গী ৩ অফবা মহৈ ফংই,

মশাগী যুমদা লৈবা গ্রহগী ফলনা তংখাই ফংই, মরুপকী য়ুমদা লৈবগী ফলনা শরুক ৪ গী অমা ফংই, সমগৃহদা লৈবনা মগুং অনি ফংই। নীচ ওইবা অমদি য়েক্কুবগী য়ুমদা লৈবা গ্রহগী ফল লৈতে • নি হায়বদি ফত্তবা-অমাংবা ফল পিগন্নি।

খোইদোকপা মফমদা লৈবা গ্রহ ফল: শুক্র অমসুং চন্দ্র সম রাশি অমসুং সম নবাংশতা লৈরবদি কলা ১৫ পাঙ্গল কল্লি। রবি, মঙ্গল, বুধ, বৃহস্পতি, শনি বিষম রাশি অমসুং বিষম নবাংশতা লৈরবদি কলা ১৫ গী পাঙ্গল লৈ।

নুপী খংনবা গ্রহ শুক্র অমসুং চন্দ্র রাশিশিংগী অরোই-অরোইবা দ্রেক্কানদা লৈরবদি কলা ১৫ গী পাঙ্গল লৈ। নুপা খংনবা গ্রহ— রবি, মঙ্গল, বৃহস্পতি অহানবা দ্রেক্কান্দা কলা ১৫ গী পাঙ্গল লৈ; নপুংসক খংনবা গ্রহ বুধ অমসুং শনি অনিশুবা দ্রেক্কান্দা কলা ১৫ গী পাঙ্গল লৈ।

কেন্দ্রদা লৈবা গ্রহ-পাঙ্গল কলা ৬০: পনফরদা লৈবনা কলা ৩০; অমসুং আপোক্লিমদা লৈবনা কলা ১৫ গী পাঙ্গল লৈ।

দিগ্বলী গ্রহ: বৃহস্পতি অমসুং বুধনা লগ্নদা লৈরবদি নোংপোক মাইগৈদা মপুংফানা পাঙ্গল কল্লি; রবি অমসুং মঙ্গলনা তরাশুবা য়ুমদা লৈরবদি মখা মাইগৈদা পাঙ্গল কল্লি। শনি লগ্নদগী থিবদা তরেৎশুবা য়ুমদা লৈরবদি নোংচুপ মাইগৈদা কল্লি। শুক্র অমসুং চন্দ্রনা লগ্নদগী মরিশুবা য়ুমদা লৈরবদি অবাং মাইগৈদা কল্লি। দিগ্বলগী চাং কলা ৬০ নি।

কাল-বল: রবি অমসুং মঙ্গলনা কালেন থাদা পাঙ্গল কল্লি, চন্দ্রনা নোংজু থাদা পাঙ্গল হেন্না কল্লি; বুধনা শরদ ঋতু হায়বদি মেরা থাদা পাঙ্গল হেল্লি, বৃহস্পতিনা হেমন্ত ঋতুদা পাঙ্গল হেল্লি; শনিনা নিংথমথাদা কনবা হেল্লি অমসুং শুক্রনা বসন্ত ঋতুদা পাঙ্গল হেন্না লৈ। কালবলগী চাং কলা ১৫ নি।

দিবা-রাত্রি-বল : চন্দ্র, মঙ্গল, শনি অহিংদা পাঙ্গল হেল্লি ; রবি, বৃহস্পতি, শুক্র অয়ুক-নুংথিল কনবা হেল্লি ; বুধ অহিং-নুংথিল চপ মান্নবা কল্লি। মহৌশাগী ওইনা ফবা গ্রহশিংনা থা পানখৎলকপদা পাঙ্গল হেল্লি ; মহৌশাগী ওইবা পাপ গ্রহশিংনা শিরমদাইদ। পাঙ্গল হেল্লি।

চন্দ্রবল : পানখৎলকপা নোংমা পানবদগী তরানি পানবা ফাওবা য়াইমারপ ওইনা কল্লি, পানখৎলকপা ১১ নি পানবদগী ২০ নি পানবা ফাওবা মপুংফানা পাঙ্গল লৈ। ২১ নি পানবদগী থাশি ফাওবা পাঙ্গল শোল্লি। চন্দ্রদি শুভ গ্রহগা লৈমিন্নরবদি মতমলৈবথিবক্তা পাঙ্গল কল্লি।

চেষ্টাবল : রবি অমসুং চন্দ্রনা উত্তরায়নদা মপাঙ্গল কল্লি, মঙ্গল, বুধ, বৃহস্পতি, শুক্র অমসুং শনি বক্রগী মতমদা, চন্দ্রনা অতোপ্পা গ্রহ অমগা যোগ ওইবা মতমদা, উচ্চদা লৈবা মতম অমসুং গ্রহযুদ্ধদা মাই পাকপা মতমদা গ্রহশিংদা চেষ্টাবল লৈ।

গ্রহশিংগী নিসর্গবল : রবিগী পুর্ণবল কলা ৬০, চন্দ্রগী কলা ৫১, মঙ্গলগী কলা ১৭, বুধগী কলা ২৬, বৃহস্পতিগী কলা ৪৩, শুক্রগী কলা ৪৩ অমসুং শনিগী কলা ৯ নি।

পাঙ্গল লৈবা গ্রহ : খোরকপা, মশাগী য়ুমদা লৈবা, মরুপকী য়ুমদা লৈবা অমসুং মরুনা য়েংবা গ্রহবু পাঙ্গল লৈবা গ্রহ কৌই।

পাঙ্গল লৈবা লগ্ন অমসুং রাশি : য়ুম্বু গ্রহ লৈবা, পাঙ্গল লৈবা শুভ গ্রহনা য়েংবা, অমসুং পাপগ্রহনা লৈতবা-য়েংদবা অমদি ফংতবা য়ুম্বুশিংগা মরি লৈনদবা অতুগুম্বা লগ্ন অমসুং রাশিবু পাঙ্গল লৈবা লগ্ন অমসুং রাশি কৌই।

পাঙ্গল লৈবা গ্রহগী ফল : মশাগী য়ুমদা পাঙ্গল কন্না লৈবা গ্রহগী দশা মতাংদা চাওখৎপা নুংঙাইবা ফংই অমসুং মরৈপাক্তা মিশক নাইবা বাৎপাদবা অমা ওই। দিগ্বল লৈবা গ্রহগী দশা মতাংদা

মাইপাকপা ফংই। চেষ্টাবল লৈবা গ্রহগী দশা মতাংদনা মতমপুম্নমক্তা হোৎনবা তান্দ। উচ্চবল লৈবা গ্রহগী দশা মতাংদনা মিথোই-মিচেনবা ওই অমসুং নিসর্গবল লৈবা গ্রহগী দশা মতাংদনা মশাগী শাগৈ জাতিদা অথোইবা ওই।

জ্যোতির্নিবন্ধ গ্রন্থগী মতুং ইন্না: উচ্চবল লৈবা গ্রহগী দশা মতাংদা লন-থুম শেন ফংই। মুলত্রিকোন্দা লৈবা গ্রহগী দশা মতাং ওইরগা ফম্নাইবা-সিফাই অমদি লুচিংবা ওই। মশাগী য়ুমদা লৈবা গ্রহগী দশা মতাং ওইবগ' অচৌবনা চানবা, শেন ফংবা, অখং-অহৈ পণ্ডিত ওইবা অমসুং গুন লৈবা মুপী অথোইবী ফংই। নীচ অমসুং য়েক্লবগী য়ুমদা লৈবা গ্রহগী দশা মতাং ওইরগা তোম্ন হিংবা, মাইথিবা, দিগবল লৈবা গ্রহগী দশা মতাংদা শেন-লন ফংবা অমসুং তোংনবা গাডীনচিবা ফংবা; অহিং অমসুং মুংথিস পাঙ্গল কনবা গ্রহগী দশা মতাংদনা লৌরি-যুক্ষম ফংবা, লন অমসুং পাঙ্গল চাওখৎনি। চেষ্টাবল লৈবা গ্রহগী দশা মতাংদনা অচৌবা খুভম ফংই। পক্ষবল লৈবা গ্রহগী দশা মতাংনা মুপী, মচা'ক-মবল ফংই অমসুং মিংচৎ ফংই। যুদ্ধবল লৈবা গ্রহগী দশা মতাংনা মায় পাকপা ফংই।

পোকপা মতমদা শুভ গ্রহশিংনা পাঙ্গল কল্লবদি মী মহাক অচু মরমচৎ ফজৈ, অচুম্বা চৎলি, শক ফজৈ, মুংঙাইগল্লি, নিংবা চেৎলি, মথৌনা-মরৌশিং লৈ। পাপগ্রহশিংনা পাঙ্গল কল্লবদি কলক-মিহৌ চাওই, খৎনগল্লি, শাগৈদগী তোঙান্না তায়, মিনুংশি খংদে অমসুং তৌবিমল খংদে।

বক্রী গ্রহগী অক-ফত্তবা ফল:—লৌরিয়ুমফম লৌশিং ফংবগা লোইননা লমচৎ ফংতবা, নিশানচিংবা শিক্তিমগল্লি। অরেম্বদা কোইহুনা মতম মাংহনবা, জুয়ার-নিশা পাম্বফী লন মাংবা খুদোংথিবা নংগনবসু লৈ।

পরাশরগী মতুংইন্না য়ুমগী ভাব ফলদগী দৃষ্টিফলনা পাঙ্গল হেল্লি দৃষ্টিফলদগী "বল" ফলনা অমুক পাঙ্গল হেল্লি।:— অয়নবল, কাল-বল, দিগ্বল, স্থানবল অমসুং চেষ্টাবল মথং মথং পাঙ্গলকনবা হেল্লি। চেষ্টাবল লৈবা গ্রহনা খ্বাইদগী পাঙ্গল হেল্লি- মাগী দশা মতাংদা ফংফম থোকপা ফল শোইদনা ফংই।

গ্রহশিংগী উচ্চ, মূলত্রিকোন, কেন্দ্র অমসুং কোন্দা লৈবা, স্বক্ষেত্রদা লৈবা, মশাগী অংশতা লৈবা, রাজযোগ পিবা গ্রহশিংনা যোগ ওইবা, সংজ্ঞা অমসুং ভাবশিংদা হায়রিবা অফ-ফত্ত ফল পুন্নমক্কী মরমদা দেশ- দেশগী চৎনবী, মতমগী চৎনবী, মাগী-মাগী সমাজগী থাক্কী মতুংইন্না নৈনগনি। খুদম ওইনা হায়রবদা অঙাংবা থাক্কী ইমুং অমদা পোকপা মীওইগা লাইরবা ইমুংদা পোকপা অঙাংনা মতম অমদা পোকপা মান্নবুনা লগ্ননচিংবা পুম্নমক অমত্তা ওইবুনা খ্বাইদগী রাংবা রাজযোগনচিংবা তারবসু অনি অদুনা ফংবা রাজযোগকী থাক অদু থক মান্নবা য়ারোই। মরম অসিনা কুপ্না নৈনবা মতমদা দেশ কাল পাত্রনা মাংদা থম্মগা নৈনগনি।

## তাজিক গ্রন্থনা হায়বা

### বর্গ ১২

ক্ষেত্র, হোরা, দ্রেক্কান, তুর্য্যাংশ, পঞ্চমাংশ, ষষ্ট্যাংশ, সপ্তাংশ, অষ্টাংশ, নবাংশ, দশাংশ, একাদশাংশ, দ্বাদশংশনচিংবা বর্গ তরানিথোই থোক্লা তাজিক গ্রন্থনা খাইদোকই। অঙাং অমনা পোকপা মতমদা চহি হোবা মতমদা গ্রহশিংগী অমদি য়ুম তরানিথোইগী স্ফুট (ডিগ্রী)গী মতুং ইন্না বর্গ ১২ পুথোক্লগা অফ-ফত্ত নৈনগনি। গ্রহশিংনা অফবা বর্গদা লৈরবদি অফবা ফল ফংই অমসুং ফত্তবা বর্গদা লৈরগা অফবা ওইদে।

পঞ্চমাংশাধিপতি :— ওজ রাশি হায়বদি সম রাশিশিংগী অহানবা অংশ ৬ কী মপুনা মঙ্গলনি; অনিসুবা অংশ ৬ কী মপুনা শনিনি;

অহুমম্নুবা অংশ ৬ কী মপুনা বৃহস্পতিনি, মরিম্নুবা অংশ ৬ কী মপুনাবুধনি অমম্নুং ৫ মুবা অংশ ৬ কী মপুনা শুক্রনি। মতৌ মম্নুমনা বিষম রাশিগী পঞ্চমাংশাধিপতি মথক-মথা ওম্নরগা পুখোকনি। দ্বাদশাংশধিপ পুখোকপনা মশাগী য়ুমদগীনা য়ুম ১২ মুবা য়ুম্নুনা ওইগনি।

ষষ্ট্যাংশাধিপ :— মেষতগী কন্যা রাশি ৬ কী য়ুম্নু গ্রহনা বিষমরাশিগী অমম্নুং তুলাদগী মীন রাশি— রাশি ৬ কী য়ুম্নুনা সম রাশিগী ষষ্টাংশাধিপ ওইগনি।

ষষ্টাংশাধিপতি গ্রহ

| রাশি | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন | অংশ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ ষষ্টাং | ম | শু | ম | শু | ম | শু | ম | শু | ম | শু | ম | শু | ৫ |
| ২ ,, | শু | ম | শু | ম | শু | ম | শু | ম | শু | ম | শু | ম | ১০ |
| ৩ ,, | বু | বৃ | বু | বৃ | বু | বৃ | বু | বৃ | বু | বৃ | বু | বৃ | ১৫ |
| ৪ ,, | চ | শ | চ | শ | চ | শ | চ | শ | চ | শ | চ | শ | ১০ |
| ৫ ,, | র | শ | র | শ | র | শ | র | শ | র | শ | র | শ | ২৫ |
| ৬ ,, | বু | বৃ | বু | বৃ | বু | বৃ | বু | বৃ | বু | বৃ | বু | বৃ | ৩০ |

অষ্টমাংশাধিপ :— মেষতগী বৃশ্চিক রাশিশিংগী য়ুম্বনা চর রাশিশিংগী অমসুং ধনুদগী কর্কট রাশি ফাওবগী য়ুম্বনা স্থির রাশিশিংগী অমসুং সিংহদগী মীন ফাওবগী য়ুম্বনা দ্বাত্মক রাশিশিংগী অষ্টমাংশাধিপতিনি।

অষ্টমাংশাধিপ—চক্র

| রাশি | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন | অংশ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ অষ্টাংশ | ম | বৃ | র | ম | বৃ | র | ম | বৃ | র | ম | বৃ | র | ৩।৪৫ |
| ২ ,, | শু | শ | বৃ | শু | শ | বৃ | শু | শ | বৃ | শু | শ | বৃ | ৭।৩০ |
| ৩ ,, | বৃ | শ | শু | বৃ | শ | শু | বৃ | শ | শু | বৃ | শ | শু | ১১।১৫ |
| ৪ ,, | চ | বৃ | ম | চ | বৃ | ম | চ | বৃ | ম | চ | বৃ | ম | ১৫।০ |
| ৫ ,, | র | ম | বৃ | র | ম | বৃ | র | ম | বৃ | র | ম | বৃ | ১৮।৪৫ |
| ৬ ,, | বৃ | শু | শ | বৃ | শু | শ | বৃ | শু | শ | বৃ | শু | শ | ২২।৩০ |
| ৭ ,, | শু | বৃ | শ | শু | বৃ | শ | শু | বৃ | শ | শু | বৃ | শ | ২৬।১৫ |
| ৮ ,, | ম | চ | বৃ | ম | চ | বৃ | ম | চ | বৃ | ম | চ | বৃ | ৩০।০ |

একাদশাংশাধিপ :— মেষনা মেষতগী হৌগনি, বৃষনা মীনদগী, মিথুনা কুম্ভদগী, কর্কটনা মকরদগী, সিংহনা ধনুদগী, কন্যানা বৃশ্চিকতগী তুলানা তুলাদগী, বৃশ্চিকনা কন্যাদগী, ধনুনা সিংহদগী, মকরনা কর্কটতগী, কুম্ভনা মিথুনদগী অমসুং মীননা বৃষতগী থিদুনা একাদশাংশাধিপ পুথোকনি।

## একাদশাংশাধিপ-চক্র

| মশিং | মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন | অংশ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | র | চ | বু | শু | ২ ৪৩ ৩৮।২০ |
| ২ | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | র | চ | বু | ৫ ২৭ ১৬।২০ |
| ৩ | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | র | চ | ৮।.০।৫৪ ৩০ |
| ৪ | চ | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | র | ১০ ৫৪ ৩০ ৪০ |
| ৫ | র | চ | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | ১৩ ৩৮ ১০।৫০ |
| ৬ | বু | র | চ | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | শু | ১৬ ২১।৪৯ ০ |
| ৭ | শু | বু | র | চ | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ম | ১৯।৫.২১।১০ |
| ৮ | ম | শু | বু | র | চ | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | বৃ | ২১ ৪৯ ৫।১০ |
| ৯ | বৃ | ম | শু | বু | র | চ | বু | শু | ম | বৃ | শ | শ | ২৪।৩২।৪৩ ৩০ |
| ১০ | শ | বৃ | ম | শু | বু | র | চ | বু | শু | ম | বৃ | শ | ২৭ ১৬ ২১।৪০ |
| ১১ | শ | শ | বৃ | ম | শু | বু | র | চ | বু | শু | ম | বৃ | ২৯ ৫৯ ৫৯ ৫০ |

হদ্দামপু পুথোকপা :— মেষগী অংশ ১ দগী ৬ ফাওবগী হদ্দামপু বৃহস্পতিনি; ৭ তগী ১২ ফাওবনা শুক্রনি; ১৩ তগী ২০ ফাওবনা বুধনি; ২১ দগী ২৫ ফাওবনা মঙ্গলনি অমসুং ২৬ তগী ৩০ ফাওবনা মেষরাশিগী হদ্দামপুনি।

## দ্বাদশাংশ চক্র

| মেষ | বৃষ | মিথুন | কর্কট | সিংহ | কন্যা | তুলা | বৃশ্চিক | ধনু | মকর | কুম্ভ | মীন |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| বৃ ৬ | শু ৮ | বু ৬ | ম ৭ | বৃ ৬ | বু ৭ | শ ৬ | ম ৭ | বৃ ১২ | বু ৭ | শু ৭ | শু ১২ |
| শু ৬ | বু ৬ | শু ৬ | শু ৬ | শু ৬ | শু ১০ | বু ৮ | শু ৪ | শু ৫ | বু ৭ | বু ৬ | বু ৪ |
| বু ৮ | বৃ ৮ | বৃ ৫ | বু ৬ | শ ৭ | বৃ ৪ | বৃ ৭ | বু ৮ | বু ৪ | শু ৮ | বৃ ৭ | বু ৩ |
| ম ৫ | শ ৫ | ম ৭ | বৃ ৭ | বু ৬ | ম ৭ | শু ৭ | বৃ ৫ | ম ৫ | শ ৪ | ম ৫ | ম ৯ |
| শ ৫ | ম ৩ | শ ৬ | শ ৪ | ম ৬ | শ ২ | ম ২ | শ ৬ | শ ৪ | ম ৪ | শ ৫ | শ ২ |
| অংশ ৩০ | অং ৩০ | অং ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩০ |

দ্বাদশবর্গগী মন্নুংদা মশাগী যুমদা লৈবা গ্রহ, উচ্চদা লৈবা গ্রহ, মরুপকী য়ুম অমস্তুং অফবা বর্গদা লৈবা গ্রহ অথোইবনি। নীচ, যেক্রবা অমস্তুং পাপ-গ্রহগী বর্গদা লৈবা গ্রহ অফবা ওইদে। শুভবর্গদা লৈবা গ্রহশিংগী দশা ফল অনস্তুং যুমগী ভাবফল অফবা ওই। পাপগ্রহনা শুভবর্গদা লৈরবদি অফবা মহৈ ফংহল্লি, শুভগ্রহনা শুভবর্গদা লৈববদি হেন্না য়াইফ-মুংঙাইবা মহৈ ফংহল্লি। শুভগ্রহনা পাপগ্রহগী বর্গদা লৈরবদি অফবা মহৈ পিদে, পাপ গ্রহনা পাপবর্গদা লৈরবদি অৱা-অনা নংহল্লি। মতৌ অসুম তৌনা লগ্নগী দ্বাদশবর্গ হায়রবদি বর্গ ১২ পুথোক্লগা অক-ফত্ত নৈনগনি। লগ্ন অমস্তুং লগ্নপতিনা শুভবর্গদা লৈবা, অফবা য়ুমদা, মরুপকী যুমদা মশাগী য়ুমদা অমস্তুং উচ্চদা লৈরবদি হিরম খুদিংদা লগ্নগী ফল অফবা ওই।

লগ্নদা পাপ গ্রহলৈব', লগ্নপতিনা অশুভবর্গদা লৈব', ফত্তবা য়ুম, য়েক্লবা-য়ুম অমসুং নীচ ওইনা লগ্নপতিনা লৈরবদি হিরম খুদিংদা অমাংবা ওই। মতৌ অসুম তৌনা য়ুম ১২ মক নৈনগনি।

তাজিকক্তা হায়বা বর্গ মঙাগী পাঙ্গল:— মশাগী য়ুমদা লৈবা গ্রহগী পাঙ্গল কলা ৩০; খ্বাইদগী উচ্চ ওইবা গ্রহগী পাঙ্গলনা কলা ২০; মশাগী হুদ্দাদা লৈবা গ্রহগী পাঙ্গলনা কলা ১৫, মশাগী দ্রেক্কান্দা লৈবনা কলা ১০; মশাগী মুসল্লহ (নবাংশ) তা লৈবনা কলা ৫ = অপুনবা পাঙ্গলনা কলা ৮০ নি; ৮০ দা ৪ না য়েন্নবদি ৮০ ÷ ৪ ২০ = মতৌ অসুমনা পঞ্চবর্গগী অপুনবা পাঙ্গল কলা ২০ নি। গ্রহশিংগী মশা-মশাগী অধিকারগী মতুং ইন্না পাঙ্গল মথল কয়া লৈ। খুদম ওইনা মিত্র, সম, শত্রু ওইবা য়ুমদা লৈবা মিত্র গৃহদা লৈবগী পাঙ্গল কলা ২২½; সম গৃহদা লৈবনা কলা ১৫ অমসুং য়েক্লবগী য়ুমদা লৈবনা কলা ৩½ নি। হুদ্দা, দ্রেক্কান, নবাংশ বলসু মথক্কী অসুম্না পুথোকউ। গ্রহবলগী কলা পুম্নমক তিনশিল্লু অতুগা ৪ না য়েন্নু লেমহৌবা ফল ৫ দগী তারবদি পাঙ্গল য়াওদে; ৫ দগী ১০ ফাওবগী মনুংদা লৈবনা য়াইমরপ ওইবা অমসুং ১০ দগী হেল্লবদি মপুংফানা পাঙ্গল লৈ।

পঞ্চবর্গ চক্র

| বল-কলা | মশাগী য়ুম | মিত্রগৃহ | সম গৃহ | শত্রু গৃহ |
|---|---|---|---|---|
| গৃহ বল | কলা ৩০ | কলা ২২।৩০ | কলা ১৫ | কলা ৭।৩০ |
| হুদ্দা বল | ,, ১৫ | ,, ১১।১৫ | ,, ৭ ৩০ | ,, ৩।৪৫ |
| দৃক্কান বল | কলা ১০ | ,, ৭ ৩০ | ,, ৫।০ | ,, ২।৩০ |
| (নবাংশ) মুসল্লহ বল | ,, ৫ | ,, ৩।৪৫ | ,, ২।৩০ | ,, ১।১৫ |

## ষ্টেকা ইবা

মনিপুরদা লাই-গুরুশিংনা কোষ্ঠি ইবদা শকাব্দ শিজিন্নরকই। মনিপুরদা অয়াম্বনা পিঃ এমঃ বাকচিগী ডারেক্টরী পঞ্জিকা শিজিন্নৈ। ডারেক্টরী পঞ্জিকাগী শোকতি সন নি। সন গা শকাব্দগা চহি হোৌবা অমস্থং লোইবগী মতম খেন্নৈ। ডারেক্টরী পঞ্জিকাদি সন গী মতুংইন্না চহি হোৌবা অমস্থং লোইবনি। শকাব্দ হোৌবনা মার্চ্চ থাগী তাং ২২ দা হোৌবনি। মরম অদুনা ডারেক্টরী পঞ্জিকা শিজিন্নরবদি কোষ্ঠি ইবদা শকাব্দগা লোইননা বরাবর সনগী শোকনচিংবা হাপকদবনি।

## চৎনবা পুং

সন ১৩৬০, শকাব্দ ১৮৭৫ তাং ১৩-৪-১৯৫৪ ফাওবা নোংপোক ভারত অমস্থং অরাং নোংপোক ভারত্তা লোকেল টাইম চৎনরম্মী। লোকেল টাইমনা হোৌজিক চৎনরিবা ষ্টেণ্ডর টাইমদগী পুং ১ ভনখৎলি। মরম অদুনা তাং ১৩-৪-১৯৫৪ ইং ফাওবগী মঙ্গুংদা পোকপা মীওইগী কোষ্ঠী ইবা ভারবদি পঞ্জিকাদা পিরিবা নুমিৎ থোকপগী পুংফমদগী মিঃ ৪৫ সেঃ ৪৪ খাইদোকনি। অরেম্বা অদু মনিপুরগী নুমিৎ থোকপগী পুংফমনি।

· ভারত্তা চৎনরিবা ইণ্ডিয়ন ষ্টেণ্ডর টাইম অসি এলাহাবাদ সহরগী মনাক্তা লৈবা লৈনী কোবা মফম্মা সেণ্টর ওইরগা লৌবা পুংফম্নি। তোইগুম্বস্থং অরাং নোংপোক ভারত্তা কোষ্ঠী ইবদা চৎনরিবা পুংফম অসিদি কলকত্ত'দা ফোংবা "পিঃ এমঃ বাকচি ডারেক্টরী পঞ্জিকা" কলকত্তাগী পুংফম্নি। মনিপুরদা পোকপা অঙাং অমগী কোষ্ঠি ইবা ভারবদি পঞ্জিকাদা য়াওরিবা নুমিৎ থোকপগী পুংফম অদুদগী মিনট ২২ সেকেণ্ড ১৮ খাইদোকনি মরমদি মনিপুরনা কলকাত্তাসগী মিঃ ২২ সেঃ ১৮ নুমিৎ থোকপা হান্নি। মতৌ অস্মা অঙাং খুদিংমক্তা পোকপা মফম অদুগী নুমিৎ থোকপগী পুংফম মতুং ইন্না কোষ্ঠি ইগনি।

## অহিং-নুংথিল শাংবা

পঞ্জিকাদা পিরিবা অহিং-নুংথিল শাংবা অদু কলকত্তাগী অক্ষাংশগী মতুং ইন্না পুথোকপা পুংফম্নি। কলকত্তাদগী মনিপুরনা অরাং মেরু রোমদা ডিগ্রী ২ঽ চংথংলকপনা মিনিট ৮ সেকেণ্ড ৩০ কলকত্তাদগী মনিপুরনা অয়ুক নুংথিলগী মতম শাংবা হেল্লি। নিংথম থাদনা কলকত্তাদগী অয়ুক নুংথিল মনিপুরনা মিনিট ৮ সেকেণ্ড ৩০ তেনবা হেল্লি। মিঃ ৮ সেকেণ্ড ৩০ অসি দণ্ডদা ওন্থোকপদা পল ২১ বিপল ৩০ নি। মসি কলকত্তাগী দিবা দণ্ডদগী শেংদোক্লগা মনিপুরদা পোকপা মীওইগী যামার্দ্ধপতি অমসুং দণ্ডপতি পুথোকনি।

পতাকী বেধ তাবা অসি অঙাংনা পোকপগী দণ্ডপতিদগী পুথোকপনি। চররাশিদা পোকপা অঙাংগী দণ্ডপতিনা য়ুম ১, ৬, ৯, ১২ দা লৈরবদি পতাকী বেধ তায়। স্থিররাশিদা অঙাংগী দণ্ডপতিনা ১, ৪, ৭, ১০ দা লৈরবদি পতাগী বেধ তায়। দ্বাত্মকরাশিদা পোকপা অঙাংগী দণ্ডপতিনা ১, ২, ৫, ৮ দা দণ্ডপতি লৈরবদি পতাকী বেধ তায়। পতাকী বেধ তাবা অঙাং খুদিংমক থোইরেন য়ৌনা পুনশিগন্দে। মথাদা য়েংবা নুংঙাইনবা চক্র উংলি।

| চর | স্থির | দ্বাত্মক |
|---|---|---|
| ১ | ১ | ১ |
| ৬ | ৪ | ২ |
| ৯ | ৭ | ৫ |
| ১২ | ১০ | ৮ |

মী মহাক্কী লগ্নপতি অমসুং আয়ুপতি মশাগী য়ুম নত্রগা কেন্দ্র-কোন্দা পাঙ্গল কন্না লৈরবদি পতাকী বেধ তারবসু পুনশিদা থোইনা অকাইবা লৈতে।

## জন্ম-দণ্ড পুথোকপা

মিনট ২৪ না দণ্ড অমনি। পুংদগী দণ্ড পুথোকপগী নিয়ম মথল ৩ লৈ। অহানবা নিয়ম : অঙাং অমনা অয়ুক নুমিৎ থোকপা মতুংদগী পুং ১১ মিঃ ৫৯ সেঃ ৫৯ ফাওবগী মনুংদা পোক্লবদি মানা পোকপা

পুংকমদগী নুমিৎ থোকপগী পুংফম থাইদোক্কনি। অফংবা পুং অদুদা ৫ না পুরিরগা ২ না য়েন্নু অফংবা অদু দণ্ড, পল, বিপলনি।

অনিসুবা নিয়ম : নুমিৎ য়ুংবা ১২ দগী অহিংগী নোংয়াইগী পুং ১১ মিঃ ৫৯ সেঃ ৫৯ কাওবগী মনুংদা পোকপা অঙাংগীনা নুমিৎয়ুংবা ১২ দগী নুমিৎ থোকপগী পুংফম থাইদোক্কনি; অরেম্বা অদুদা অঙাংনা পোকপগী পুং তিনশিনগনি অফংবা পুংশিং অদু ৫ না পুরিরগা ২ না য়েন্নু অফংবা মশিং অদু দণ্ড, পল, বিপলনি।

অহুমসুবা নিয়ম : অহিংগী নোংয়াই মতুং ১২ গা সেঃ অমদগী মথংগী নুমিৎ থোক্কদবা সেঃ অমা য়াংলিঙৈদা পোকপা অঙাংগীনা পুং ২৪ দগী নুমিৎ থোকপগী পুংফম থাইদোক্কনি অরেম্বা অদুদা পোকপগী পুংফম তিনশিনগনি অফংবা অদুদা ৫ না পুরিরগা ২ না য়েন্নু অরেম্বদু দণ্ড, পল, বিপলনি। —অহুমসুবা নিয়মগী খুদম :

১৮ আষাঢ় সন ১৪০৫ তাং ৩-৭-১৯৯৮ ইং ইরাই, ইঙাগী ৯ নি পানবগী পুংফম চংলবা মতুং নোংয়াই মতুং পুং ৩ মিনট ২৫ দা অঙাং অমা পোকই।

| | পুং | মিঃ | সেঃ |
|---|---|---|---|
| নুমিৎ অসিদা পঞ্জিকাদা য়াওবা নুমিৎ থোকপগী পুংফম | ৪ | ৫৮ | ৩০ |
| | | ২২ | ১৮ |
| ইস্কাল সূর্যোদয় ঘন্টা | ৪ | ৩৬ | ১২ |

| | পুং | | |
|---|---|---|---|
| | ২৪ | ০ | ০ |
| নুমিৎ থোকপা থাইদোকউ | ৪ | ৩৬ | ১২ |
| | ১৯ | ২৩ | ৪৮ |
| পোকপা পুংফম তিনশিন্নু | ৩ | ২৫ | ০ |
| | ২২ | ৪৮ | ৪৮ |
| | | | ৫ |

জন্ম দণ্ড ৫৭।২০

২)১১৪। ৪। ০(৫৭
১০
১৪
১৪
৪(২
৪

## লগ্ন স্ফুট পুথোকপা

জন্ম দণ্ডা — ৫৭ । ২ । ০ মিথুন লগ্নগী অংশ ১

:৮ আযাঢ়গী লগ্ন খণ্ডা — ★৫ । ৩ । ০ লগ্নস্ফুট ২।১।৪৫।০

১২ । ৫ । ০

= খ্বাইদগী নক্কবা লগ্নস্ফুট খণ্ড ১১ । ৫৯ । ০

০ । ৬ । ০

পুরিয় — ৬০

য়েন্ন — ৮)৩৬০(৪৫

৩২

৪০

৪০

★ কাওরোইদৌবা : অঙাং পোকপা নুমিৎকী লগ্নস্ফুট খণ্ডাগা জন্ম দণ্ডগা তিশিন্নবদা ৬০ দগী হেল্লবদি ৬০ খাইদোকখরগা অরেম্বা মশিং অতুদা লৌগনি।

নুমিৎ অসিগী অঙাং পোকপা পুংফমগী মতুং ইন্না মথাগী অসুম্না জন্ম কুণ্ডলী অমা য়েক্লগা গ্রহ সঞ্চার শিনগৎকনি।



## চন্দ্রস্ফুট পুথোকপা

অঙাং পোকপা নুমিৎ অসি চিত্রা নক্ষত্রনা দণ্ড ৩২।৪৩।১০ কাওবা পুই মরম অহুনা:

| | |
|---|---|
| দণ্ড | ৬০।০।০ |
| চিত্রাগী দণ্ড খাইদোকউ | ৩২।৪৩।১০ |
| | ২৭।১৬।৫০ |
| অঙাংগী জন্ম নক্ষত্র স্বাতীগী দণ্ড মথং নুমিৎকী | ৩৯।৮।৪ |
| তিনশিল্লু | ৬৬।২৪।৫৪ |
| পুরিয় | ৬০ |
| | ৩৯৬০ |
| | ২৫ |
| | ৩৯৮৫ |

| | |
|---|---|
| জন্ম দণ্ড | ৫৭।২।০ |
| পোকপা নুমিৎকী চিত্রা দণ্ড খাইদোকউ | ৩২।৪৩।১০ |
| | ২৪।১৮।৫০ |
| চিত্রাগী ভস্থিমান | ৬৬।২৪।৫৪ |
| ,, ভুক্তমান | ২৪।১৮।৫০ |
| ,, ভোগ্যমান | ৪২।৬।৪ |

ভস্থিমান ৬৬।২৪।৫৪
৬০
৩৯৬০
২৫
৩৯৮৫★

ভভুক্তমান ২৪।১৮।৫০
৬০
১৪৪০
১৮
১৪৫৮
৬০
৮৭৪৮০
৫০
৩৯৮৭*)৮৭৫৩০০(২১
৭৯৭০
৭৮৩০
৩৯৮৫
৩৮৪৫
৬০
)২৩০৭০০(৫৭
১৯৯২৫
৩১৪৫০
২৭৮৯৫
৩৫৫৫
৬০
)২১৩৩০০(৫৩
১৯৯২৫
১৩০৫০
১১৯৫৫
২০৯৫

নক্ষত্র ১৪
পূরিয়ু ৬০
৮৪০
ভভুক্তস্ফুট ভিন্নশিল্প ২১।৫৭।৫৩
৮৬১ ৫৭।৫৩
২
৯)১৭২৩।৫৫।৪৬(১৯১
৯
৮২
৮১
১৩
৯
৪
৬০
২৪০
৫৫
)২৯৫(৩২
২৭
২৫
১৮
৭
৬০
৪২০
৪৬
)৪৬৬(৫১
৪৫
১৬
৯
৭

৩০)১৯১(৬
১৮০
১১

চন্দ্রস্ফুট ৬ । ১১ । ৩২ । ৫১

চন্দ্র কলাগী মতুংইন্না দশা পুথোকপা

চন্দ্রস্ফুট ৬।১১।৩২।৫১ স্বাতী দ্বিতীয়পাদ

চিত্রাগী স্ফুট থাইদোকউ ৬।৬।৪০।০ নামাক্ষর—রে

৪।৫২।৫১

৬০

২৪০

৫২

ভুক্তকলা ২৯২।৫১

কলা ৮০০।০

স্বাতী ভুক্তকলা ২৯২।৫১

স্বাতী ভোগ্যকলা ৫০৭।৯

ভোগ্য কলা ৫০৭ বিকলা ৯ স্বাতী নক্ষত্রগী দশাগী চাট য়েংলগা দশা পুথোকনি।

# লগ্নস্ফুট খণ্ডা

বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী খোংচৎকী মতুং ইন্না পৃথ্বীগী খোংচত্তা অহোংবা লাকই। মরম অতুনা চহি ৬৭ খুদিংগী লগ্নস্ফূট খণ্ডাগী খোংচৎ মতুং ইন্না অংশ অমমম চৎলি। মরম অতুনা চহি ৬৭ খুদিংগী লগ্নখণ্ডা শেংদোকনি।

শকাব্দ ১৮২১ দগী ১৮৮৮ কাওবগী খণ্ডা

| রাশি | | অংশ ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মেষ | ০ | ২।৪৬ | ২'৫৪ | ৩।২ | ৩।৯ | ৩।১৭ | ৩ ২৪ | ৩ ৩২ |
| বৃষ | ১ | ৬ ৫৫ | ৭।৪ | ৭।১৩ | ৭।১২ | ৭'৩০ | ৭।৩৮ | ৭।৪৭ |
| মিথুন | ২ | ১১ ৪৮ | ১১ ৫৯ | ১২ ৯ | ১২।১৯ | ১২।২৯ | ১২।৩৯ | ১২ ৫০ |
| কর্কট | ৩ | ১৭ ১৯ | ১৭।৩১ | ১৭ ৪২ | ১৭ ৫৩ | ১৮।৫ | ১৮'১৬ | ১৮ ২৭ |
| সিংহ | ৪ | ২৩.০ | ২৩।১১ | ২৩'২৩ | ২৩।৩৪ | ২৩ ৪৬ | ২৩।৫৭ | ২৪।৮ |
| কন্যা | ৫ | ২৮।৩২ | ২৮।৪৩ | ২৮।৫৪ | ২৯।৫ | ২৯.১৬ | ২৯ ২৭ | ২৯।৩৮ |
| তুলা | ৬ | ৩৪।১ | ৩৪।১২ | ৩৪।২৩ | ৩৪।৩৪ | ৩৪।৪৫ | ৩৪।৫৬ | ৩৫।৭ |
| বৃশ্চিক | ৭ | ৩৯।৩৯ | ৩৯।৫০ | ৪০।১ | ৪০।১৩ | ৪০।২৫ | ৪০।৩৬ | ৪০ ৪৭ |
| ধনু | ৮ | ৪৫।১৯ | ৪৫।৩১ | ৪৫।৪২ | ৪৫ ৫৩ | ৪৬।৫ | ৪৬।১৬ | ৪৬ ২৭ |
| মকর | ৯ | ৫০ ৩৪ | ৫০ ৪৫ | ৫০।৫৫ | ৫১ ৫ | ৫১ ১৫ | ৫১।২৫ | ৫১ ৩৬ |
| কুম্ভ | ১০ | ৫৫'৪ | ৫৫।১৩ | ৫৫।২২ | ৫৫ ৩০ | ৫৫ ৩৯ | ৫৫.৪৭ | ৫৫।৫৬ |
| মীন | ১১ | ৫৮।৫৯ | ৫৯'৭ | ৫৯ ১৫ | ৫৯ ২২ | ৫৯ ৩০ | ৫৯ ৩৭ | ৫৯।৪৫ |

